নোংথোমবম্ শ্রীবীরেন্

# লৈচিললক্ষ্মী থাজ

নহারোল্ সাহিত্য প্রেমী সমিতি
ইম্ফাল্।

| | |
|---|---|
| অফোংবা | নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি |
| | ইম্ফাল্ কৈশাম্পাৎ। |
| নম্বা | ইবোবী সিংহ |
| | দি সেভেন্ ইউনিয়ন্ প্রেস |
| | পাউনা বাজার, ইম্ফাল্ |
| খুৎনম্ | অহানবা খুৎনম্, ১৯৬৭, নভেম্বর |
| লাইরিক্ মশিং | ১০০০ |
| মমল্ | লুপা ৩· ০ |

# ৱাহৌদোক

শ্রীবীরেন্ ৱাবী মচা ইবা নত্তা অমনি। মহাক হৌদ্বিক ডি,এম, কলেজদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওঝা ওইবি। পাকিস্তানদগী হৌনা শৈরেং, ৱারি-মচানচিংবা কয়া ইতুনা লাক্লবনি। অইবশিং অদু লাইবিক ওইনা ফোংদ্রিঙৈদা চেফোং খরদা খর খর ফোংথিবা অদুনফাওবা লেংংপা যাদনা ৱাবী-মচা ইবা অমা ওইনা শিংথানতনা লাক্লি। "নংলক্কী থাক"— মাগী ফোংলবা অমদি ফোং-থিদ্রিবা ৱাবী-মচা ইবানিপাল্লা পুনশিল্লবা লাইবিক অমনি। তশেংবমক, লাইবিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা লোপ লোপ্পা মত্তাও অমা যেল্লি। পুন্সিগী নিংযেং অমা উৎলি। শ্রীবীরেন্দ্র পুন্সিবু হবাও ফ্যান্সিনা থনলবা নন্দন-কাননগুম্লা উবা ঙমদে। অদুনা পুন্সিদ সংলগা মতক্কা থরাগ ফানা নোকচবা ঙমজদে। মাঙথরক্লবা, শিথরকবা, লম্বাংনববা, অথ যাউদ্রবা মীওইবগী পুন্সি, লমচৎ অমদি তেঙ্গুগী ৱাখলগী চৈনাথোল্লা মঙোন্দা শাফু কন্না কন্না ফুজিল্লি। তত্তুনা ওৎলি। হৌজিক্কি মাওইশিংবু মবেক মত্তাও যাউদ্রবা ইহাম-হান্রবা, উচন কোম্লবা মীওইদোনা উই। অদন মশাগী ৱাবী মচাশিংদা মমল হঙ্গরক্লবা, মাঙথবক্লবা পুন্সিগী মরু ওইনা শকফম উৎলি। মকোক্-মমৈ শরদবা পুন্সি মহিং পুথোকই। অদুগা তত্তুনা থম্মোয় শোক্না ৱাহং কয়া কয়া হংই। ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম পিবদি নত্তে—চুমত থিন্দুনা তাকপনি। অদুনা মতাং অমদা শ্রীনীলকান্তনা ইখি— "বীরেনগী ৱাবীশিংনা উৎলি—পুন্সিসি হিংবগী করি কান্নবিবগে? অমনা অমবু খঙনদবা লমজাওদা পচেত্তা মচৎপা জাৎনি পুন্সি হায়বসি।"

অদুগা শ্রীবীরেন্দ্র মণিপুর সমাজদগী লাপ্না চৎথোকপা ঙমদে। খুৎনা লাম্বা মফমদগী ফংবা অচুম্বা থৌদোক অমদি পুন্সি অদু মাগী ইনবগী নচাক্লি। অচুম্বা অদু মবিক চুম্বা পুথোক্লকপনি। অদুনা মহাক্কি কল্পনাগী জগত্তা ঙাওবা পামদে। মাযকৈ অসোমদদি শ্রীবীরেন্দ্র তশেংনমক রিএলিষ্টিক রাইটর **( realistic writer )** অমনি হায়বা যাই। অদুগা লুরিবদি—কয়া ৱাল্লা থম্মোয় শোক্লবগে, মিৎ নাববগে, অচুম্বা অদু তশেংনা পুথোকপা ঙম্লবগে হায়বা ৱাহং অসিনি। ৱাহং অসি শ্রীবীরেনগী ৱাবীনা খরমথৈদি খুম্বা ঙমলে।

ইংরেজী সাহিত্যগা নক্কবনা ইংরেজী লোন্দা ফংবা মমিং চৎলবা ৱারী মচা ইবাশিংগী মমি তাদবা নত্তে। মক ওইনা মৌপাশান্ট অমদি চেকোভকি

মমি তাবা থেংনৈ। "অর্থ য়াউদ্রবা পোলোইদা য়াম্পিয়াগী লেখক চেকোভনচিংবগী মমি তাই।" অদুবু মরম্নাইগী ওইবা শাদোং, মশাগী ওইবা শকফম অমদি বাখল উৎপা ওম্লিবা অসিনা মৈতৈ সাহিত্যগী বারী মচাগী ভগত্তা লেওম্রবা কয়কম অমা ফংলগনি হায়বা অসি অঁচেৎপা থাজবনি। অহানবা থুমাবা লাইরিক অসিমক্তা মাগী মায়পাকপা ওইরগনি।

মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তা ক্রএতিভ বার্ক (creative work) পুথোক্তে হায়বদা মক্ক ওইনা অইবশিংনা মরম্নাই লাইরিকশিংদু পুথোকপা তারকই। অপুম্বা অইবশিংগী ওইবা লাইরিকশিংনা হিরম অমদা কাম্নবা পিদবদি নত্তে। মরম অদুনা সমিতিনা "পুষ্পি-মূর্ত্তি" (বারী মচা চবুল); "লাই অমগী বিন্দু" (শৌরেং চবুল), অমদি "মণিপুরী লোনগী বানান" (বারেং-চবুল) নচিংবা অপুনবা অইবশিংগী তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং পুথোকখ্রে। অদুবু অমমমতগী ওইবা অইবশিংগী লাইরিক পুথোকপা অসি তঙঙাইকদবা থবক ওইরকপা অমদি মসিগী কাম্নবা অসি তশেংনা খঙলদুনা অহানবা ওইনা শ্রীবীরেনগী "লৈচিল্লক্কী থাজ" কৌবা বারী মচাগী লাইরিক অসি সমিতিনা মরামগী মফমদা লাথোকচবনি। লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা খজিক্কং ওইরবসু কাম্নবা পিরবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

অদুগা অইবনা লাইরিক অসিগী খত্ত পুস্বা সমিতিগী থুত্তা শিন্নবিবগীদমক্তা থুংঙাইবা ফোংদোকচবগা লোয়ননা লমন তোনবা উৎচরি। লাইরিক অসি ফোংবদা অবাবা শরুক য়াবিখিবা খুদিংমকপু সমিতিনা শিংবা ওমদবা লমন তোনশিনজরবনি। অদুগা মক্ক ওইনা, মাম্নৈ কয়াদা ওমথৈ লৈতনা তেংবাংবিখিবা অমদি অবা-অনা কয়া খাংবিখিবা সেভেন ইউনিয়ন প্রেসপুসু সমিতিনা থবাম হকচাং য়াউনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
জেনেরেল সেক্রেটরী, নহারোল
সাহিত্য প্রেমী সমিতি।

ইম্ফাল,
নভেম্বর ৮, ১৯৬৭ ইং

## অইবগী ৱা

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসি ইং শোক্ ১৯৬০ দগী ১৯৬৭ কাওবগী মনুংদা ইখিবনি। "নাহোৎকী" হায়বা ৱারী মচাসিগী মমিং অসি ডি, এম্ কোলেজদা ইংলিশ সাহিত্যগী ওঝা ওইবিরিবা শ্রীনাওরেম্ খগেন্দ্র সিংহনা থোখিবনি অদুগা "শেগাইরগা কুরাংপান্" হায়বা ৱারীগী মমিংসিমনা ইম্ফাল্ কোলেজদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওঝা ওইবিরিবা শ্রীনোংমাইথেম্ তোম্বী সিংহনা থোখিবনি। লাইরিক্ অসিগী মপুং মরৈ ফারক্পদা চংখ্রিবা ভদ্রলোক্ অনীসিগী ৱাখলগীদমক্ মরেক্পা লম্মন্ তোন্কম্ থোক্লবনি।

মণিপুরী লোনগী বনান্গী মশক্ অসি অকক্লবা, অরেপ্পা মওং অমদা ইনদ্রি হায়বসি ঐস্ু উরবনি। বনানগী অরেপ্পা মশক্ অমা থমদুনা, মদু চৎননবগীদমক্, মণিপুরী লোনবু মশক্ মুন্না খঙবা পণ্ডিতশিংনা মশা মশাগী ওইবা কা হেন্না ৱাখলদু থাদোক্পিরগা, মখোয় মশেনগী ৱাখল্শিং অদুদগী মান্না মান্নবশিং অদু লৌখৎতুনা, খেন্নরিবা ৱাখলদুগীসু য়ানবা ফিবম্ অমদা পুরক্লুনা মদু লেখক্শিং অমদি ছাত্রশিংনা ঙক্না ইনবা তাবনি। নত্রবদি খন্নদুনা, ঙাঙনদুনা, মরৈ য়েৎনদুনা অমুম্ লৈরগনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা হন্দক্ পুথোক্লিবা "মনিপুরী লোন্গী বনানগী পথাপ" অসিদা য়াওরিবা বনানগী মওং অসিদা য়ানিংদবা খরা য়াওবরসু মসিবুদি ইকাই খুম্নদুনা নিয়ম্ অসি ঙাক্না ইবনা হেন্না ফরে হায়বসি ঐগী অকন্না থাজবনি। মরমদি পথাপ অসি মণিপুরী লোনবু খঙলবা পণ্ডিতশিংনা নৈনরগা পুথোক্লবনি। পণ্ডিত অমমমগী, লেখক্ অমমমগী মশা মশাগী ওইবা ৱাখলদা অমুম্ নপ্পুনা লৈরবদি ফগে হায়বসিসু ঐগী থাজবনি। অদুনা, পথাপ অসি থোরক্লিঙৈদা নমখ্রবা লাইরিক্ অসিগী লমাই ৫৩ কাওবগীদি পথাপ অসিগী নিয়ম্ ইনখিত্রবসু মসিগী মখাগী লমাইশিংগী বনানশিংদি নিয়ম্ অসি ঙাক্না ইনবা হোৎনৈ।

শ্রীবীরেন

## মসিন ইম্ফালগী ম্লারীনি

মসিন ইম্ফাল্গী ম্লারীনি। ইম্ফাল্ সহরগী। মান্নি খ্বাইরম্বন্দ্ বাজারগীনি। ঐহাক্কী নুং চন্‌ব লৈমাই অমদি ফুট্‌পাট্ অসিদ মখাদ য়োং থাব শঙ্উন্ খোংউপ্ উপ্প মুপা অমদি মুপীগী ইরাংগী ইপোম্‌গ লোইনরব খোংউপ্ খুনিংম্লাংবীন কক্ কক্ লাওন নেৎতুন চৎখিবগী চৈনাখোন্ মরক্তুগী ম্লারীনি।

মতম্ অহু ইংলিশকী খবর—হিন্দুষ্টান্ ষ্টেণ্ডর, অমৃত বাজার পত্রিকানচিংবগী কলম্‌শিংদ ভারত সরকারগী রুপী ডিভেলুএসন্‌গী নৈনর্ছন তোয়ন ফোংনখিব মতম্ ছুনি। ডিভেলুএসন্ হায়ব ম্লাহৈ অসি তারগ ঐন ইতৎ তৎতন পুক্লিংদ ফাওব অম লৈ। লাইফ্ ডিভেলুএসন্ অমদি হিউমেন্-লাইফ্ ডিভেলুএসন্‌গী ম্লা হেক্ হেক্ নীংশিংই।

ঐহাক্কী ভ্যগচন্দ্র মহারাজন শামু ফাবগী নুং চন্‌ব মূর্তি অসিদ নিতি নিতিগী ম্লারী কয়া লীরৈ। মুংশি শাব পাথং কয়ান নৌজরিবী মুজাগী নাপদ মীনম্‌হুন ঙাঙ্‌খিব মুংশি ম্লাহৈ কয়াসু ঐগী কন্‌লব নুংগী থবাক্ত য়ৈরম্নি। ওইদব ম্লারী কয়া তাব ফংই। চাক্‌থেল্লব থম্মোয় কয়ান ম্লাকৎপ হৈনদহুন ঐগী য়োংকী রেলিং অসিদ কোন্দুন থাঙ্‌লগী নোং হেক্ ঙানবদগী মুমিদাং কৈথেন্ থম্‌লিব ফাওবদ মখল্ [illegible] ম্লারী কয়া ফুমহুন নুং ময়ামগী মপুক্ মনুংদ থম্নরি।



পুরানা বাজারদগী তেরসিংন থানব পোদোন্‌গী অচৌব মৈরাদগী থোরক্‌প তেন্‌কালি অমদি অমোৎপ লৈমায়গী উফুল্‌ন নুমিৎ তারক্‌পদ ম্বর হোন্‌ব য়াদে! ম্বর ফুল্লি। ঐহাক্ত নত্তন ঐগীসিদ ভিন্‌লরিব মী পুম্ব মশা কররোই। অদুদগী অশোন্‌ব পরার হাউসকী এঞ্জিন্‌গী মীনুংশি য়াওদব অমন করিগুম্বদ ঐহাক্ অসি থাওমৈ থান্‌বিদে। ইমম্ মম্‌হন্‌লি। থাবল্ ফাওব ফাহুন শিজিন্নৈ, থাওমৈগীদমক্। কিহোম্ য়োন্‌ফম্‌দ মৌনহা, চহি ৩৪'৩৫ শুরবীশিংগী মরৌ লৈব মিৎয়েং, অমদি অর্থ চেন্‌ব রাঙাঙ্ অহু ঐগী শামু থমলিব নংগী কম্বাক্ অসিদ য়ৈশিন্দুন লৈরি। পোৎ য়োন্‌বী কয়ান ফনেক্ খোইখা শেৎখ্রুন, কী সেগা ওম্বন ইন্দুন নীংগাংনন ফমলি অহুগ মশুং মমান্নব নুপা কয়ান সাইকল্‌দ ভাহুন য়েংলি কান্নব মিৎয়েংদ। য়েংলিবহুগী অর্থ খঙ্‌ই শক্‌হেন্‌বীহুসু! তৌনরিব কৈদাশিং অহুদ অনীমক্ নুংঙাইমিন্নৈ।

প্রতাপ্ হোল্, ভিক্তোরি সিনেমা, ফ্রেণ্ডস, ইম্ফাল্ টকিজমচিংব সিনেমা হোল্‌শিংগী মমাংদ গিতরগ লোইনন ইংলিশকী মোদর্ন্‌লোংগী খংলব ম্বুর খিবিক্ক নিল্লি। পাখং কয়ান মীয়াম্‌গী সমূদ্রদ লুপলি। য়ুম্বান্‌বী নুপী নুপা পুম্ন স্কুটরদ তোংমিন্নরগ মীরক্ খায় খায়হুন চৎখি। নুপীগী ফুরিৎতগী হেন্দোরকপ পাম্বোম্ মরু অমদি ঈথক্ হৌরব ভুয়ান্ অহুদং উহৌই। নোংম পঞ্জাবী পাখং মশা নান্‌ব অমন চীংগী মশক্ মতৌ কজরবী ইংলিশ ফিলম্‌গী এক্ট্রেস মান্‌বী খুউ কাওবদ কনেক্ শেৎপী, ভক্‌শম্ লাওন কোৎথোকপী ফুরিৎ লিৎপী, কি ইন্দবী নুপী অম রিক্সা অমদ পুহুন চৎখিবসু থেংনখি। ঐন অমুক্তং— পঞ্জাবীগ চীংগী লৈশাবীগ করি মরী থোক্নবগে অহুগ পুং কয়াগী মরীলো নখোয়গীহুবু হায়ন হংনুরবদি মখোয় জ্ঞান্ খংতা তাগনি।

কায়োন্‌বী, ফিয়োন্‌বী, অতৈ অতৈ মখল্ মখল্‌গী পোৎয়োন্‌বী [illegible]শিংগী চীক্‌থনবদ শাব রারী, থংনখিব মিৎচি, নোক্‌খিব খুৎনোক্, [illegible]থল্‌দগী হোম্বোরক্‌প অশার ম্বুর ঐঙোন্দ লোইন তিন্‌লরে।

পাথং চহি ১৮১৯ কাওবদগীন মুপীথিরব, থিজিব, হায়কেং [illegible] কাওবগী ইস্কাল্‌গী অকোয়বদ লৈম্লিব মুপাশিংবু ঐহাক্ত মুন থক্‌ই। মরম্‌দি মথোয় ঐগীদ লাক্লগ সঙ্গু সঙ্গু ৱারী শাম্লৈ। মচিন্ থিরৈ। মপুং মরৈ ফারবী মীহৌবদ মতীক্ চারবী মুপীগী হক্ তোংবু থিংতুন শাম্লগে হায়ন মপুক্লিংদদি নীংলগ হায়শিন্নরৈ—লৈহৌরিব ক্না য়োনবীস্তুদ থস্মোয়সি অমুক্তং কংথোক্‌চক্লরগে নীংজরে। (অন্নাব অনংবন নৈথাই-বীরবী, গতি লৈত্রবী কয়াগী চেংখাইবব প্লিবু মমল্ য়াওদ্রব শাম্ন-পোংকুম্ থল্লি মপুক্লিংদ।) অতুবু মপাম্থোংগ মন্নুংদ য়াওরিব মথিবোংগতি মান্নত্রি। ঐন অমুক্তং নথোয়গী অশেংব নরমচং খণ্ড্‌লে হায়ন ফাক্ ফাক্ নোক্‌থোক্ল্‌রবদি খংগনি ১দি ইকাইবন শিগনি মথোয়॥ স্যাট্-ও, ভাই-ও, খোংউপ্-ও, খোংগ্রাউ-ও কয়াদ ফজরিব মওংনো? য়েংবদ কয়াদ মতৌ মান্‌লিবা! অতুবু মন্নুংদ য়াওরিবা মচাক্তি? অহাঙ্‌ব পোলাং ওইন উরে, ঐগী মিংত।

মসিমক্তি তাও। মহাক্ লাইরিক্ লাইশু নিংথিন হৈব মীনি। মশক্ মতৌ ফজবী, নহা ওইরিবী, মমাই নানবী মুপী অমন কফোই মমায় ফাত্তোক্তুন য়োন্‌লম্ব থেংনরুবদ মুপাতুন কান্ন য়েংলগ হায়রকই—কফোইসি মমায়দি ফজে হায়বৰু মন্নুংগী পোংতি কবম্ তৌরম্‌গদ্দব খঙ্-দেদা। অতুগ মাগ লাক্‌মিন্নরিব চলাক্ লৈরব মমান্নবতুগ মথোয় অনী থন্নায় তান নোক্‌মিন্নখি। হৈয়োন্‌বীদ মিংচিন হাইফেং য়েংখি। হৈয়োন্‌বী মুপী অতুস্থ হেলা য়াদবী ওইরমতুন খুম্‌খি—পোং ফত্তবৰু য়োন্‌গত্র ঐখোয়নবু; শক্তবু থিজবনি মন্নুংগী পোংতি ফরিব জাংনিদ। জেং শিন্‌বিরকখো।

[illegible]াই নীংব য়ারবী ফুরিং য়োন্‌কম্ ফম্বী, চহি ৪৫।৪৬ শুরবী মুপী অমস্থ পোং শিংকে শিংলু শিংলোই তোক্‌উ হায়ন মযুম্‌দ লৈমি[illegible] লৈনান নাহুন চন্দোন্ ময়েক লান থিন্দুন শম্ কাংমুক্ নাম্ন হাংলগ

শমজি নিংথিন পুন্দুন শমজিরৈ থেৎলগ কৈথেন্‌গী সঙ্গাও ঙাইব নিত্তিগী লাক্‌ই। চহি য়াংথৈ হেন্‌লব কৈথেন্‌গী সঙ্গাওহুস্থু মুন লংন মশা নায় পুম্‌য়াৎ ফুরিৎ লিংতুন হেক্ত লাক্‌ই। কা তপ্তুন চামিয়ে। থব্লায় তান হয়াওন নোক্‌মিয়ে। ব্লারী চীকৃথনৈ। কৈথেন্‌ কুম্ব হেক্‌ হেক্‌ মুমিদাংদ থিন্‌বিখি। চায় চুনন য়ুম্বানবীগা কৈদাদি নত্তে।

হয়াগাড়িগী এঞ্জিন্‌ ঙংবগী মখোন্‌, একাগাড়িগী মন্দিলা, রিক্সাগী পেৎ-পেৎ হায়ব খোঞ্জেন্‌, মীয়ামগী মীনীল্‌, অহুদগী কার মন্থুংদ মতৈ মনাওগী ইনিল্‌ ময়াম্‌ অসিগী মরক্ত ঐন থবাক্‌ চেৎখাইব মথৈ তুমিয় লৈরি। কৈথেন্‌ খম্নরক্‌পদ, সিনেমা লোইরকপদ কৈথেন্দ লৈজবী অঙাওবী কয়াদগী মথোং চাদ্রব ব্লারী কয়া অমুক তারি। মুমিদাং পুং ৯।১০ তাব, কৈথেন্‌ খর খর তাক্লরক্‌পদ মৌনহা কয়াগ লমচৎ কান্নব মুপা কয়াগ পোৎচৈ খর লৈমিন্নহুনা গলি গলি মচিন্দ ঙাইনরগ চৎমিন্নখি। অহুগ গলিদগী থোক্লরক্লগ ইঙ্গিৎতন ব্লারী শারুহুন তুং ইন্নখি। অফোঙ্‌ব অরোন্‌ব পুন্নমক ঐঙোন্দদি অস্থানি।

অশেংবনি, ইম্ফাল্‌ সহরগী নম্‌থিরব অপুম্‌ অশাগী মনম্‌, য়ু থক্‌প-শিংন ওশিন্‌লম্বগী মনম্‌, খোন্‌চোপ্ত খৎন চৈনবগী ব্লাহৈ, মবুক্‌ ফত্তব, পূকৃচেল্‌ শেংদব মীশিংগী ব্লারী, লমচৎ নাইদব শাজৎ, মীনম্‌ ময়াম অসিদ ঐন হিংলি। ঐগী নুংগী ফুট্‌পাট্‌ লৈরি। নুং চন্‌ব লৈমাইন কপ্‌লি।

ঙসাই মথৈ ব্লারী অসি থোকৃখিব মতমদ ওইখিব ঐগী অবস্তাহু লীবগী ব্লাদনি। মসি খরস্থু ব্লাৎলিবনি। মতম চাব অমদ অমুক্কা লীখিগে।

ঐগীসিদ ইবোহল্‌ কৌব মুপা অম নিতিগী লাক্‌ই। মহাক্কী চহি ২৪।২৫ দনি। মুপী থিদ্রি। মশক ফজৈ। তনাপ্‌ তনাগী থম্লাইবক্‌ লংই অমদি তোংতক্‌ তৌই।

নোংম মুপা অসিন কৈলাশ্‌ হোটেল মনাক্ত লেপ্লিঙৈদ মৌনহা

চহি ২৮।২৯ শুরবী অমদ মধুমতি হায়ন কনাগুম্বী অমন কৌখিব মত্থদ মৌ নহাত্থন খুমখিবত্থ তাখি। মুম্মিং অত্থদগী মৌ নহাত্থগী মমিং মধুমতি কৌই হায়বসি ইবোহল্‌ন খঙখি। মৌ নহা অসি মমাই তেত্থক্‌ কোম্ভক্‌ তৌত্থনা রাশি য়াম্না লৈ। কুচুত্থ য়াম্ন ঙৌবদি নত্তে। অত্থম্‌ কুচু পাম্লিদি হায়নিংই। মথঙ্গাই অনীত্থ পাকৃতক্‌ তৌবোই নীংই। নোকপগী অমদি ব্না ঙাঙ্‌বগী খজাইহ্‌ লেঙবদ মই খর তাবত্থন হেন্ন ফজহন্‌বোই নীংই। খঙদে; কদাইদ ফজবনো হায়বত্থ তাককম্‌ খঙ্‌দন মমাই অত্থদ মুংশিব অমদি পোকই হায়বতাই। মুপী অত্থগী ফন্‌ হেক্‌ চোংথোক্তুনা ফজরিবদি মমাইদগী মাগী তুংয়ানগী শবান্ন হেল্লি। নীংত্থ তাব অমদি লেংজুম্‌দগী হাইথরকপত্থ কল্লকৃই হায়নিংই। শবান্‌ অত্থ চ্যেক্‌শিন্‌লি। খোইখা শেংথৈ। মনাদ লৈ অশাংবী অম জুম্‌ জুম্‌ লাওন য়ান্‌লি। ঙক্‌শম্‌দস্থ লীক্‌ খর শি।

মৌ নহা অসি ঐগীসিদ হেক্‌ হেক্‌ কিহোম্‌ য়োন্‌লৈ। কিহোম্‌ পাম্বা নত্রগন কোম্‌লাস্থ য়োন্‌লি। মহাক্‌ হৈয়োন্‌বীনি।

ইবোহল্‌ন সাইকন্‌ তন্‌থৌ থৌগৎত্থন মৌ নহাত্থগী মনাক্ত থৌজিন্‌-লগ হায়ফেং হায়খি—ইতৈমা মধুমতি। চিংথন কৌই। মুপীত্থন হন্ন য়েংখৎপদা মুপা অত্থবু মশক খঙদে। হৈমা মশক্‌স্থ খঙদে; কদাইদগী মুপানোনে হায়ন মুরুম্‌ মুরুম্‌ শোন্ন ফমথখি! অত্থদগী মাগী কিহোম্‌ লৌথোক্‌ লৌশিন্‌, তৌবদ অত্থম্‌ মীনীলদ ব্লাখল্‌ অত্থ তীন্‌খি!

মথংগী মুর্মিংতস্থ ইখঙ্‌ খঙ্‌হৌদন ইবোহল্‌ন ইতৈমা মধুমতি হায়ন অত্থম কৌরমই। অত্থগ ব্লাদি অমত হায়দন সাইকল্‌ অত্থম্‌ থৌখি। হেক্‌ উনবগ ইবোহলন অত্থম্ন তোইন তৌশিন্‌লকৃপ অত্থদ মুপী অত্থ মপুক্লিংদ চিংনব অমদি পোকই—মান কাওশ্রব মাবুদি খঙ্‌ব মী ওইরিনি হায়ন। মৌ মহা অত্থনস্থ ইবোহল্‌মু মশক্‌ মথৈ অত্থম্‌ খঙ্‌লক্লম্‌ই।

মসিন ইম্ফাল্‌গী ব্লারীনি

নোংম মুমিদাং অমনি। খবর য়োনফম্ মনাক্কী ঐগী ফুট্পাট্ মথক্ত লেপ্লুন ইবোহল্ন মাগী মমান্নবশিংদ মধুমতিগী ব্রারী হায়ফেত্তুং লীরগ হায়রক্‌ই—ঐ কা হেক্লিনগে ঙাইরিবনি। মসিমসু শান্নব মুংঙাই-গদৌরি। অমুক্তং চাবদি শোইদে।

মমান্নবতুসু ঐগীসিদ তৎতন লাক্‌ই। মশক্ মুম্ন খঙ্ই মখোয় অসি কৈদা অমতগী মীনি। তৌবগীদি হৌজিক্কী মীশিং অসি থৌক্ ম্নমতগী ওইন তৌশিন্‌লক্লে। মমান্নবতুন হায়—হাও মুপীদি য়াম্না লৈ। নোংম হেক্ত কোয়মিন্নরুব য়াব জাৎনি হৌজিক্তি য়াম্ন ফংলেদ।

ইবোহল্‌ন হায়—ঐদি নোংমতং ফৎ উনরগ ইখঙ্ খঙ্নদনদি পামদেদ। খঙ্নর খঙ্নরগ ফজন চৎথবতুন হেন্ন মুংঙাই।

অতুদগী মান নোংম অহীং অম মৌ অমগ লৈমিন্নরুবগী ব্রারী শাই। মৌ অতুসু মপুরোয়বগ লৈরি। অসামদ ব্যাপারি চৎখি হায়ন তম্নম্‌ই। পুন্সিগী য়াম্না লুরব ব্রাফমশিং অসি মখোইনা য়াম্না লায়না লৌই। অতুগ ইকাইবা লৈতনা লীথোকই।

নোংম মুমিৎ য়ুংবদ ইখঙ্ খঙ্হৌদন ইবোহল্ন সাইকল্ তোংতুন ফৎ হাইজিনলক্লুন হায়রৈ— ইতৈমামধুমতি কিহোম্ অমত চাজগে। মৌনহা অতু ইঙক্ ঙক্লম্ই। ব্রা অমত হায়খিদে। মাঙোন্দ কিহোম খোক্লুন লান্শিন্লি। ইবোহল্সু চারগ পীগদব পৈশা পীরম্লগ চৎখি। চৎলমদাইদ হায়রম্ই ইতৈমা মধুমতি চৎচরগে। অমুম তৌবসি অনীরক্ অহুম্নক্ শুরে। লাংলব মীরক্ত মধুমতি ইবোহলগী মরমদ ঙৈহাক্তংদি মতম কাইথোকখি। অতুম্নদি ওইরগ ইবোহল্ গুম্বদি কয়ানি। মীয়াম্গী সমুদ্রদ লুপ্খিব মশান তাজবনি।

নোংমসুনি

ইবোহল্ন হান্নগুম্ অতুম্ তৌরমই। ইতৈমামধুমতি, ঙসিদি কিহোম্ মপুম্ফান চাজররোই মশুং অমতমক্ চাজগে। ঙসিদি মধুমতি

তুমিন্ন লৈখিদরে। হংলকই—ইবুংঙোবু কদাইদ লৈবগে, শকস্তু খর খর থঙখিগুম্স্তু তৌই, ইচিং চিংনরে।

ইবোহল্ন হায়রক্ই- ইতৈমা, লৈফম্ পাক্ তাক্থোক্প হায়বসি কয়া মুংঙাইজদত্তুন তৌবনি। হয়েং মতম অমদ তাক্তব য়াদব মতাংদু লাক্লগ তাক্চগে। ঙসিদি তাকচররোই।

মধুমতিন কিহোম্ মপুম্ অম খোক্লগ য়ান্ন নীংখিন শেম্লগ পীশিন-লমই। মৌনহা অত্তু মখা খুমখিদে। মৌনহা অত্তুন ঐগী লৈমাই অসিদ মখোংন কন্ন নেৎশিনলক্পত্তু ঐঙোন্দ ফাওরক্ই অমস্তুং মুংশাস্বর অশাব অশাংব অম ফুইন হোন্দোরক্পত্তু ঐঙোন্দ পান্লম্ই।

কিহোম্ চাব লোইরগ ইবোহল্ন হায়রক্ই—ইতৈমগীসি মগুং অমতগী ন্না নত্তে; ঐন হায়জবদি মগুং অমতনি। অত্তুবু মপুম্ অমগী পৈশা লৌবিহৌরো।

ফুরিৎখাউদগী লুপা চৎপী নোট্ অম পুথোক্তুন পী। মৌ নহা অত্তুন মগুং অমতগী পৈশাদমক লৌহৌরগ হায়রকই—য়ারনি, অতৈদি ঐগী লনাইনি।

—ইতৈমা, লম্মন্ তোন্শিন্ব তারেদো। শিংহন্বিরোইদব লম্মন্সি তোঞ্জনিংদবনিদ। ওম্হোক্পনি, লম্মন্ তোনলবনিন শিংব য়াব মতম অমুক ঙাইব হায়ত্তুনি।

হায়রম্লগ ইবোহল্ সাইকন্ তোংত্তুন নোংমত্তুগী চৎখি। মধুমতিন য়েংত্তুন লৈহৌই। মোমোন্ নোক্তুন মফি মরোন্ শেমজিন্বগ লোইনন স্বর শাংন হোম্বখি। অত্তুদগী মীয়াম্ মরক্ত মহাক অমুক্ হন্ন লুপখি। নীংশিংব শংখিদে।

হন্দক মরক্সি ইবোহল্গ মধুমতিগ য়াম্ন চান্নরক্পসি ঐহাক্ উব ফংলে। ইবোহল্ন মাগী মনাক্ত লাকপত্তু, ন্নারী শাবত্তু মধুমতিস্তু মুংঙাই। অত্তুবু থোইন হক্থী থোক্ল খন্লুবগী মওংদি উদে। ইবোহল্গ ন্নারী শান শান হে লৈব লাকপ মীশিংগ ন্না ঙাঙ্নৈ, পোৎ তমই,

পৈশা হনলি। চৎপ্ৰগ হান্নগী সারংদ চংহুন লৈখি। ইবোহল্দি পৈশা য়াওরগ কিহোম্গী শেল্ পী, য়াওদ্ৰগ পীদ্ৰবমু তোক্ই।

থাংজ মুমিং অমদনি।

মধুমতিন ইবোহল্ চংলক্প উবদ, ইবুংঙো লেংলক্লে হায়বগী মওংদ নোক্ফেং তৌবহুন ইবোহলবু কৌব ওইরমই। মুমিং অহুমক্তি, অমুক্ত মধুমতিগী খাইনহন লৈবিব মপুরোইবহুন লাক্কুন হুঙ্গিন্নবগী ম্বা হায়রম্লবনি। মানদি কয়া য়ানিংদব উৎখি হায়ববু লৈখাইদি তানখিদে। মাগী পুন্সি অসি মঙোন্দ মুংঙাইরক্লব্র; মহুদি খঙ্দে।

মধুমতিগী মনাক্ত লৈব মোরাহু লৌহুন ইবোহল্ন ফম্থে। অহুগ হায়রকই—ঙসিদি, ইতৈমগী য়ুম খঙ্জব তারে। কৈথেন্ কুম্ব থিঞ্জব তারি।

মৌনহা অহু নোক্মি নোক্মি তৌই। অহুগ হায়রক্ই—ইক্পু ইকাইজেদা মথোং চাব জাং নত্তে। ইবুংঙোখোইন লেংশিনবদ মুংঙাইব পোং নত্তে।

ম্বা হায়ন হায়ন মধুমতিন কিহোম্ খোক্লমই। মবক্ মরক্ত পোং লৈব লাক্লিব ময়ামদ পোং তম্থোক তম্শিন তৌই। শেল্ লৌশিন্লি। শেল্ হন্দোক্ই। কিহোম্ খোক্প লোইরগ হায়নব মাইদন ইবোহল্দ লান্শিন্লি।

মী অনীদ লৈ হায়বদাই ইতৈমহোইগীবু, ইবোহলন হংলকই। অহুগ মখা তাই—ঙা অমতং লৈখিবন ফরোইদ্র ?

মৌনহা অহুন খুম্লকই—অং ইবুংঙো, অঙাং মুপা মচা চহি ৯।১০ গুব অম লৈরি। ঐখোয় অনীদনি। ইবুংঙোন ফগদব তৌবিয়ু।

ইবোহল্ন মতৈমবু কৈথেন কুম্মিন্নব ঙাইরি।

মুমিদাং পুং ৯ মখাইমুক তাবগী অহুন্নাইদ ঙা অম লৈরগ য়ান্দুন মধুমতিবু থাংমৈবন্দ্লোমদ ইবোহল্ন থিন্বিখি।

লৈচিল্লক্তী থাজ

নোংয়াই মতুং পুং অমমুক তাররিদ্র ? লাঙ্‌ব পুম্ব পুমচিক্‌ চিক্‌খ্রে। ঙৈহাক্তং লৈরগদি অমুক্‌ নোংঙান্‌লক্লগ ইরাং লাংলরনি। ঙৈহাক্তং পোথ্বাহোগে থন্দুন তুমথগেত মতৌরি। ঈশৈ লাওন শক্লহুন চোকথন সাইকন্‌ খোংনেং ওংন ওংন ইবোহল্‌ অমুক্‌ হন্‌লক্লে। থোং নম্বোন্‌বী লাম্থোক্তুন শগোনবন্দলোমদ চংখি। ওইদব য়াদ্রব মখোয়গী হোং-লক্লিব পুন্সি অসিদ ঐন মখোয়বু ইস্থোক্‌প ঙমদবগী মশক্‌ খঙ্‌দ্রব ব্লাখল্‌ অমদি ঐঙোন্দ চংশিন্‌লক্‌খি। অদুগ মা উমঙদগী ইশাংসি ইতন্‌ তম্বব অমস্থু ফাওখি।

## অকঙ্ব লৈ

ফজৈ, ফজৈ— লৈকায়সিদ লাক্পা মৌশিংদগী হম্বব হায়বত্তুদি থোক্তুদন।— হায়ন লৈকায়গী মৌ লৈশাবীশিং গোপাল্গী চেল্লক্লিব মৌ অনৌবী য়েংলুবদগী হন্দোক্লরকই!—শবান্ য়েংই য়াস্তে, য়াং চাউই। কুচু লম্ ঙাল্লি, সি মঙায়দন।— কবোক্লৈগী শক্চুগী মরমদ পিরিব কমেন্ট্নি। সিদ নত্তন গোপাল্বুস্থ থাগৎনৈ—সিনিদন মুপা হায়ত্তুদি। য়েংব লাক্লিব ময়াম্গী মরক্তগী অমন হায়রকই—অহুবু চহিদি য়াম্বম্-পদব মায়ে, মশক্ ফন নিংথিন লিন উরেনে।

লোৎতুন থম্ব য়াব নত্তবনিন কবোক্লৈগী শিত্রগী মনম্দো লৈকায় শাৎন খঙ্নরক্লে। লৈকায়গী মৌ লৈশাবী খুদিংন গোপাল্গী মরাই-বকীদমক্ য়াবীব হৌরক্লে।

—অমঙ্গল্নি। চৎথোক্লম্দাই ফাউবদ মা উনব ফস্তে হায়নরিবনি গোপাল্সিবু ঙাওরত্রনে!— য়ারী শাম্নবসিস্থ থিংলুব য়াব নস্তে। গোপাল্গী মমাংমক্তদস্থ য়ারী শানরবনি। কনাগুম্বী লৈকায়গী হাম্ভম্ তোঙম্দবী হৈশিংলবী মৌ কয়ানস্থ গোপাল্বু কৌশিন্দুন হায়বিরকই— ইবুংঙো, নংবু খঙ্ত্রিত্রা? সিগুম্ব মুপীগ পাম্নব হৌনদে। কবোক্লৈদি মুপীনি হায়জবদনি, মুপীগী লৈহি চেন্দবীনি।—গোপাম্নদি মসিদ থোইন

থৌরা শাদবগুম্ উই। অতুবু রাঙাং ময়াম্সিন রাখল্ থরদংবু ওই-রবস্নু থন্হন্দবদি নত্তে।

গোপাল্গী মমা মপা লৈত্রে। মচে অম লৈ। মচন্ অম থৌওইন হল্লক্নুম লৈ। নোংমস্নু মচে-কুপ্তে লাক্নুন মৌপরাবু রারক্লে— মুপামচা, ইমান ইপাব নত্তোম্ত পোরম্ই। নংন মুপীস্পিগ অস্মুম পামদ্রুন লৈরবদি নচা হায়বত্থ নমিংত উরম্মোই। মৌ অসি খাইনথো। মচেগী মমাংদ রাখল্ থন্দুন লৈরম্বদগী গোপাল্ন থুম্লকই—ইচে, ঐগী লাইবক্ত ভম্লবনি। হৌজিক্পু অমুক্ করি তৌরগনি? মৌগী মচাসি রাহন্বত্থ ঐ পামদ্রেদ ইচে।— সিগুম মৌপরাগী পাউথুম্সি তারগ কুজেন অমুক্ থেম্লকই— নংন মাবু অত্থক য়েন মুংশিল্লরবদি, মাম্থ মুম্ লৈজরসম্নু, অতোপ্প মুপী অম থিনব তৌসি। মা অম মুংশিবগী থারা মুৎপদি চুমত্রদো! মুপামচা, ইচেন হায়রিবসি মুম্ন থল্লু।— গোপাল্ রাহৈমত থুম্হৌদে। মীন ফন থেম্হনস্নু মাগী থম্মোয়দদি লেঙ্লরোই হায়ন রারেপ্ তাঞ্জব মী ওইরবস্নু মরক্ মরক্ত থেংন-ললিব বিচার ময়াম ঙৈহাক্তং ওইরবস্নু রাখল্ থরদংদি থন্হল্লি। গোপাল্ন ভরেং তরা থোক্ল মত্তোম্ত অফফত্ত থিরুরব তুংদ কবোক্লেন্বু খাইন-রোই অত্থগ অতোপ্পী অমগী আশাস্নু তৌরোই হায়ন রারেপ্ তাই। মাদি তোল্লবীনি, মাঙোন্দ ঐন অমুক্ ওৎলরোই হায়ন থল্লি।

নোংম কনাস্নু লৈত্রব মতম্দ গোপাল্ন মত্তোম্ত হিপ্পম্ই। কক্নুংদ কবোক্লেন ফম্হন মপুরোয়বগী সেবা তৌজরম্ই। কবোক্লেন হায়রকই— ঐগীদমক্ পুন্সি মাঙ্ব তৌবিগন্নু। ইনম্মখোয়ন হায়রিবত্থ অচুম্বনি। নংগী কনবনি। ঐদি তোল্লবীনি, ঐগীদি থন্বিক্লগন্নু। মুপী অম থিবিয়ু, ঐ কৈমত মুংঙাইতব তৌজরোই। কবোক্লেন য়াম্ন মুংঙাইতব ১দি পুক্লিং মুংশিবগী খোম্থাংদ হায়রক্পত্থ তারগ গোপাল্ন—তানিংদে, রারেম্ ঙাংমুসে হায়রগ কবোক্লেগী মথুং অত্থ শিং শিং নান্বিরম্ই।

অহুগ মরক্ মরক্ত কন্ন কন্ন অমুক্সু পায়শিল্লি। গোপাল্ন অহুগ মোমোন্ নোক্প থম্মোয় পেৎপ মিৎনোক্ল কবোক্লৈবু অমুক্ত হেন্ন মপুক্লিং পেৎহন্লম্ ই।—নংন ঐবু কৈদৌঙৈফাওব অসুম্ন মুংশিবিখিগদগে? নংন খরদং কাথোরক্পদ ঐব য়ুম্সিদ মিকুপ্ অম ফাণ্ডব লৈব ঙম্গদব লৈতে।—হায়ন নৌন কম্লিংলক্পগী খোন্ক্ম্দ কবোক্লেন হায়রম্ ই।

মুমিৎ অহুগী মুংথিল্দ গোপাল্ন কবোক্লৈগী অমসুং মচন্ কেতুকীগী ফী অমমমম্ লৈবিরক্ই। কবোক্লেন মথল্লাই খর মুংঙাইতন লৈব উবদ মচন্গ মাগ পুহুন গোপাল্ন সিনেমা য়েংব চৎলি। লুন তৌব হেন্গৎলি। কবোক্লৈগী মনাক্ত শুরু শুরু নৈশল্লি। কোয়থোক্পগ চৎভবীনি। নোংমগী থবক্ চৎথোকলুব হঞ্জিন্লক্পদ মান অমুক্তং কবোক্লৈবু থিবদি শোয়দে।

—ইশ্বর, নংন ঐবু অসুক্ তোম্ন শেম্বীরম্লিবসিবু কল্লিগীনো? হায়না কবোক্লেন তত্তন হংজৈ। অহুগ কল্লিগুম্ব মতম্দ—ঐদি ঙসি হুয়েং খঙ্ব নত্তে হায়ন অস্বারী মতুংদগী মফি মরোন্শিংহ্ লোইশিন্ লোইশিন্ন কপ্পম্ ই।— কম্লিঙৈসিদ চানিংব চাহৌগে ইম্রিন পেল্লগ লোইরে—হায়ন ফত্ত ফত্তব চিঞ্জাক্ ফাওব পেম্ন চাই। চাবদ থিংব লৈত্তে। অহুগ থবক্ অম হেক্ তৌবদন— হন্দকী মপোক্তসু মপা লৈত্তন ল্যাইবক্ থিরে, হয়েংমুক্কী মপোক্তদি লৌখৎপ য়াদ তারে হায়ন মপুক্লিদ চেৎন নীংহুন মপুরোয়ব সেবা নিংথিন তৌই। মপুরোয়বন কেন লৈউ হায়ন ফজ ফজরব ফি, কেনব মচাক্ লৈরক্পদো মান কেমু হায়বসি ইয়া য়াদে। মচন্ মুপী কেতুকিদ পুথোক্ পুথোক্তুন শেৎহল্লি। কেহল্লি। কবোক্লৈ নোংমত হি হি নোক্তে। কল্লি কল্লিগুম্বদ তুম্নম্দাইদ—তুম্বদগী ঐদ মিকপ্ থোরক্তুবদি মুংঙাইজনিদ—হায়ন মপুক্লিংদ নীংহুন লাই ফাণ্ডব খুরম্ ই।

অহুগা খ্বাইদগী শাথিরিবদি মচন্ কেতুকীসি ওইরে। হায়ঙম্ তৌঙমদে। হাইনা হুম্না লৈ। মাগী কুশিনি। গোপাল্না করিমত হায়বা ঙমদে। মমান শিরম্‌দাইদ মঙোন্দা শিম্নরম্ই। মমাগ শাংন লৈমিন্নজবা ফংহৌদ্রে। অহুগী মথক্তা মরাইবক্ থিবনা মপুরোয়বন হুম্ন য়েংবিদ্রে। করিগুম্বদগ মবুংনা চৈরুরবদি নত্রগা ঙাঙ্লুবদা মপুক্লিং মুংশিন মমা কৌহুন নিংঙোম্ন মপামদ হন্‌লক্কুন লৈবসিদ উশিংতহুন তৌরিনি হায়না ন্না ন্না কপ্পুনা লৈকায় সরা শল্লি। য়াম্না কেথোক্ল লৈ।

মনম্ম কবোক্লৈনা কেতুকিবু লুন তৌই। কিন চংলি। অহুবু কেতুকিন মনম্মবু প্রমাণ তৌহুনা ঙাঙ্ শক্‌ই। খারা পান্দবী মুপী, নং লৌরুবদগী ইবুংসে থবক্ অমত মঙ্গল্ ওইদ্রবনি। মাঙ্লবনি, মাঙ্লব। হেক শাউবগ লৈকায় তরা তানব লাউরিবনি। অহুদগী অঙাংশা, নাতোন্‌চাবী হায়বা লৈসিদি লাই কংপা য়াদেনকো। চেগী লৈনবু ফন ফজহুনস্থ লৈহি চেনগত্রদো? হায়না ন্নারী শাবদস্থ থেংচিন্দুনা প্রমান হেক্ত তৌথোরকই। মসিনস্থু কবোকলৈবু থোইন ন্নাখল্ খন্‌হল্লি। অহুগা ইথন্ খল্লুদন তান চারুবদগী ন্নারী শ্নাবদা চিল্লাং খরাং ওইন হায়দোক্‌খিবা ন্নাহৈনস্থু শাথিরবা ন্নাখল্ খন্‌হন্‌ব ঙম্‌ই। নাম ন্নাংপশিংনস্থু খরখিৎ হেন্না ন্নারৌ পুরৌ চাওই, পাঙ্গন্ শোনব মীন শাওগন্‌বগুম্।

অহুবু, গোপাল্ন চীংজাওগুম্ নাপাক্ অমা লেপ্পুনা ইরেং লেংত্রবহুদি গোপালগী মচে কুঞ্জেন অহুগ কেতুকীন হৌ হৌ চোংবা লেপখে। প্রমাণ তৌখিদ্রে অহুবু মরক্ মরক্ত মচিং মশোং হৌরকই। অহুগ গোপাল্ন নত্রগা ইমুংগী মীন থবক্ অম তৌবদা শোয়রব অহু ওইরবদি কবোক্লৈদা তায়নৈ—য়াররোই য়াররোই ইমুংসি থবক অমত য়াররোই; কদাইদগীনো; খায়নখ্রসি হায়বস্থ য়াদেদো।

ঙসিদি গোপাল্ অথাপ্প লম্ অমদ মতম্ খরগীদমক্ সরকারগী হুকুম্ ইন্দুন চৎকদৌরি। মুমিৎন তরং তরং থোবক্লে। কবোক্লৈন চাক থোংলে। চাকসিমু কেতুকিন থোংলুগে হায়বনি। অত্তুবু মবুংন থবক্ অম শিজিন্নত্তুন থোংহন্রে। অত্তুন কেতুকিদো শাওবন মচিন্দু পুরুম্ হৈতুপমুক্ চাওখ্রবনি। গোপাল্ যাত্রা তৌব মতম্ ওইবক্লে। কেতুকিন ইমুংদ চংলগ হায়রৈ—ইনম্ম, নং ঙহাক্তং মপান্ থোরক্খিনু। তাচৌ চৎখিসিনু। ব্রাহৈসি তাবদা কবোক্লে খাংব ঙম্জরম্দে। মিৎতগী পি তাখি। মিহুৎথোংগী পর্দার মরুম্দ মুন মুন মপুবোয়ববু য়েংজহৌই।

—মুম্ন লেন্গদগী শরুক্ শিখিবন ফরে। ঐবু হু চাত্তুন শিরশিরনে হায়না খল্লি। মুংথিল্ চুপ্পত্তুমা ইতুম্ তুম্দন ফমুংদ শুরু শুরু নৈন লেন্খি। মীন করি তৌরবগে হংলগ—হক্চাং ঙম্দ্রে হায়ন খুম্ই। অনা লোয়খি। অত্তুগ মপুরোয়বগী ব্রাঙাঙসু নীংশিংলক্ই—কবোক্লে, মীন হায়নিংবমখৈ হায়জসনু। করিমত খল্লুমু। ঐন হায়রক্লবদি নং কপ্প য়ারেদো। ঐদি মপোক্সিমগী হায়ররোইদবনি।—হায়রগ কবোক্লৈবু থোযন মংশিবা উৎলম্ই।

চিখহৌব অম লৈরে। কবোক্লে মতম্ পুন্নমক্ত মমান্নব কয়া তিন্নদে। ময়াম্ পুন্দুনা ব্রারী শাব খক্ য়াওব উদে। ইচিক্ চিরু তুমিন্ তুমিন্ মান তৌগদব থবক্তু মচি অমদা তৌত্তুন লৈ। অচিক্পন মাগী মুংঙাইজবনি। মমান্নবীশিংগী মচা উরগ মপুক্লিংত্থ ইরাং লাংই। থোইন হেন্ন চিক্ই।

থা খরা হৌখ্রে।

মুদিংব্রাইরম্নি। গোপাল্ রিক্সা তোংহুনা ময়ুম্দ হন্লক্লে। বোম্বেদা চৎলুবনি। মচন্ মুপী অমদি কবোক্লৈগী পোৎচৈ য়াম্ন লৈরক্ই। —গোপাল্ন কবোক্লৈবু ওস্তোক্ লুন তৌবিখ্রেদ। গোপাল্ হায়ব

মুপাসিদি ধর্ম্ম লৈঙ্গব হায়বত্নি মান কবোক্লৈবু খাইনবিদ্রিবসে। তৌবিসন্থ তৌবিসন্থ মহয়নি।—হায়ন কনাগুম্ব লৈকায়গী মীন ঙাংনৈ। অন্নাংগী সেখরগী অঙাংগী লিলা য়েংবদ য়াম্ন মুংঙাইরে। নোয় পেল্লি। সেখরগী মচা উরগ গোপাল্গী থম্মোয়দ ব্রাখল্ খরদি খন্হল্লি।

সেখরগী মচাত্থ গোপাল্ন লক্লুন শান্নরি। কেতুকিসু য়াওই। —হায় মাইপাক্প, নং নমিৎ উবব্রনে ?—অঙাংত্থন গোপাল্গী মতৌত্থদ খেক্খেক্, নোক্লি। মতম্সিদ সেখরগী মুপীন অঙাং অমা থারক্ত্নন হায়হল্লে— মামো, ইনেন অঙাং ইরুজবিগে পুবক্উ হায়। মত্থদ গোপাল্ন—পুপ্রো পুপ্রো। চৎলোকো বোদে। হায়ন অঙাংগী মখজাইদ শিক্লগ পিখি।

মুপীশিংন নোংমদ অহুমক্ পংথৈ অস্থম্ন হায়নৈ। সিমদি হায়নিংই মুপাশিংগীসু অশোন্ব পুংজা মিকুপ্ লৈ। গোপাল্ তুমিন্ন লৈরম্ই। অত্থগ খঙ্হৌদন শোস্থাংনন হায়খি—ঐখোয়গীদি অকঙ্ব লৈনিন অঙাংগ উদ্রব হায়ত্থনি।

কবোক্লৈন ঈশিং অশোক্প থম্ব চংলক্পদ মপুরোয়বন হায়খিবত্থ তাখি। হেক্ তাবদ খ্বাই লাওখি। চৎলম্বদগী খঙ্হৌদন চপ্ লেপখি। ভাব ইতা তাদন ঙৈহাক্ লেপ্প্লগ ঈশিং থম্ব চংখিবত্থ গোপাল্ন হাইফেৎ উখি। অত্থগ হায়দোক্প্রব তুংদ কবোক্লৈ তাপ্ররিদ্র হায়ন মতোম্ত মুংশা থিরম্ই।

মুমিদাং পুং ৭ মখাই তারে। গোপাল্ চৎথোকলুবদগী সাইকন্ ইল্লত্থন হগ্নিন্লক্লি। নিতিগী হৌনশা ওইন মচন্দ হংলমই—ইবেম্ম, ননম্মদি ? কেতুকিন—অসোম্ কাদ লৈরিনি।—গোপাল্ন ফি হোংদোক্লগ কবোক্লৈ লৈরম্গনি হায়ব কাত্থদ চংখি অত্থগ হায়রক্ই—ইবেম্ম, চাক্ থোংলুরোনা। ঐদি চাক্ লাম্লেবো। কেতুকিন খুম্লকই—ঙসিদি ইনম্মন থোংলসিন্থ ; ঐ ঙসিদি ফৌ য়াম্ন শুমন্বন হক্চাংসি ইতেক্ তেক্লে।

গোপাল্‌ন ফমুংদ হিপ্‌লাক্‌প্র হায়ন কাংখন্‌ হাইদোক্তন য়েংই। লৈতে। অতুদগী গোপাল্‌ন হায়রক্‌ই—ননম্মদি সিদস্মু লৈতে। কদাইদ চংখিগেনে ?

কেতুকিন অমুক্‌ খুম্নক্‌ই—অতুদি কদাইদ চংশ্রিনো ? চথোক্‌খিস্মু উহৌদে। অন্নাংলোমদ লাক্‌প্রা হংখিগে। মনিংথোংদ থোক্লগ মনম্ম লৈত্র হংখি। লৈতে হায়ন খুম্নক্‌ই। অতুদগী মুংশা থিব অম য়াওন—কৈনোনে হায়রিসিবো! হায়ন কোইচেন্‌ চেন্দুন—হো ইনম্ম, হো ইনম্ম হায়ন অন্নাংলোম্‌ মখারোম্‌দ কোইকৌ কৌই। গোপাল্‌স্মু চিংনব অম য়াওন থাউমৈ অকাপ্পী পায়ছুন য়েন্নখা লুখাদ য়েংই। ইংখোন্‌ মতোন্দ, ইংখোন্‌ মনিংদ হৌব উ ব্রাদস্মু থাউমৈ কাপ্তুন থিখি। থিব ফংদ্রে। অতুদগী গোপাল্‌ন—ইবেম্ম, ঐ মহোয় য়ুম্‌দ লাক্‌প্রা হংলুখিগে—হায়রগ সাইকল ঈন্দুন থোক্‌খি।

## লৈচিল্লকী থাজ

শোক্ ১৯৬৩ গী অয়ুক্ অমনি। শজিবু থাদনি। নোং মংলি মংলি তৌব অয়ুক্লি। বীজয় মাগী লাইরিক্ পাফম্ কাদ লাইরিক্ পারি। কেলেণ্ডরদ হাইফেত্তুং য়েংলুবগ মতোমত হায়রকই—এপ্রিল তাং ১০। হৈস, ঙসি মেত্রিক্ পরিক্ষা লোইব নুমিৎনিনা। থম্মোয়দ নুংঙাইবগী মমি। ঙসিদি মেত্রিক্ পরিক্ষা লোইব নুমিৎনি থল্লুবদ মামল্লী পরিক্ষা লোইবগুম্ থন্‌ব মাল্লি। অথাব বোয়গী ময়াইদ ইব করিগুম্ব থরম্নু পারগ কদাইদ করি শোইব ১দি বনান্ লানব চুমথোকই।

অম্বারীদগী ফী অগুবশিং পুথোক্ত্রনা ধোবীদ পিরুই।

নুংথিল্ ওইরক্লে। বীজয় শেংন ইরুজথোক্ত্রনা মকোক্‌মরু তুমং থোক্ত্রন মশা পলরোয়দ নান্‌লে। মকোয় শেংন কোক্‌থোক্লে। অত্তুদগী ঙসাইদ ধোবীন ইস্ত্রি তল্লক্লিব ফুরিৎ খোংগ্রাউ অঙৌবত্তু শেৎলত্তুন য়াম্ন কেন নুমিদাংব্রাইরম্ কোয়থোরক্লে। বীজয়গী মচেন হায়হৌই—কেরেদা। খুজাই অম য়ারবদি মচুম্ লৌব য়ারনি। কদাইদবু চৎকদৌরিবনো নোং মংবসিদ ফুরিৎ খোংগ্রাও অঙৌবত্তু পাম্বু পাম্মুত্রা কৈনো। গুবদন ব্লারিদি, নুংঙাইবন অব্লা খঙ্‌দ্রেদন বাবু শাব শারদন।

লম্‌জাওদ মমাল্লবশিং, শ্যাম, বুধনচিংবগ চৎমিন্নরিঙৈদ বীজয়ন হেক্ত হৌদোরকই— ঙসিদি মেত্রিক্ পরিক্ষা লোইব ওইরিনিসে, ঙসিগী ক্লোইশনবু উত্ত্রিনে।

বুধ—য়াওরি। য়েংগেরা ?
বীজয়—হুঁ, হোরেন্ কোয় আদ য়েংলুরগে।

মসিদ শ্যাম লক্লরকই— য়েংফম্‌দগী য়েংগদব ওইরিনি, কোইশন্-গসে অতৈদগীদি য়েংনিংখিদ্রব ! বীজয়ন খুম্লকুই— অদুগী ব্রা নত্তেদ। নোক্‌মি নোক্‌মি তৌদুন ইকায়ব খাংই।

শ্যাম—নখোয় পরিক্ষাবু তাং ২২ দ নত্রা ?
বীজয়—অং, মান্নি। করিগীনো ?
শ্যাম—হুঁ, লাইরিক্ তম্বীব চংলুনিদুদা……!
বীজয়—ওসিদি চংলুদবা য়াদে। খরসু থেংন খোরক্লনি।

নাপন্ য়াওরপ্ তৌব খোম্বোক্‌নি। শ্যাম অমসুং বুধ পুল্লপ্ পুল্ল হায়রকুই—ইবুঙো নংসি লুপ্রে লুপ্রে।

ঐ থবক্ লৈ, কুইন চৎমিন্নব য়াদে হায়ন বীজয়ন তোইন হায়রকই। মান মরামগ লোইনন চৎমিন্নগদৌরিব লম্ ফাওব ককুই। অসুম্ চৎলম্মদগী মমান্নবশিংদ ঙাইরম্‌খো, ঐ সিদ কৈনোমত লৈরক্-খিগে হায়রল্লগ খোংনাংখোং কন্বী অমদগী করি করিনো খর লৈরম্‌ই। মাঙোন্‌লোমদ য়েংদুন শ্যাম, বুধ ব্রা খর ঙাওনরগ পুল্ল নোক্‌খি। বিজয় খোয়ক্লবদা শ্যাম হায়খি— মিঠাই লৈক্লরিনিনে— লোইপোৎ কানব। বীজয় ব্রামত ঙাওদে। মোমোম্ভমক্ মনোক্‌ই, মমাইদু থমকম্ থংদবগুম্ তৌখি।

খর চৎমিন্নরগ বীজয়ন হায়রকুই—ঐ লৈহৌরগে।
বুধ—ঙল্লিদ নংবো, পুং মঙা তাবদ মঙায়রি— ঙাইঙমদব তৌলুদা।

ইকাইখাংদগী ওহাক্ চৎমিন্নে। অমুক্ হেক্ত হায়রকই— হুঁ, ঐ লৈহৌরগেদ। মতুদ শ্যাম খুম্লকুই— পাপ্ পুব তারে, লৈহৌরো লৈহৌরো, ওঝা তাইবুংঙো।

নোংমু থিংলি থিংলি চুই। ওহাক্‌সু হেক্ হাংই। হৌজিক্তি কালেন্ ওইরবনিন পুং মঙাসি মুমিৎ লৈরিঙৈদ তারবনি। পুং মঙাদগী

মিনিট্ থরদমক্ হেনলম্লনি বিজয় লৈরক্ অথুব তামদ ইশৈ গুংন গুংন চংখি। অর্থনা থন্‌ব, মকা লাম্ব মাইথোং। মুংশিবন থল্লব মিৎতা। অর্থ চেন্‌ব মোমোন্ মীনোক্। ইরাং লাংব ইহৈ হৈনিংবগী মতৌ। পাখংগী খোংথাং নহাগী শাথেক্।

বীজয়ন লাইরিক্ তম্বীরিবসি চীঙাখম্ আফিশারগী ইমুংগী অঙাংগ্নি —মুপামচা অম, মুপীমচা অম। অমন ক্লাশ এইটনি অছুগ অমন্না কোরনি। আফিশারগী কোম্থোংদ বীজয় চংলক্লি। মাঙোন্দ মী কম য়াম্ন লৈরম্ই। বীজয়ন জুরিদ লেপ্পকালদ মহৈ মহৈ— ইমুংঙো ,বীজয়না হায়ন হংলক্ই। বীজয়ন অং মারি হায়ন খুম্ই। চংঙু, চংঙু ইবুংঙো। হায় মুপামচা হায় পুর্ণিমা, ওবা লাক্এ হায়। ইমালাংন মহৈ মহৈ ফম্নম্বদগী কায়নখি।

মাঙোন্দ ময়াম্ ফম্লিবছুগী মরক্ত লৈশাবী অমগ মশা য়াম্ন নান্‌ব পাখং অমগ য়াওরম্বছু বীজয়ন উই। লৈশাবীছু চহি ১৭/১৮ মুক্ ওরম্লনি। মমিং রুহিনি কৌই। রুহিনি ব্রা মচেৎ অমত্ত ঙাংদুনা ইমুংদ চংখি। অছুদগী এলেকত্রিক্ থাওমৈ কাণু্ন মপান্দগী মশা নান্‌ব পাখংছুদ শোম্‌দ চংলক্‌উ হায়না কৌশিন্‌খি। পাখং অছুসু চংখি।

বীজয়ন পাখংছুবু খঙই—রুহিনিগী মনম্মগী মৌপল্লানি। মরক্ মরক্ত রুহিনিখোয়দ লাক্ই। রুহিনগ পাখংছুগ য়ৌ য়ৌ তৌনৈ। য়াম্ন চাম্নব মাল্লি। ব্রারী কুইন কুইন থবাই য়াওন শাই। বীজয়ন খঙবদি থরসিতনি। অছুগ পাখংসি লাল্লবদি বীজয় ওম্থোক্ন হেক্ হৈনদে।

⁄ পাখংছু য়াম্ন কে। তেলরিন্‌গী ফুরিৎ অতিয়া মচুগী লিংলি। শামতুগী খোংগ্রাউ উপ্ই। ঘড়ি শি। সনাখুদোপ্ খুনাওবীদ অম শি। কুচু ঙৌই। ব্রাং চাওই। মশক্ ফজে। মশম্ মুওক্ মুন খজিজুং খোইতক্ খোইতক্। মনাতোন্ তুম্ই।

সিদ নত্তন বীজয়ন খঙ্ব খরস্থু লৈরি। খুৎশাশিংহু শাংতক্ শাংতক্ তৌই। লম্ হেন্‌লম্‌গদব খুং মাল্লি। মমিৎতু মুংশি অমশুং ঙাউই।

ইমুংদ পাখংহুনে রুহিনিনে মনম্ম স্থমতিনে ব্বারী শারম্ই। হৌজিক্তি মনম্ম স্থমতি চাক্‌শংদ চংখ্রে। মখোয় অনিদ ঙাইহৌরে। ব্বারীদো করি ব্বারীবু ওইরবনো— থব্বাই ওস্থোক্ য়াওন শাগ্রঙ্গাৎনি। মরক্ মরক্ত থব্বায় তান নোক্‌মিন্নরক্‌ই।

বীজয় নোক্‌লক্‌পহু তাই। ব্বা লাওন ঙাঙনব শরুক্ত্ তায়। বীজয় তুমিন্ন ব্বা মচেৎ অমত ঙাঙ্দন ফমই। অঙাংদস্থু লাইরিক্ খনাম্নত তাক্তে—তুমিন্ন উংলি। অঙাংশিংদ মরক্ মরক্ত হায়—পবাদো ফারগ হায়রক্উ, হংদৌরিনি। অঙাংশিংহুন ফারে ওঝা হংলো ছাত্ররবদস্থু পরা হংদে— মখা পাথৌ হায়। —মখাদি লৌথত্রি, খঙদে ওঝা হায়রগন—অত্তোপ্পা লাইরিক্ অম পাউ হায়বন লোইরে। লাইরিক্ শুংতাক্ হেক্ তাক্তে। মরক্ মরক্ত নাম্ন হাৎলব্রিব মশমহু খুগাইহুন ইহা হাকচদন হোৎলি। ওহাক্‌স্থু অঙাংগী লাইরিক্ ময়াম্ অরুক্তগী অম লৌহুন ফাব্রগা পাবগী মঙংদ মুম্ন শংত্রিক্ য়েংই। পাদি পাদে। কুচু হোংখ্রে— শংত্রিক্ শংজিন্‌খ্রে। অনাবহুম্ মান্‌শিন্‌খ্রে। য়েংখিব অমদগী হোৎনদম মিনিট ১/২ মুক্ য়েংই। মমিৎতু চপ্ য়ুংই। থোংনাও ফাওন তত্তন য়েংই। মমিৎতু থোংনাওদ থম্ই। নাকোংন ইমদ।

ইমুংদগী ঐখোয়দ লৈরসিদনা মুপাগী মখোন্ অমন হায়রক্প, নোক্‌মিন্নরক্‌প তায়। মেম্ম, মেম্ম, নংবুনে অবোক্নে ঐখোয়দ লৈরসি ছাম্ববনি মুপাহুন হায়রক্ই। অঙাংগী খোঞ্জেন্ গমন তল্লি হায়ন মুম্ই। অহুগী মতুং ওহাক্ লৈরগ য়াম্ন থব্বায় তান হৌন নোক্‌মিন্নরক্‌ই। মুপাহুন চৎলগে ঐ হায়রক্‌পহু বীজয় তায়। থোংনাওরোম্দ হঙ্গৎন য়েংই।

লৈচিল্‌লকী থাজ

মুপাহ্ন চৎগ্রে। অত্নবু রুহিনি মপান্দ খোরক্তে। ইমুংদ ইরাংন থন্ব নহাগী সুরদ ঈশৈ—লালিলা লালিলা হায়ন নুংঙাইন শক্লি।

অতুগী মতুং ঙহাক্ লৈরগ রুহিনি মপান্দ খোরক্লগ লেপ্লমই। হায়রক্ ই—পরিক্ষা লোইখিবসিদি ব্লাই ইশং শংই—অহিং পেন্ন তুম্লনি খনবদ ওস্থোক্ল নুংঙাইখ্রে। মতোমত ঙাঙজে—কনাম্নু থওইনা তাব মান্দে। বীজয়দি তাদে হায়ব য়াদে—খুম্দবদনি। ম্মাদি ঙসাইদগী উংব তোকত্রি।

রুহিনিন হায়রক্ ই—ওঝাসে, ঙসিদি ব্লা লাল্ করিমত অঙস্রিব-সিবু নারব্রা করি তৌরবগে?

নাদে। তল্লব। ঙসিদি ব্লা ঙাঙব য়াম্ন তল্লি হায়বদগী হেন্দে। ঙহাক্ লৈরগ অঙাংদ পরামত তাক্লম্দন ঙসিদি তোক্লসি, কোক্নদি য়াম্ন ঙাওরে হায়রম্লগ বিজয়ন চৎলগে তৌরক্ ই।

নোংস্নু তায়। বীজয় শাতিন্ য়াওদে। রুহিনিন হায়রক্ ই—ওঝা, শাতিন্ লোথোক্লুখিগে, চোৎলনি। বীজয়ন পুথোরকয় চোৎলোয় করিস্নু হায়রম্লগ নোং মরক্ত অত্নম্ চৎখি। রুহিনিন বীজয়গী মতৌম্ন য়েংত্নন থোঙদ ঙাত্নন লৈহৌই।

# নাঙ্গোকৃথি

পুন্সিগী ব্বারীমচা অম তাগেরা ? পুন্সিগী ব্বারী। মান্নি, ঐগী পুন্সি-গীনি। থম্মোয়ব্বু ওৎখিব। আত্মবু মচেৎ মচেৎ তাহনখিব। ঐগী আত্মগী লৈকম থিবদ ফংদ্রব। মতুগী ব্বারী

পুন্সিবু করেম্নরুরব্র ? অমুক্তস্সু করেম্নরুদ্রি। পুন্সিবু থৌশারুদ্রব্র ? পুন্সিবো! থৌশাদব অমুক্ত য়াওরক্তি। হৌজিক্কী মীনবু পুন্সিদ সিরিয়স ওইগদ্র ? অং, অচৌব ব্বাহংনি।

মতম অত্তু গান্ধি মেমোরিয়েল হোল চাওন চীংলেম্ন নোংম নোংমগী মচেৎ মচেৎ শাগৎলক্লমই। ঐগী পুন্সিস্সু। ও, খঙ্হৌদে। নোংম ফোং লাওন হৌন পোক্খাইখি নমথিরব অপুম্ব মবুক্তো। নীংখাইখি। মচেৎ মচেৎ তাখি। চ্যোক্তেক্শিং মতেক্ মতেক্। আ, চ্যেক্-তেক্শিং। ঐগীস্সু মতোই মতোইরব থব্বাই। পুন্সি। পুন্শিন্‌ব ঙমদ্রব।

নোংমত ঐহাক্ পোত্থাফম্ খঙদে। নংবু খর ইংলিব্র ? শান্তি ? পুনশিন্‌ব ঙমলিব্র ? ঙমদ্রে। ফরে। ঐহাকস্সু নোংম। নোংমখক্ চৎলম্ই তুরেনগী তোর্ব্বান্ অমদ। ম্নুংশিংন য়াক্ন শিৎলি। মীশিংন হিংনিংদন তপ্ন তপ্ন চৎলি। করি তৌরুই ? ফমত্তুন ব্বাখল্ খললুই। তুরেন্দ তারম্লিব নূংজ্রেং মচা মচাশিং অত্তু পুনশিন্দুন মওং তান লিংগন্-ল। ঐগী ওক্সিজেন য়াওদ্রব মলয়াগী লৈবাক্ অসিদ শাগৎলসিরা য়্ম অমতং ? ব্বাখল অসিনি। ঐহাক কোক ঙাওরম্ই।

ঐবু খঙলত্র নং? খঙদে? খঙদ্রবদি ঐহাক ওঝানি। লৱায়গী এদেদ্ হায় স্কুল অমগী ওঝা। তলব থাদ লুপা ১৪০ দং ফংব। মসিন কবি তৌনগনি ভাবন অযুক্ত শাগৎলু। করিবু তৌব ঙমগনি? ইন্সাং অহাওবা অম ফাওব চাব ঙমদে। ফৌন শংবাইদ লুপা ২৪ ২৫। ও, ও, অৱাবনি।

ইচা মবিনি। মুপা অহুম। মুপীদি অম। লেপ্প হৈব অম হৌজিক য়াওবি। মতুন অতোনবনি। চহি তবাহুমদোইগ শুরক্ অম। ইচামুপা অহল্। খঙলত্র? ঐগী মুপীগী মিং হায়ব্র? মাগী মমিং থাবললৈ কৌই। লৈশাবী পাখংগী হৌনবী লৌনসি লৈনসি হায়বা মরী অমত লৈখিদে। থোৎ নৌব মুংশি ৱাবী অমত লৈখিদে। মুংশি ৱারী অমত শানখিদে। থাজৌ, হায়বিবসিনি। ঐন মাবু মুংশিতুন লৌখিব নত্তে। মানসু ঐবু মুংশিতুন লৈখিব নত্তে। খুদোংচাব য়েং-নতুন লৌনখিবনি।

মাগী মশক নং উগ্রত্র? কুচু ঙৌই। মঙকশম্ শাংতক্ তৌই। লুমাংদ তুহাও চোমই। মমিৎতি মুংশি। লাওরপ্ তৌরগ পাশিংতু শাংলপ্ শাংলপ্ তৌই। চিনবান্ অতু পাতক্ তৌই। থোইদোক-পদি মহুৎ কুপ্পী। মমাই অতু নাল্লী। নীংতু মতুম তাবগ কবিগুম্বদ উগ্রত্রা? মাগীসু মতুম তাই। ফন্ চোংথোকই।

ঐসি মাগী অহানব মুপা নত্তে। ঙকফমদি থোক্তে। হান্ন মযুম পানলুবে। বামোন্ লৈকাইদ। ঐ বামোননি। মাস্নুনি। ঐন আই, এ পরিক্ষা ঙম্বগী চহিতু ঐগী পুন্সিগীদি পৃথ্বিগী ইতিহাসত শোক ১৯৪২ চংলকপতুনি। ভাব তাদ্রত্রা? হায়বদি অনীশুব পৃথ্বিগী লালজাওগী অৱাবদো। ইপাদি ঐন অঙাং পীশক ওইরবতৈন ঐবু হুন্দোক্লম্লে। মফম কদাইদ চৎগ্রব? মতু খঙদে। শিগ্রে। ঐন ভাব তারকপদ ইমাগ ঐপত মুঙায়বম্মী। হায়রিব আই, এ থাবগী চহিস্দি পু থাংব ঙমক্রমাল্লে ইমাবুসু মথোবি মেৎখাইগ্রে। কনান? অশিবন। অৱা

অনাম। অমং য়াইথোংগী লম্বেন্দ চংখ্রে। মতুংগীদি ইতোমত ঙায়-হৌরবনি। ইতোমত।

ঐখোয়গী হিঙ্গোন লৈজদে। মীগীদ তাংহুন লৈবকই। ঐহাক্ য়ুমদ হুপ্পিনবগী মুংঙাইফম্ খঙদব অম কন্ন ফাওবকৃই। অমুক সবক্ত থোকৃই মুংঙাইগদবোই নীংহুন। চংফম্ খঙদে। ঙৈহাক ল্লেপ্পি। অমুক হুপ্পিনলকৃই। নং মহুগুম্ব অৱাবহু নপুস্নিদ প্লেনখ্রব? চাক্ চাকগী থনফম্ খঙদে। পংচৎত চৎলি। অমদ অমুক ফমুই। অমদ অমুক চংই। মচী অমদ ঙৈহাক্ লেপ্পী। মীগী ৱাৰী অমুক তাৱ। পামজহুন তৌরিব্র? মহুসু খঙদে। অপাম্বগ পামদবগ খেন্নবহু খঙদে।

মতমহুদ থাবল্লৈগ থেংনখি। শক্ শকৃপুদি হান্নদগী খঙনরবৃই। অহৌবহু করি মুমিংনো হায়বহু খঙ্দ্রে। মহাক্ মপুবোয়বগ থাইনৱ নৌরি। মুমিং নিনি হুম্নিদ মঙায়ৱি হায়। মকম মরাং থঙদন অহানৱ উনবমক্তদ মাগ অহীং অম লেক্মিন্নখি।

মুপীসিম্নদি লৌরগেগ খল্লুব লৈতে। মাসু সিমদদি লৈরগেগ খসম্গনি নীংদে। খুদোং চাব য়েংনবদগীনি। করম্ন? অসুম অসুম তিন্নবদগী লোন লৈনখিবনি। অহানব লেক্মিন্নখিব অহীংহু মঙোদ করম্ তৌরমগব ঐ খঙদ্রে। ঐঙোন্দদি পুস্নিগী তৌশিন্নব ওইদব ময়ামগী মরক্ত থৎখিব মিৎকুপ্পি।

খুদোংচাব য়েংনবদগীনি হায়বদি করিনো? থাবল্লৈ লৌরুবদগী ঐগী লৈফম লৈরেদন। মান শীনলাওহুন লাই লাৎপ থোকচোম্ন ইন্নাক্-খুনবখোয়দ লাইগী সেবা তৌহুন ইবানি লৈমিন্নরেদম। লাইগী ফৌ চহিদ ফৌবোৎ নিপান অমসু থোকচোম্ন পীবে। লাইদ কৎলব পোংথু ফংই।

সিগীতুংদ করম্ন পুস্নি লেপ্পিবগে? ঐন হুপ্পিনলকপদ মান চাক্ ইপ্লাং খোংহুনা থনম্ব। ইবানি চামিন্নব। হুপ্পিনলকৃপদ হরাও হরাও মান ওকপ। অহীং তুম্নমদাইদ মান ফমুং থাব। মসি নঙন করি

ওইগনি? অহীংদ ইবানি কমুং অমতদ যৈজুপ্ অমতগী মনুংদ হিপ-মিন্নে। মসিনি।

মাগী মতেংদগী ঐহাক বি, এ থারে। অদুক চাওখোক্ল হায়-রিবদুবু করম্নো? মান ঐবু য়াম্ন ইনশিন্লি লাইরিক তম্নব। পুক্লিং থোগৎলি। মতমদুদস্ ঐহাক ওঝা ওইার। এম, ঈ স্কুল অমগী। ইম্ফাল কোলেজগী নাইট সেম্নন্দ মান ঐবু নমদুন মিং চনহনখি। নুমিদাংদ। হায়ম্লিবগুনি ঐগী লাইরিক তম্বগী থবক্ত ঐগী নুপীন থম্নায় য়াম্না য়াওবী। বি, এ, উচিন নাচিন্ন পাশ তৌরব ফাওবদ মখা তম্থনব মাদি হায়ব জাৎনি। অদুবু হায়ব শাব হায়বদু ওইখি।

মতম্দুদ ঐগী নুপীগী চহি ৩০ দগী হেনলম্নগনি। চপ চাবদি নীংশিঙ্গে। অঙাংদি অহুম্দ মঙাইরি।

মনীং থুংদ্রব্র থাবম্লেসে? খঙদে। নোংম মান ঐঙোন্দ ন্নাকম্ অম থাঙ্গংলকই। ও, ন্নাকম্ অম। তমথিন্নব মিৎকুপ্নি। থাবম্লেন হায়রকই— ঐখোয় ইনাকী স্কুলসিগী মনাক্ত হোটেল্ মচা অম কম্গে। নংন থোক্পসিদনদি কোম্নব ঙমদ্রে।

পুন্সিবু করি ওইন উবিবগে? ফজন? নত্রগ থিন?? মশক্ ফজব থোং নৌব পুন্সিবু চেকশিন্দবদি ইচুম্ চুম্দবনি। ফজব্-শরুক্ অদুন য়াই ওইন মীওইবদ থারগ পুন্সিবু বগন লোইহন্বগী মতুংত থাও য়াওহন্দবন অনম্বনি। পুন্সি হ্নায়বসি যুৎ কয়া চাদবনি। যুৎ কয়া চাদবনি।

ঐন খল্লি— মান হায়রিবসি কান্নব য়াই। করম্ন? স্কুল আসদ এল, পী, জুনিয়ার হায় স্কুল, নুংথিল্ হিন্দী স্কুল। অহাঙ্ব লৈতে।

ঐন খুমই—অং, অদুদি শং মচা অমদি শাব তাইনে।

থাবম্লেন খুম্ই— অং, ওম্ন্থোক্ল শিৎকনি। নুমিদাংস্ খর খর থেংথন ফম্বদ কৈথেল্ কুম্বীশিংন বোরা কাংঙোনচিংবস্ অদুম্ লৈজখিব জাৎনি।

ঐন থল্লি—চুম্মী। যুক্তিগী তুংদ স্কুল মনাক্ত শং মচা অম শাবিরে। থাবল্লৈ হোটেল্ ফম্ঙ্গে। করিগুম্বদ মাগী মনাক্ত ফম্তুন ঐন মাবু শংলুই। থাবল্লৈন হোটেল্দগী হঞ্জিন্লকপসি মুমিদাংদনী। পুং ৯ তাবদ ইবানি হেক্ হেক্। মতমত্তুদদি অঙাং অতোন্বসি পোক্ক্। পুক্ত লৈরি। থা কয়া? মতুদি খঙদে। পুন্সিসিমক্ অখঙব পোৎ নত্তে। অত্তুগ অম য়াইম মুপীমচাসিমদি চাক থোংব কাবক্ কাবক্ ঙম্লে। চহিদি ৮/৯ শুরবনি। অত্তুবু মুপীমচাদি য়াম্ন থুন থবক কান্নৈ। নত্রনে? হোই মাম্নি, চুম্মী।

পৃথিবীগী ওৎনৈখিবগী পুংজাগ থৌদোক্ক কোন্নন চপ্চান ইশিনব ইতিহাসকী লমাইদগী থম্মোয়দ ইতুম লৈহৌব ওৎনৈখিবগী ময়েক্ উদব লাইরিক্সিন হেন্ন শাথি। করম্? অমন মপান্দ। অমন মন্নুংদ। লিশাং শিংব ঐ চুপ্প। হিত্তলরগী মী ওৎপগী ব্বারী তাবিবেদন? মীবু শাঙা হাৎপগুম্ হাংখিব। অত্তুগ মাজিশিংন হৌন নোক্প ফাক্ ফাক্ লাওন।—কনসেন্ট্রেশন্ কেম্প। ও, ও, তোক্লো।—ভাইখো, শোট দাউন্। হিংন মৈ থাব। মতমত্তুদ মুমিৎন য়েংব ঙম্দত্তুন মমাই থুমজিন্ব। মত্তুবু মফম্সিদ মীংশিংলক্লিবদি করিগীনো? হা করিগীনো?

ওৎপ নৈব হায়বসে যুৎ চাদব থবকমক্তনি। পুন্সিগী মরম্চংনি। পুন্সি হায়বসি অশেম্ব ব্বারীমক্তগীসু হেন্ন শীথব য়াওই। অচৌব মীন মচাদ ওৎপদ নত্তন করিসু লৈতব থৌদোক্ক ফাওব চীক্পদ চেৎখাইদব লৈতে।

কনানবু পুন্সিগী মিৎকুপ পুংজা মশিং থিব ঙম্বগে? সিমদি খঙ্ই—ফজব্রব, ফত্রব অত্তুগ মবুক্চেল্ শেংব্রব পুংজা অমদি লৈখি। মত্তুদি কুইব য়াব নত্তে। করি মুমিৎতগী থাবল্লৈগী কৈদা অসি হোংখিব। মাগী কৈদা! ও, থাবল্লৈগী লমচৎ। ঐবু ওৎপ। ঐবু হিংন হাৎপ।

থাবল্লৈন হোটেল্দগী ইহন্ হঞ্জিন্লক্তে। করম্ হায়ন তৌরিব? নোং ঙান্বগ কোন্লিক্ ফেংদোক্লম্লগ অত্তুগ কবিগুম্বদ, অনম্বন, ইমুংগী

থবক্ ইন্খাং পুন্নমক্ত লোইনন মচান্থপী পিশক্তুদ নন্শিন্লন্নগ হোটেল্ ফম্বনি হায়তুন সরক্ত থোক্খি। চাক্ চাবদং হঞ্জিন্লক্ই। থুন অমুক্ চংখি। মুমিদাংস্থু কা হেন্ন থেংন থেংন হঞ্জিন্লক্ই। ঐস্থু মা ঙাইরগ হঞ্জিন্মিন্নবক্পহ্ তোক্খ্রে। চাক্ চারগা মান মাগা ফমুংদ চংথুন তুমখি। ঐ হঞ্জিন্লক্লুব্র? ঐ লৈব্র? হন্ন ফাওব য়েংদন মাগী ফমুংদ। ঐ অম ইমুংদ লৈ হায়বসি নীংশিংলম্গদ্রা? মান্দে।

থাবল্লেন মস্থুন্ন তৌখিবসি করিগীনো? করিদগীনো? মথু থোই-দোক্প ময়েক্ শেংন খঙদে। হান্নদি তৌরমদব নত্রা? নত্তে, তৌরমদে। হোটেল ফম্ব থোক্খিবদগী হোংখি। মরম লৈত্রনে? খঙদে। অদুবু চিংনবদি লৈ। নোংম ইবানি খৎনখি। কবি ল্লাহৌদগী? ইচম্ চম্ব মরমনি। হোটেল্ ফম্নিবনি হায়তুন ইথুংগী থবক্ ইন্খাংদদি মথল্লাই ইয়াও য়াওদবতুদ ঐন ফত্তে হায়ন ঙাঙলম্ই। লমচৎ ব্যাবহার ইয়াও য়াওদন য়ৌ য়ৌ থুমই মান। মঙ্গল ফুবনি। মঙ্গনবু ফত্রনে? ল্লাখলসি থন্দুন তৌরুবনি। অদুবু? হেন্গৎখি।

নোংমগী মুমিদাংনি।

ঐহাক্ লাইরিক্ অম হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংবোই করিবোই তৌরি। কয়াম্ থেংলব মতম্নো? পুং ১০ মুক্ তাররিদ্র। থাবল্লে হঞ্জিন্লক্লি। কদাইদ চংখ্রিনোনে অস্থুক্ থেংফাওব? হোটেল্দনিদন। মাগী হো-টেল্দো।

ঙৈহাক্ লৈরগ হন্লক্লে। হন্লক্পগ মফিমরোন্ হোংদোক্লম্ই। লৈরম্ব চাক্কু পুথোক্কুন চাই। চাক্তি কনান হেক্ হেক্ থোংবগে? মচান্থপী পীশক্ল। থোংলমদ্রবদি মমান ফুবি। অশেংব্রনে? তশেংবনিনে? চাক্ চাব তোল্লগ ফমুংদ চংথুন তুমখিগে তৌই। কুইন ওমথুন লৈরম্নব বোম্গী মৈনা শৎখি অতুগ খাম্খি—ঙাইখো, ল্লা ঙাওনসি।

করি ল্লানো? লৈ। থাবল্লেন থোশাদন চপ্ লেপলি। মচিননদি ল্লা অমত ঙাঙদে। অদুবু লেপলিবতুগী মওংদি করি ল্লানো হংবনি।

ঐঙোন্দগী চিংখাইহুন মৈরি খর থোকৃখি—অস্নুক্ থেংলকাওব মী পোং লৈব লাকৃপ্র ?

থাবল্লেন থৌ শুংশা শাদন খুন্নক্‌ই—কৈথেন্ কুন্থী অথেংবশিং ঙাইরক্‌পন থেংবনি।

অহুদগী মফমুংদ চংহুন তুমখি। মাগী মওংসি করম তৌই ? পুন্সি অসিদি থাজক্নু। ঐহাক্ করম্ তৌরমগনি ? খঙনীংব্র ? মখা তান ব্রা খর ঙাওসিরা খন্‌বনি। অহুবু খংতন্ তন্‌খি। খোইদৌ অসি ব্'ব্র শাওগংলম্‌ই। নুপী লৈতবগুম্ন লৈরক্‌পসি ফন কুইশিন্‌লক্লে ঐহাক্। থাবল্লেস্নু মপুরোইব অম লৈ হায়বসি মাঙোন্দ নাচুংদবগুম্ তৌই।

নু .। অতৈগ মরী লৈনগ্রবনে হায়রিবসিবো ? য়াম্ন কুপ্ন য়েংলম্‌ই। শককুব নুপা অমতগ মাগ কা হেন্ন লুন তৌনব উদে। অমগস্নু ব্রারী শাই। অমগস্নু ফম্মিল্লে। চপ মান্নন উই।

অঙাং ইতোন্ তোন্‌বসি পোক্লব মহুদ নোংমদি ইবাম্নি খৎনহুনা ব্রা ব্রা লাওনখ্রে। করিগীনো ? ঐন হোটেল ফম্ব অসি তোক্লো হায়ক্লই। মহুদ মান খুমই—ঐন হোটেল্ ফম্নগ নংগী নবুক য়েকপ্র ? ঐন হোটেল্ ফম্বসিদ নং অস্নুক য়াম্ন য়েংশিন্‌লিবসি করিগীনো ?

ঐন মহুদ করি তৌখি নং খঙব্র ? শাথিন ফুখি। মপাম্‌গী মী কৌহুন খাইনখ্রে ? থাবল্লেগীবু কনা কনা লৈবগে ? মমাগ মচে অমগ। লুখ্রাবী মচানি। অহুদগী অহুম খাইনখ্রব্র ? থা অম অনী মহাক্ মপামদ লৈখ্রে। অঙাংদি ? ইতোন্ তোনবহুগ মহুগী মথক অহুগ পুখি। অঙাং অচৌব অনীদি লৈহৌই।

খর লৈরগ থাবল্লেসি খোইথাগ শেংথহুন ফেনাৎ অম তোংলগ ফি শেগা ওম্নুনা ইন্দুন কোইচৎ চৎপ উরক্লে। চৎপদ ইন্‌লিব ফিহু চিংই। খরদমক্ ইল্লি। মহুন তৌ ঙস্থী মান্‌হল্লি। মাদি করি তৌব চৎজিবনো ? কদাইদনো ? মহু ঐ অমত খঙদেকো। কনা কনাগদি

চৎমিন্নৈ? মতোমত চৎপ্র? নত্তে। নোংমস্থ নুপা অমগ চীক্থন ব্লারা শাত্নন চংলি। নোংমন মত্তোনত চংলি।

পুন্সি হায়বসি ভাব ইতা তাদবনি। পুক্লিং লুপশিনব অমত ঙমদে। করিগুম্ব অম তৌগে খ-দুন চংলি। হেক কাওহুন হন্‌লক্‌ই। থবক্ অম তৌগে খর পায়খংলি। য়ামিংলক্তুন হেক তৌক্‌ই। করিগীনো? মচেৎ মচেৎ তাব মতমগী প্রজাশিংদি অস্থুম তৌব হৌনৈ।

ঐবু নুংঙাইবিব্র? খঙদে। ব্লারিব্র? খঙদে। অহুদি থাবক্লৈ চৎখিবসি ব্লাই খরদি শংব্র? খঙদে। ব্লাখলদি খর ইংব্র? শান্তি? খঙদে। ঙৈহাক্স্থ মাগী মরমদ খল্লুই। নুংঙাইবোইস্থ তৌই। ব্লাবোইস্থ তৌই। তনবোইস্থ তোই। ইয়ান্ য়ান্শিন্নৈ।

ওন্থোক্পনি হে পৃথি! করি তৌরে? নোংম ঐন স্কুলদগী হন্‌লক্‌পদ ইচান্নুগীন ঐঙোন্দ তম্মী—পাবুং, ঐখোই ইমা লাক্লে।

ঐহাক্ করিস্থ খুমদে। করিদি খল্লি? করিস্থ খলদমাক্লৈ নীংই। হেরা? খলববুদি খলব। অহুদ সিনি হায়ব অশেংবহ্ তাক্‌ফম্‌খঙদে। মচা নুপী নুপা লৈবিবসিন মাস্থ অহুম্ পংলৈ মরৈব।

ঐখোই অনী কৌনদে। মান চাক্ থোংলগ ঐগী অহুম্ থাক্লমই। মাদি অহুম্ ঙাইদন চাথোক্‌খিব্র? নোংমস্থ ঙাইরমই। নোংমস্থ ঙাইরমদে। ঙাইবমদবন অনহুনি। করিগুম্বদ ঐন থোংলবস্থ মাগী খাক্লগ ঐস্থ অহুম্ চাই। মাস্থ চংহুন অহুম্ চাখ।

মালেমগী লম্বেল্‌সিদ চহি চা কয়া চংলক্লি। ঐন অমুক্‌স্থ হায়ক্লে। করিবো? পুন্সিবু। করি হায়ব? যুৎ চাদবসি হায়ব। করি অমুক্ তৌরে? ইংদ্রিব্রনে?

থাবক্লৈগী মমাহ্ কাংচুপ্ত হোটেল্ ফম্লি হায়। মতুগীদ চৎখি হায়হুন খাবক্লৈসি নোংমদি লৈরম্‌দে। থিদি-থিজিন্নলিবোইরে? হোয়। নুমিৎ তারগ হন্‌লক্‌ই। ঐহাক্ ব্লা মচেৎ অমত ঙাওদে। মাই মান তৌগদব থবক্ অহুম্ তৌই। ঐস্থ।

মুমিৎ অতুদগী হৌগ্রে। করিবো ? কাংচুপ্ত হোটেল্ ফম্ব চৎলি-বনি হায়ত্বুন অয়ুক্কী চাক্ ঙন্ থোংলম্নগ অয়ুক্কী পুং ৮ তাবদ বস ঙাইরগ হেক্ হেক্ চৎখি। ঐগী ব্লা অমুক্ ঙাইব লৈত্রে। ঐহাক্সু মাঙোন্দ খিংলুবগী ভাব লৈতে। মাস্থ বগন্ লৌব। ঐস্ত্র বগন্ লৌব।

ম্নাগী মাগী কুশিনি। শাওররোই খল্লি। হৌজিক্তি পুলিসি পুন্শিন্নব ঙমদ্রে। তোগে হায়ন নীংব থবক অমতদস্থ থল্লাই লুপ-শিন্দুন শিত্রিফাওব থাদব হায়বত্থ তৌত্রে। ব্লাশকপ! ও, ব্লাশকপ! কনানবু ব্লাশকপ ঙম্বগে? ব্লাশকপ ব্লাশক্তব; হায়নখিব হায়নখিদব চপ মান্নরবনি।

থাবল্লেন কাংচুপ্তগী হনলক্পসি নোংমন মুমিদাংগী পুং ৭ তাব য়াওই। নোংমন মুমিদাংগী পুং ৯ তাখিব য়াওই। সিদগী থেংনস্থ হনলক্ই। ঐদি করিমতা হংখোৎ তৌত্রব? নত্তে, হংলুদে। মচা-শিংন হংই—ইমা, করিগীনো অস্নুক্ থেংলক্লিবদি?

—অঙন্ব বস ফংদত্বুন তৌরিবনি হায়ন খুম্ই।

নোং ঙান্লগ ফনেক্ মপান্ মোইরাংফি হুৎপ অম তপ নপ্প শেৎলি। য়ুমদগী থোক্খিবদদি ফিদোন্ চিংখৎলি। মপান্দদি খোইখা শেৎথরম-গত্র মত্থদি খঙত্রে। ফিদোন্ চিংখৎলি হায়বদনি থবাক্কী মওং পুক্কী মওং, নীংত্থগী মওং লোইন ফনেক্ মথক্ত তাহনবগী ফনেক্ খুৎশেৎতি মহাক্ হে। তশেংন টাইট্ ফিটিংনি। লৈ শংব ফিত্থপ অম ইনবোই-ইন্দবোই লৈপাক্ত থর চিংন থোক্খি। শম্ নান্ন হাৎলগ ব্লাংলপ্ পুন্থৎলগ লৈ অম হেক্ত চিন্লি। ফেনাৎ তোংই। ক্কা মতপ অমদি ইতং তৎতন চাই। অস্নুম্ন য়ুমদগী থোক্খি। অস্নুম্ন।

নোংমস্থ কনাগুম্ব নহা ওইরিব মুপা অমন সাইকন্দ হাপ্তুন হেক্ পুবি হায়নস্থ তায়। মরী লৈনব জাৎলনে? মত্থদি খঙদে ঐস্থ! ফান্থকপদস্থ মুপা অমন খিন্বিরক্পস্থ য়াওই হায়ন তায়।

হৌজিক ঐগী থম্মোয়দ থল্লায় য়াওত্রে। থল্লায়দো কদাইদ

চৎশ্রে ? থম্মোয়গ থন্নায়গ পুন্‌শিল্লু য়াদ্রে। ঐগী কুচু তাইফেৎ তাইরে। অহাৱ পোলাং হায়বদো। ও, অহাংব পোলাং।

ঐহাক্ মুংতিগী য়ু হাইফেৎ হাইফেৎ থক্লগ তুমশিন্‌লি। তুম্বদি পাক্ য়াদে। মান হন্‌লক্লগ চাগদব খর চারগ, তৌগদব খর তৌরগ মাগী ফমুংদ চংহুন তুমখি। হম্ন ফাওব য়েংনদে। নোংমতস্থু ঐঙোন্দ তুম্নব্র নত্রগা চাক্ চারব্র হায়ন হংলম্‌দে।

নোংমদি শোইদে ঐগী মৈরীন পীক্ থম্ন ওম্ন চাক্লব মৈগী চীং অসি পোক্‌খাইবদি। মুমিৎ অতুগীদমক্ ঐহাক্ কিজে। ও, মুমিৎ অতুগীদমক্।

নোংমনি।

মুমিৎ অতু অচৌব কনানোমগী মপোক্ মুমিৎনি। স্কুল ছুটিনি। থাবল্লেন চাক্‌ঙন থোংলক্লগ মান চাগদব চাঞ্রে। অতুগ য়াম্ন কেন কোম্থোংলোম্‌দ থোক্‌খি। ঐহাক্ মাঙোন্দ য়েংঙ্‌ব্রব্র ? মুংয়েংদ য়েংল-রোই হায়বসিদ ঙমদব। মীওইবসিস্থু হায়নিংঙাই লৈতন শোন্‌ঞ্রে। মান থোক্‌খিবহু উবদ শাউবু শাউনিংলুব্রে। ইশাসি ইতন্ তম্থ্রে।

বিরি মচৈ অম চিংহুন ব্লাখল্ মুম্ন থম্থনব হোৎনরম্‌ই। ইঙম্ ঙম্‌দবগুম্ তৌই। লাইগী আর্টিদ্ করি মন্ত্র থিখিব খঙহৌব্রে। করি-গীনো ? খঙদে।

মুমিৎ অতুগী মুমিদাংনি।

অহল্ ওইরবস্থু য়ু খরদং থক্লগ ফমুংদ বিরি মচৈ অম কুইন চিংহুন লৈরম্‌ই। য়ু থক্‌পসি মী খঙহন্‌বদি য়াদে। মরমদি থোক্-চোম্ন মাংই হায়হুন তাম্থোরক্কনি। লোম্ন লোম্ন থক্লিবনি। মীনবু খঙদ্রবদি লাই আর্টি কৎপদ য়ুনম্ ব্লা ব্লা নম্ন কৎলবস্থু বেব্লা লৈতে। পুক্লিংদ করিস্থু খন্‌বিদে। কনানবু করি হায়রক্কনি হায়বগে ?

পুময়ান য়ান্‌শিম্নরে। করিনো ? ব্লাখলসে অমমুক্ খল্লি। অমমুক্ খল্লি। মপুম ফান অমতস্থু শাগৎপ ঙমদে। ঐ ইশাসি খংমাঙ

মাঙবগুম্ তৌই। থিব হেক্ হেক্ খঙদে। কদাইদ চৎলুহ্নবো ? খঙদে। কদাইদ লৈকহুননো ? খঙদে। ঐগী অম্মা কদাইদ লৈগ্নবগে ? ও, কদাইদ ? ঐগী থরাই ?

ফন থেংজিন্লক্লে। থাবল্লেদি হন্লক্লি। নুংশা থিব্র ? থিদে। কবিগীনো ? মাগীদি হৌনবীনি। নোংমম্ব থেংই। নোংমম্ব ঙম্লি। ঐ কবিদি খল্লি ? খঙদে। কবিস্ব খলদে হায়ববদি ? মতুম্ব য়াই। খঙ-হৌদন ফোং লাওনা খঙলক্পগুমম্ব তৌই। করিবো ? ঐগী লৈকম্। কদাইদ ওইবম্বগে ? অশেংবদি খঙদ্রিদ।

ফন য়াম্ন থেংজিন্লক্লে। মীচিক্ মীবাওখোন্ তাখিদবে। নোং-য়াইদি হেন্লম্লগনি। কা অমদি হেল্লে। মান হেক্ হেক্ হন্লক্প মতমদগী হেল্লে।

নুংশা থিব পোল্লব্র ? খঙদে। ঐহাক্ তপ্প তপ্প যুমদগী থোবক্লে। লমজাওদ বিবি মচৈ অম অনী থক্তুন কোইচং চংলমই। অহীং অতু থাবল ফৈ। থরান্মিচাক্ অম অনীদং আকাশতগী মুশি মুশি উই। নুংশিং শিংতে। মী অমত চংখিদবে। কবি রাখল্ খল্লিবগে ? খঙদে। কবিমত খলদবোই নীংই। কবি তৌব চংলিবনো ? খঙদে। থাবল্লেবু ওক্প্র ? খঙদে। কবিমত খলদবোই নীংই। মতুম্ব থোইন নীংলুদে। হায়ফেংতি খলখিগুম তৌমাল্লে।

ঐন হায়খিবহুনি পুন্সিসে যুং চাদবনি।

ঐহাক্ অমুক্ যুমদ হজিন্লক্লে। ফমুংদ হিপলে। ওম্থোক্পনি অহীং অতুমা থাবল্লে হন্লক্লে। অহীং অতুমা। ঐ কবি খল্লি ? ভাব তাদে। খলদবগুম্ তৌই।

নোংঙাল্লে।

অমুক ঙম্ভানি। চীন্ য়া শেংদোক্লে। ইবোইশেম্ববোমদ অম্মুম্ চৎথবম্ই। করি রাখল্ খল্লিবগে ? কবিস্ব খলদগুম তৌই। ঐ ইশাবু থিব ফংদ্রব্র করিনো অমবু তৌবিনে। কদাইদা লৈগ্রে ? মতুম্ব খঙদবগুম্ তৌই।

পুন্সি হায়বব্ তৌরিবসিনি। মফম মরাং অমত খঙদবনি। ঘুং ইচা চাদবনি। নত্রা? অং।

খুদৈবন্দ য়ৌবদ ফনদি থেংলে। অয়ুক্ত্রী পুং ৮ মুক্তি তারে। পাইপ্ ফেক্টরিদগী খরদং চৎথরগ অন্নাং থংব লন্ধাংদ মী খর তিন্‌লম্‌ই। ঐস্যু চংশিন্‌লি। মীন ঙাওনব তায়—মুপী অম শিরম্লে। ঐহাক্ পুক্লিংদ করিস্যু তৌদে।

মুপী অতু কনানো? কনানো? অং মান্নি। কনানোনে? থাবৈল্লেনি। থাবৈল্লে! করম্ন? করম্ননো? খঙদে।

মফনেক্ নীংথিন শেংলমুদে। ফুরিং অতু ইফাৎ ফাৎতোক্‌ই। ফিদি ইনলম্‌দে। খরদং চৎথোক্লগ ঙরাং মান ইনখিব ফিতুপ্‌তু তারি। মফনেক্তো। ও, তুকচৈ। অমোৎপ পকুই। মশাদ ফুখিবগী দাগফম্ লৈতে। ঙাওরক্‌প কা হেল্লুবদগী শিব ওইন তৌই। কুচুহু তাইফেৎ তাইরে।

ঐহাক্ মীয়াম্ মরক্ত লেপ্পুন ব্রা অমত ঙাওদন য়েংলি। করি ব্রাখল খলবগে? খঙদে। খলদবগুম্ তৌই। ঙৈহাক্ মৈরগ থানা লাক্লে। ইশিন্ খোৎচিন্‌লগ হব্রাগাড়িদ পোষ্ট মোর্তেমগীদমক্ পুক্লে।

ঐদি? খঙদে।

বিরি মচৈ অম চিংলগ তপ্প তপ্প হাইগৎলক্‌লম্‌ই। ইরোই-শেম্বগী য়ু য়োন্‌ফম্‌দ চংহুন য়ু খরদং থক্‌চিন্‌লম্‌ই। করি ব্রাখল্ খল্লিবগে? খঙদে। করিস্যু অমত খল্‌দবগুম্ তৌই।

পুন্সিসি ঘুং চাদবনি।

য়ু য়োন্‌ফম্‌দগী খোরক্লগ সিটি বস ঙাইরি। ঙৈহাক্তং লেপ্পব তুংদ সিটি বস হাইগৎলক্লে। বিরি মচৈ অমা কুইন চিংশিন্‌লগ বসন্ত তোংখৎলে। খর মপী অশাংব অমতং বিরি মৈখু কামথোক্‌পদ য়াওখিমান্নে।

## পুন্সি

তারিব্রা? সে তারিব্রা? হৌগৎলো নোংঙানদৌরে। থেংগ্রনি। হৌগৎলোসে। —কেশ্বরীন মাগী নাকন্দ তুম্লিব জয়চন্দ্রবু নোম্ল নোম্লদুন হৌদোক্লি। জয়চন্দ্রগী পাম্বোম্ নামন কেশ্বরীগী থবাক্ত থাংগৎতুন শাংন কোল্লখ্রু লৌথোক্লি।

নোংঙাল্লমদাইনি। অমম্ অঙাল্ শিল্লব মতম্নি। জয়চন্দ্রন ফিরোন্ শেৎচিন্লগ চৎলগে হায়ন মপান্দ থোরক্লে। কেশ্বরীন সাইকন্ ইম্বোক্লি। হয়েংদি ঙস্তা লাক্পিউ—কেশ্বরীন হায়রি। জয়চন্দ্রন উম্ হায়রম্লগ কোম্বোংলোম্দ থোরক্লে। কোম্বোং ফাওব কেশ্বরীন থিন্দোক্লি। তারম্দাই থাজন নোংচুপ্ চীংয়াদ থোক্লি। য়াম্ল ইচিক্ চিকৃই। লমজাওদ হুই খোংলম্ ই অমস্তুং কপ্লম্ ই। জয়চন্দ্রন সাইকন্ তোংখৎতুন চৎখি। কেশ্বরীন কোম্বোংদ লেপ্তুন জয়চন্দ্রন চৎখিবদু য়েংহৌই।

স্থুংথিন্ ওইরক্লবদ কেশ্বরী ঙস্তান চেংহি মনম্ স্থুংশিন ফুৎতুন লুজরে। চন্দোন্ ময়েক্ শেংন থিন্জিন্লে। মাগী কাদু তনান্ তনান্ ব্লাই শেংন তৈথোক্তুন হেক্ চংবদ তইং তইংনব শেম্ব্রে। ঙতানখৈ লৌদুন থম্লব কেতুকি মনম্ চূরব মোম্পাক্ফিদক্, খুদৈরাংব ফজব, কাম্ব অহনব অঙৌব, মোনখুম্ পেক্রুক্ থাংব অরোনবনচিংব অম্বারী মম্নুংদগী মরোন্ মরোন্ পুথোরক্তুন কাদু ইরং লংহনখ্রে। মোন্ ময়াদ যাতিকুপ্পীনচিংব মনম্ স্থুংশিব লৈনচিংব থম্লি।

ঙসিগী কেশ্বরীগী মাইথোংসে ঙহানখৈগ মাম্নদে হায়ব ঐ খঙ্ ই। মমিৎ অদু অর্থ লৈনা মুংশি। মরোল্ লোল্লি। মমাই মকা লাম্ই। ইনৌ নৌই। মান ঙসি ঙাঙথোরক্পসি থোৎ মেংই। ইরাং য়াওই। দোরো দোরো মীচান্ মীকৌ ফগৎলকই। মরক্ মরক্ত মুংঙাইবগী ঈশৈ ঙংই। ইন্খৎলক্লিবী লৈশাবী মচাগী কাইদা মাল্লি।

কেশ্বরী চহি ২৮/২৭ গী লেংনি। মপুরোয়ব কায়নখিব চহি মঙা ফারে। মপুরোয়বন মতম্ চাদন লৈখিদবদগী মপুরোয়বগ লৈমিন্নজবগী মুংঙায়ব সংসারদু লৈখিদ্রবনি। অদুবু জয়চন্দ্রগী থম্মোয় হুব ঙম্লব নাওথেম্ ৱাহৈ কয়াদ কেশ্বরী নৌন অমুক্ ঙাওরক্লে। করি করি-গুম্বদ উরু উরুব পোৎ, হৈ লৈ, উপান্ ৱাপান্, তারু তারুব পুম্ন-মক্সে ইনৌ নৌব, ইমুংদ মুংশিব মতম্সু মী খুদিংদ মরাক্ই। মথুম্ মরাং ইহৌ হৌন চাব থক্পসু ইয়া য়াদবগুম্ব মঙ অমদ কেশ্বরী ঙসিদি তাওরি। মিংশেন্ তোইন য়েংই। ফমুং তত্তন শেম্ই। মোন্খুম্ তত্তন নাম্থোক্ই।

হায়হন্নিংব মীন, থম্মোয় য়াওনবু ওইরসু, থম্মোয় শেংদনবু ওইরবসু হায়রম্ব, করিসু লৈতব ৱাহৈবু ওইরবসু, মমল্ ওম্থোক্ল য়াম্ খিতুন মী-ওইবগী পুন্সিদ ৱাখল্ খল্হল্লি। জয়চন্দ্রন—রাসি লৈশ্রেদা ওম্থোক্লসু, হায়খিবদুন কেশ্বরীগী মফম্দ অর্থ মখল্ কয়া পিররি।

কেশ্বরীগী মনাওমুপী থোক্পী মখা থংবদ লৈবী বীনোন কেশ্বরীগী মতৌদুদ হায়রম্ই— ঐখোয় ইচেসে ঙসিদি কেরেদকো। ৱাইন নাম্ন তৈরিব ফমুংন লুন থারিব। লৈগসু য়াম্ন চিন্খৎলক্পমা তৌরক্লিকো। মমায়দ কাররক্লিব ইকায়বগী ঈঙ্গিৎ অদু নম্হৎনব ফাগি তৌদুন কেশ্বরীন খুম্নক্ই— করিনোনে হায়রিদুবো, ঐসু নহা ওইরিনা। তাথোক্তব ৱাহৈনি। থাজদন রীনোদো ইঙক্ ঙরু মখা তাখিদে। মোমোন্ নোক্ল হন্খি।

মুমিদাংৱাইরম্ ওইরক্লে। জয়চন্দ্রদ ঙন্তা লাক্উ হায়খিবনি হৌজিক্

কাওব লাক্লি। ফন কুইনস্থ ঙাইরক্লে। অঙাংগী মুখিখোইদ চংতুন—মুখি, মুখি,—খোংনাংখোং থোক্লসিদো হায়ন হৌরম্বি। ঙসিগী কেশ্বরীগী থাজদব মতৌসি উবদ মুখিস্থ ওক্ল হায়রকুই—কৈদৌরুসিগে? কেশ্বরীন—পোং চারুনিদনা। চানিংব্রনে? পিজগেনে। মুখিন— চারুসি চারুসি করি পিজগে হায়রিনো চংলুসি; হায়ন খোংনাংখোংদ চংমিন্নখি। কেশ্বরীদি মমান্নবশিংন খোংনাংখোদ পোংচৈ চারুসি হায়বসি মমাংঙৈদ অমুক্তস্থ য়াখিদ্রি।

মুমিদাংৱাইরম্‌গী হকৃচিক্‌ লাংনব মতম্‌নি। মুমিং চংখিবদ মঙাই-রি। নোংজুথাস্থ নত্তে ইংথম্‌থাস্থ য়ৌদ্রি। সন্ধ্যাগী মুংশিংন তপ্প তপ্প শিংলি। কেশ্বরী চন্দোন্‌ ময়েক্‌ শেংন থিন্দুন শম্‌ কাংমুক্‌ নান্ন হাং, শম্‌জিদদি লৈন ইঙৌ ঙৌন থেংলহুন খোংনাংখোংদ লেপ্লি। চিন্‌বান্দ কা চপ্‌ চপ্‌ শাইরি। উপু মমুংদগী লোথোক্‌পদ ঙায়রিব ফিস্থপ্‌ কায়দ্রিব ফনেক্‌ শেংলি, খুদৈরাংব মতুপ্‌ তরু তরুব ইল্লি। মশা অহ্র ইরাংন লেং লেং চংপগুম্‌ উই। খোংনাংখোং ফম্বী ইনেন কেশ্বরীগী মওংহ্নদ মুংঙাইরহুন—ইমৌসে ঙসিদি ওস্থোক্ল কেরেদকো ইমৌন অস্থম্ন কেবগসি উদব কুইরেদা। হোয়নে অহ্নম্নগস্থ মরক্‌ মরক্ত লৈথোক্‌উ। নহা ওইরিঙৈদ মুংঙাইব য়ারিঙৈদ মুংঙাইথোক্‌হৌদা। হায়ন থাগংলম্‌ই। পুক্লিং থৌগংলম্‌ই।

পুন্সিগী লেপ্প নাইদ্রব মরমচং মরক্ত অহাৈং অহ্নমস্থ তিন্‌খি। জয়-চন্দ্রদি কেশ্বরীগী মনাক্ত অমুক্‌ লাক্‌খিদ্রে। মুমিং মঙানি তরুক্লিবু হৌদ্রে।

কেশ্বরীন প্লাস্তিক্‌ বাস্কেং অম পায়রহুন করিগুব পোং অম লৈব কৈথেন্‌ কারম্‌ই। কেশ্বরী য়াম্ন কেরম্‌ই। খোইথা শেংথৈ, খুদোন্‌ খোংউপ্‌ক তোংই। পাউদরন মথাস্থ ইমুং লংলম্‌ই। কা য়োন্‌বী অফাওবীহ্নম্‌ মাল্লে। মীয়াম্‌ মরক্ত চংলিব মাগী মিংয়েংদি ঙৈহাক্ত পোথাদে। কনাদ য়েংলিব? কনাবু থিরিব? মংদি মা মশান খঙ্‌জদবগুম্‌ তৌই।

মুমিদাং পুং ৬মুক্ তারক্লবদ লৈগদব পোৎতু লৈরব মতুংদ কেশ্বরী ময়ুম্দ হন্লগে হায়ন সিতি বস ষ্টোপ্ত বস ওাইরি। কোংব বাজারদগী উরিপোক্লোম্দ লাক্লিব বসতগী হাম্ন তোংলম্ব মী মরী মরী কুম্থরকই। কাখৎকদবশিংন মচি অমদ পুল্লপ্ লেপ্লিবশিংতুগী মরক্ত কেশ্বরিসু য়াওরি। বসতগী মুপী য়াম্ন ফজবী অম কুমথরক্ই। ব্লাং চাওই। মতৌ লৈ। য়াম্নসু কে, মপান্ নাইব ফনেক্ শেৎলি। লিক্ কোন্ ফন নিংথিন শি। মখুৎত হেন্দবেক্ ফজরব অমসু পায়। চহি ২৫মুক্কি লেংনি। মুপী অত্থুগী মতুংদ জয়চন্দ্রন অঙাং অম পম্লতুন বসতগী কুম্থমিন্নরক্ই। [illegible] মশক্ য়াম্ন ফজে। নোয় পেল্লি। অত্থুগ জয়চন্দ্রসু য়াম্ন কেরম্ই টাইগ পুল্লি। মুপী অহন্ অমখক্ল হংলক্ই—নপু ননাইদি কদায়দ? মুপী ফজবীতুন আঃ সিনেমা য়েংলুগে হায়ন থুম্লক্ই। কেশ্বরী পুম্নমক্লি উরম্ই। পুম্নমক্ তারম্ই। অত্থুদগী কেশ্বরীন নিংসু উরম্ই—য়াম্ন ফজবীতুগ ব্লারী শার শারতুনা নোক্নমিন্ন নোক্নমিন্নন জয়চন্দ্র সিনেমা হোল্লোম্দ চংখি। কেশ্বরীন বস মতুংদগী থোংনাও অহোবদ ক্লেংবদগী কীদোন চীংখৎতুন শ্বর শাদন হোন্জোরগা [illegible]। [illegible] লৈরগ সিতি বস থোখি।

## থম্মোয় নিঙাই

হন্দক্ মরক্ অসি মশক্ খঙ্দব নিঙাই অমন তত্তন ঐঙোন্দ নৈররি।—থাবন্ ফরব পোয়ন্নুগী নুমিদাংদ, নোং-চিং লৈতব অয়ুক্কী নুমিৎ মঙালদ্, চাক্ ঈশিং থোংলিঙৈদ, তুমম্‌দাইগী ফমুংদ চংবদ, অহিং মিকপ্ থোক্পদ। মশক্ খঙ্দব ইঙ্গিৎ অসি অরায়ব অমদি ওইরোইদৌরিব্রা?

মতম্ অদু ঐহাক্ চেংহি লুথোক্লুবগী নুংশা য়াইদুনা শম্ হাৎলি। কোম্থোং হাংদোক্খিবগী মখোন্দু তাই। য়েংথোক্খিবদ তামু-হেন্ন সাইকন্ ইন্দুনা চংলক্পদু উরে। ঐন লাওখি—ঐখোয় তাচৌদি লৈতেয়ে। অদুবু মাদি অরেপ্প লৈতন চংলক্লি। অদুদগী মান হায়রক্ই—কয়াম্ কুইরে?

—চাক্ চাদন অয়ুক্ ঙন্তা চংখিবনি। হন্লক্পদি য়ারে। লৈরিব মোরাদুদ তামুহেন্ ফম্থরক্লে। মহাক্সি য়াম্ন কেন লাক্ই। উপ্লিব খোংগ্রাউদু ব্লুনি ইষ্ট্রি মচেৎ অমত কায়দে। মমাই অদু মেক্অপ্ তৌরক্লে। খুৎয়াইদ সনা খুদোপ্ অম শি। তৌবগীদি তামুহেন্ন ঐখোয়দ লাক্পদ নোংমত কেরক্তব য়াওরক্ত্রি। মহাক্ ঐখোয় তাচৌগ লুন তিন্নব পাখং মশক্ ফজব অমনি।

তামুহেন্ন লৈপাক্ত খোং মতোম্ন তাক্ তাক্ থারগ হায়রক্ই—অথাপ্প লম্দ চংকনিগ হায়রম্ব্রনে? ঐন—মহুদি হায়রম্দে।

মহাক্ ব্রা ঙাঙখিদরে। ইখঙ্ খঙ্হৌদন তামুহেন্সি ঐখোয়দ ফুৎ হেক্ত মফাওবক্ই। মান লাক্প খুদিংদ ঐগী মিঠাই নল্লগ কম্লা, অচাপোৎ অমদি হেক্ত পুবিরক্ই। নোংমত মাগী মমাংদ চাদব য়াদে। ঙসিস্থ মিঠাই পুরক্ই। অত্থগ ঐন লুমান্ লোন্নব লৈবোং ফজব পাম্বসি উতুন তামুহেন্ন ফজ ফজব লৈরোং থওইন ঐগীদমক্ পুবিরক্ই।

তামুহেন্ন হায়রক্ই—সোরো, ঙসিদি ঐ ব্রা অম হংগে।

ঐগী মিং সোবোজিনি কৌবনি। অত্থবু শাংমল্লি হায়ত্থন মাদি সোরো সোরোদমক্ মকৌই। মিং তেনশিন্দুন কৌব নল্লগ মরনাই মিং অম থোন্দুন কৌবসিস্থ নুংশিবগী খুদন্নি হায়নৈ।। করম্ব মখল্গী মিংগৌনো খঙ্দে। ঐস্থ হংউ হায়বগী মওংদ হঙ্গৎন য়েংখৎখি। মাগী মমিৎ অত্থ দাইরেক্ট ঐঙোন্দ থম্ব ঙম্লম্দে। মান—মুপীন মুপাবু ব্রাহন্বগ, মুপান মুপীবু ব্রাহন্বগ কনা হেন্বগে? ঐন ইচম্ চম্ন—কনা খঙ্গেনে? হায়ন খুম্খি। অত্থদগী মান হায়রক্ই—ঐদি হন্দক্তি য়াম্ন ব্রারেবো সোবো।

ঐন হায়খি—তামুহেন্দি কৈদৌ ব্রারিবা? থবক্ অব্রাব শুবস্থ নত্ত, ঐখোয়দৌন লাইরবস্থ নত্তন।

—সোরো, নং হায়রিসিবু থবক্ শুব, লাইর ঙাক্তন ব্রাব্রনে? ঐগী পুন্সিদ অনৌব লিলা শান্নবিনব মী লৈতহ্ন ব্রারিবনি।

ঐহাক্ তামুহেন্গী মচিন্দগী অসিগুম্ব ব্রাহেসি থোরক্কনি হায়ব থাজরমদে। থাবন্ ফব মুমিদাং কয়াম্থ মান ঐগী ফোগুব য়াওবিগ্রবনি। মতম্ত্থদদি অস্থুম্ন হায়রম্ই—ইচম্ন ব্রাব উরগ ঐস্থ ব্রাদবা ঙমদে।

তামুহেন্ন হায়রক্ই—নং লৈশাবী মচা, নশা ইন্খৎলক্লিবী অমনি। নখোয়গী মতম্সিদি ওন্থোক্ল য়েংনিংগন্থ্রব— সনিন্ অমতং ফংবদ, লম্জাওদ অমতং উবদ তুমিন্ন লৈথোক্প ইঙম্ ঙম্জদব মতাংনি। য়াম্ন চ্যেক্শিন্গদবনি।

মতাং অসি য়ৌরক্পদ ঐহাক্ তামুহেন্নে মখা তারক্প ঙাইঙম্দন হায়রক্ই—ঐখোয়বু মীন করি করি হায়নরবগে ? য়ায় ফত্তন ঙাঙনরব্র ? মাদ হং, অতুগী ব্রা নত্তে। সুম্মক্ত হায়রবদ নখোয় নহাসে লভ্ ইস্ ক্লাইন্গ হায়জিন্দুন শোয়গল্লি হায়বনিদ। চ্যেক্‌শিন্গদবনি, শিং-গদবনি হায়বগী ব্রাসি। হুমিৎ মঙানি তরানি খঙনরগ মুংশিনরবনিগ হায়জিন্দুন চেন্‌বগী ফিবম্‌তু ঐদি কয়া পাম্‌জদে। মুপীন মুশা খন্‌ব মুপাল মুশী খন্‌ব রায় চ্যেক্‌শিন্দব য়াদবনি।

ঐন হায়খি— তামুহেন্ মতুদি ঐখোয়ন হেন্ন পাম্‌জদে। মতুদ মুংশিববু অমুক্ খন্দোক্ খঙ্গিন্ য়াব্রনে ? তামুহেন্ন মতাংসিদ হায়ফেতং য়েংলম্‌লগ হায়রক্‌ই— মুংশিরগ লোইরে হায়তুন থায়নগী সাবিত্রিগুম্ন পংব য়াত্রে। য়ুম্ পান্দুন লৈমিন্নব হায়বসি ঙৈহাক্কী চাক্‌থোংবী শান্নব নত্তে। য়ুম্ পান্‌বদ মুংশিবসু চংদি চংই অতুদ মত তিন্নব, ব্রাথল্ মান্নব হায়বসু লৈ। অতুগ পোক্‌পদগী অমুক্ত উনরক্ত্রিব মুপা মুপীসু লৌনগ্রগ পং তংন মনুংশিনৈ।

ঐহাক্ তামুহেন্‌গী লেকৃচরদু ফন মুংঙাইন থোক্লুরে। মতুদ ঐনসু মত্ ফোংদোকৃখি— হোয়দ তামুহেন্ থায়নগী থোইবীহোইবু লৈরিব্রদ ?

অস্নুম তামুহেন্‌গ ঐগসি ব্রারী ফন য়ায় শাথনগ্রে। মখল্ কল্লাগী মরম্দ—পাখং লৈশাবীগী, লাইরিক্ লাইশুগী, ঐখোয় তাচৌগী অসিন্নচিংব। ঙসিগী ব্রারী অনম্বদি পাখং লৈশাবীগী মরম্দনি। পাখং লৈশাবীগী মরমদ ব্রারী শাব মতম্দদি তামুহেন্ মরু লুক্থরগ, শাব ঙম্দবগী মঙং ওইন পংঙাংদ ঙাঙই।

তামুহেন্ন হায়রক্‌ই—ঙাইখো, খুদম্ ওইন, ঐন নংবু য়ায় মুংশি-জনরো, অদুদ ফোইবরম মুত্তো মুংশিন্নরো। অতুদগীসু হেন্দোক্লুন লৌন লৈনরেসু খল্লো, অতুবু ঐদি হক্চাং ফংলম্‌লগমু, লৈমিন্নবগী

চহি খর লৈরম্নগ শিদোক্খো, নত্রগ ঐন য়াম্ন শাউগন্ব ওইরো অত্থুগ নংদি শাউব কয়া পাম্জদবী ওইরবদি ঐখোয় অনী কয়া ফুইন লৈমিন্নব য়াগদগেদো।

করম্ব থম্মোয়্নগী হোংলক্লিব হন্নানো খঙদে ঙসিগী ন্নারীদ মুংশিনরিব পাখং লৈশাবী, মুপা মুপীগী প্রমান্দ ঐগ মাগ হেক্ হেক্ পুশিন্খ্রিবসি। মতাংত্থুদ মাগী খোঞ্জেন্ নেমথৈ, ন্নাঙাঙগী মঙাম্দ্বু মান্নদে থুজিন্বগুম্ব, খংলাক্ খংজিন্গুম্ন তৌই। ঐন হায়খি—তামুহেন্, ঐদি লৈকায় মশেন্ নত্রগ মমাম্নবগী মচন্গ মবুংগী মমান্নবগ নত্তব ন্নাখল্গ পোক্লরিবসি তুক্কচৈ। ঐখোয়দি তামুহেন্গসে ইবুংগ-ইবুংগুম্ খঞ্জেদো।

মসিদ তামুহেন্ন হায়্নরক্ই—মত্থুদি ফজবী চৎনরোন্নিদন। অত্থুদ থম্মোয় হায়ব অমদি লৈরি। ঐগী পুন্সিদম্বু মচন্ কোয়নব মবুং তিম্নবদি তৌরোই অত্থুবু ঐস্ মী অমনিন মবুং তিম্নবদগী অচন্গ মুংশিরুবদি য়াই। সিদগী হেন্দোক্লুন তামুহেন্ন খুদম্ পিন্থুন মরেক্ শেংহল্লি—খুদম্ ওইন হায়্নবদা নখোয় বাবু ত্রিম্নরুবদগী নংবু মুংশিরু-বদি য়াইকো তম্ব ঙম্মদে। অত্থুগ নং কোয়নব বাবু তিম্নবদি ওইখোক্কে। মতাংসিদ মা হান্নগ মান্নদবগী মওং উই।

ঐখোয় অনাগী ন্নারীসি চোংত্থুন শক্ ফজবগী মরম্দ শারম্ই। ঐদি মী খর পিক্প মবম্ন অন্নাংব মীবু কল্লক্ই। তামুহেন্গ ঐগ মত্ য়াম্ন কন্ন খেন্নক্লিবসি মুপাগী ফজবগী মতাংদ ওইরে। ঐন হায়রুন ন্নাং চাওবনা ফৈ অত্থুগ তামুহেন্ন হায়্নরবন পংন্নাং ন্নাংত্রবম্বু য়াই, ন্নাং চাওখ্রবদি মুপা সবান্ মাল্লি। মতাংসিদ তামুহেন্ন হায়খি—মুপাগী ফজব মুপী নখোয়ন, মুপীগী ফজব মুপা ঐখোয়ন খঙ্গদবনি।

ঐন হায়খি—ঐখোয়গী শক্সিদি মপান্ থোক্কদব ইকাই হায়-রিবসিনি। মসিদ তামুহেন্ন—এ, এ, নংবু কনা থি হায়্নরিব! মী অতোপ্পগী মমিংতদি খঙদে ঐঙোন্দদি য়াম্ন ফজন উই। হন্দক্মুক্তি

ঐন খুম্‌খি ঐবু ফজৈ হায়রিহুদি মমিৎ তাংলবনি। অদুগ মোমোন্‌ নোক্ল মাঙোন্দ য়েংলুই।

ফন থেংজিন্‌লক্লে। শুমাংদ মুংশা য়াইন য়াইন ল্লারী শারম্লিবনি অদুবু মুমিৎ মঙাল্‌ চংখিদুন উরুম্‌ ওইরক্লে। তামুহেন্‌গ ঐগ শারক্লিব ল্লারীসি মখল্‌ শুরে। ঐন হংখি—তামুহেন্‌ পুং কয়া তারে?

—মরি তারে।

—ঐখোয় তাচৌসি লাক্কেদন।

—নংগীসিবু তান্‌লিব্রা?

ঐন খুম্‌খি—নত্তেদ। ওস্থোক্‌ পুক্‌ ফৎখিদবে।

তামুহেন্‌সু মোরাদ অদুম্‌ ফম্লি। ল্লারীদি শানিংঙাই লৈত্রব্রা করিনো লেপ্‌ম্রে! মরু লুক্‌থদুন করিগুম্ব খর খল্‌ব মতৌমান্ন খোং মতোম্ন লৈপাক্ত তাক্‌ তাক্‌ থারি। ভৈহাক্‌ অসুম্ন তুমিন্‌ লৈরম্বদগী করি খল্‌লক্লবনো খঙদে ফুক্‌ হৌগৎলগ ঐঙোন্দ—অকায়ব কয়া য়াওঞ্জবসু ল্লারৌব য়াদেকো, চৎচরগে হায়রম্লগ সাইকল্‌ ইস্থোক্লুন চৎখি।

ঐ করিসু খুম্ব নংহৌদে। তামুহেন্‌সি ইবুংগী মমাল্লব অতৈগ মাল্লব নত্তে, মওং অমনি হায়ন য়াম্ন ইকাই হঙ্গোয়না খঞ্জে। কিন লোইনজে। অঙ্গুবু ঙসিদি ঐসু ওস্থোক্‌ ওস্থোকপ ল্লারী শারুরে। মাসু ঙহানখৈগ মান্নদব ল্লা কয়া ঙাঙখি। করম্ব শরক্ত খেৎচিন্‌লক্লিব পুন্সিগী ল্লাবী মথেন্‌ অমনো খঙ্‌দে ঙসি মাগী অরোইবগী ব্যাবহাবদুন।

সাইকল্‌ তোংদুন চৎখিবন মশক্‌ উব ফংলক্তবদ ভাব তারক্লুন ঐহাক্‌ শম্‌চেৎ অমুক্‌ অনিরক্‌ শাংন চিংথবগ লোইনন মশক্‌ খঙদব ঈশৈ মতেক্‌ অমসু ঙংথোক্‌খিরম্ই।

# অমঙব নোং

মাগী মিং দরেন্দ্র কৌই। শোক্ কৃয়াদা মা এম্, এ, পাস তৌখিব মতু তশেংব হায়ব ঙমদ্রে। ইংলিশ সাহিত্যাদ মাষ্টর তৌরুবনি। কলেজদ ইংলিশকী ওঝা ওইরি।

মা আর্ট কৃতিক্স্নি। মাবু খ্বায়ন খঙ্নরিবদি থোইদোক্ হেন্দোক্ল মাইকৈ অসিদনি। মণিপুরগী ড্রামা কয়া, জগোয় কয়া, শুমাং লিলা কয়া মান নৈনঞ্রবনি। অশোয়ব কয়াস্থু পুথোক্তুন পৌতাক্ কয়া পিবিঞ্রবনি। করিগুম্ব আর্টিকল্দ মাগী মুন্ফাংহৌদ্রব অলোচনাদ কলাকার কয়ান পেন্দন নিন্দাস্থু তৌনখি। থাগৎপিঞ্রব আর্টিশশিংন মাগ তিম্নজনব হোংনৈ। মানস্থু মখোইগী মরুম্দা থুপ্চন্থন ঙ্গা ঙাঙননব হোংনৈ।

মাবু য়ানব, য়ানদব কয়ানি। অতুবু মাইকৈ অনিমক্ল মাগী মমিংবুদি খঙ্নরে। অম খঙ্দে, অম খঙ্দে দরেন্দ্র আর্ট কৃতিক্লি। মসিনি মান পোংজরিবস্থু। মসিদনি মান ফুংঙাইজরিবস্থু। মান য়াম্ন হেক হৈনবদি মৈতৈ জগোইনি। ভারতকী অমদি মণিপুবগী মপাল্দগী মৈতৈ জগোই পামজবশিংন মাগী মফম্দ তানরব য়াম্ন য়াম্ই। বোম্বেগী ঝাবেরি সিষ্টরস চহি থুদিংগী মাগী ময়ুম্দ অমুক্ অমুক্ লাকই। চিঠি কয়া চংনৈ। জগোইগী রিসার্চ স্কোলর কয়াস্থু মাঙোন্দ তাম্নরৈ। আর্টন থমাইবিঞ্রব দরেন্দ্রনি।

অমুক, হন্দক্ টাইমস ওফ্ ইন্দিয়া পব্লিকেসন্গী চেফোং, দি ইলুষ্ট্রেটেদ্ ৱিক্লি ওফ্ ইন্দিয়াদ, হপ্তা মরি মঙা চংন কলম্ কন্দুনা ফোংগ্রবা মান ইব—দি মণিপুরী ডান্স এণ্ড ইট্স ক্লাসিসিজম্ হায়ব প্রবন্ধ অতুন মাবু তশেংনা আর্ট কৃতিক্ অম ওইবদ নত্তন পণ্ডিত্ অমম্থুনি হায়ন খুভম্ চেৎশিনহন্খি। থাগৎ চিঠি কয়াম্থু থারকখি। অতুবু, মণিপুরদদি মতুম্ চাওরবা লাল্ অমম্থু ওইগ্রবনি। জগোইগী ওঝা কয়ান পেন্দবম্থু পোক্খি। মৈতৈ খবরদ লৈখোম্ চাইনখি। মাবু য়াব, য়াদবশিংন। মতুগী ফল্ অমন জগোইগী ওঝা কয়াদ অমুক হেন্না মহাক চংজখি।

কুইদ্রি।

সোভিয়েট্ রসিয়াদগী নহান্দ হন্লক্লি। হন্দক্ ভারতকী কল্চরেল্-ট্রুপ্ অম ভারত্ সরকারন রসিয়াদ থারুই। মসিদ মৈতৈ জগোইগ্থু ট্রুপ্ অম য়াওরুই। দরেন্দ্রন মৈতৈ জগোইগী দেলিগেসন্ লিদবনি। চৎলুরিব কালাকারশিংহুদি অচম্ব অমত য়াওদ্রে। পুং জগোইদ মসিং চৎলব ঙাক্তনি। পুংগী ওঝা বাবুধন্ সিংহ, গুরু তোমালজাও সিংহন-চিংবনা থুপাগী মরু ওইবনি। অতুগ তম্পাকলৈম দেবী, রোমাবতি দেবী, স্বরোদ্বনি দেবীনচিংবী খরগ অমদি হৈশিংলব কোর্শ লোইরুব ছাত্র ছাত্রি খরগ মী তরামুক্কী থুংপুনি।

দরেন্দ্রগী মুপিগী মিং মনোরমা কৌই। চহি ২৫/২৬ গী লেংনি। দরেন্দ্রন ৩৮/৩৯ গী লেংনি। মচা অহুম্ শুরে। মনোরমা মেট্রিক্ ফেল্নি।

ঙসি নোংমাইজিংনি।

মনোরমা চাক্শংদ ব্রাই তৈরি। মপাল্দ মী অম অনি লাক্পগী লাংব তাই। মনোরমান মহুদ খল্লি—অযুক্ ঙস্তাসিদ লাক্স্থু লাক্রেদ। ইমুং মাঙ্গোল্ ব্রাই তৈরম্দ্রবদি চোপ্লোইদ্রসে। অখঙ্ব খোঞ্জেল্ অম খংতা তারক্ই। খোঞ্জেল্ অম্থু শস্থোক হৈনদে। খোইদৌ ওস্থোক

শাউগৎঞ্জবাৎনি। অদুবু হায়রিব খোঞ্জেনদুমক্তি খ্বায়ন তান্নিংলোইদব খোঞ্জেন্ মখল্‌দু নত্তে। ব্বা ভাওবদ মুংশি হায়ন খ্বায়নদি হায়নরিব খোঞ্জেন্নি। খঙ্‌দে করম্ব মলোম্‌দগীনো খোঞ্জেন্ অদু মনোরমাগীদি য়েক্লবগুম্ থোক্‌লুরিবসি।

মনোরমান খঙ্‌লে—সুরোদ্বনি, রোমাবত্তি ১দি অতোপ্পী মুপী অমগ লাক্লি। রসিয়া কাংবুনি। দরেন্দ্র উনব লাক্‌পনি। মখোয়ন দরেন্দ্রবু ওঝা ওঝা কৌই। রোমাবত্তিগ সুরোদ্বনিগদি তোইন লাকুই। অদুবু করম্ব ব্যবহার কায়থবনো রোমাবত্তিন সিদ তোইন লাক্‌পসি মনোরোমান পামম্‌দে। রোমাবত্তি মশক্ ফজে। কুচু মুদ্রং তৌজরবস্মু রাসি লৈ। মমিৎ ফজে ১দি ভাওই। শাবান্‌স্মু ফজে। রোমাবত্তিন সিদ লাক্‌পদা কেরক্তব অমুক্ত থেংনদে। য়েক্‌পগ খোৎপগ মমাইদু চেগী লাইগুম্ লাক্‌প ভাক্তানি। ভসিস্মু ওস্থোক্ল কেরকুই। রোমাবত্তিন দরেন্দ্রদ য়েংলগ মোমোন্ নোক্ল ব্বা ভাওবসিনি মনোরামান খ্বাইদগী শাউনিংলিবদি। ব্বা ভাওবদস্মু রোমাবত্তি কোচি কোংকল্লি। অতৈদস্মু তৌরম্‌গত্র মদুদি খঙদে।

নোংমদি, মনোরমান মপুরোয়বদ তশেংন ব্বাকৎখি—নহোই রোমাবত্তি হায়দুন নঙোন্দ ওঝা কৌবসি কৌহন্‌গনু তাজনিংদে। ব্বা ভাওবদ হেক্ শেম্ শারদুন হেঙো হেঙো, ঐদি থব্বায়হেক্ য়াওখৈ মুংশিদে। মংখু মাগী কল্লিদ ওইরিব ওবানো?

মাগী ব্বাসি তাক্লগ দবেন্দ্রন নোক্‌ফেত্তি তৌরগা মুংশা-স্বর মপি মচা অমতংগ লোইনন মপুক্লিংদ খল্লি—শোয়রেদো মসি। মান ঐবুদি খঙ্‌দ্রিদন।

নোংম মনোরমান থেংনখি—থারব লাইরিক অমগী মনুংদ রোমাবত্তিগী ফোটো অম য়াওরম্মি। ম্নাম্ন চেক্‌শিন্ন এল্‌ভেলভ্ অমগী মনুংদ হাপ্পি। তৌবগীদি রোমাবত্তিগ বোম্বেগী অফাওব জগোইগী পণ্ডিত অমগ ফম্মিন্নদুন নম্ব ফোটোনি। অমেরিকাদ জগোই শারুব

হন্‌লক্‌পদস্থ ওঝাগী লৈরক্‌পনি হায়ন শামতুগী ফুরিৎ ফজগ্রব অমগ তেবল্‌দ থম্লব ফুল্‌গ্রাশ অমগস্থ কৎলৈ। সিদগু নত্তে মপান্দ চৎপ খুদিংগী পোৎ মচামতং ওইরবস্থ লৈরক্‌ই মাগী ওঝাগীদমক্‌। করম্ব ভক্তি লৈবগে, করম্ব প্রেম্ন শেৎন চানব পোৎ চৈবু খুদোন তম্লবগে মহুদি হংলকনু। খুদোন্‌ মতৌ মতৌদ লৈরি।

মনোরমান মপান্দগী ধুপ্‌ থাক্লব হঞ্জিন্‌লক্‌পদ দবেন্দ্রন হ্‌যবক্‌ই—ঙাঁদি কোফি তৌরক্‌উ। মনোরমাহু তাদবগুম্‌ চংখি। করম্ব কলেজা ওইরিগব।

চাক্‌শংদ চা লোল্লি।

মপুরোইবগী কাদ শারিব ব্লারীহু তাই। করি ব্লারিবু ওইরিগব ওম্বোক্ল থব্লায় য়াওন শাই। মরক্‌ মরক্ত অমুক্‌ অমুক্‌ হৌন পুম্ন নোক্‌মিন্নরম্‌ই। থব্লায় তান ফম্মিন্নরি। ব্লারীহু তান তান মরক্‌ মরক্ত মনোরমা শীং ইন্‌শিন্দুনা মৈ কাম্‌ই। ঈশিং শৌরব্রস্থ য়েংই। নোংম দরেন্দ্রনে মমান্নব অমনে ব্লারী শারম্বদগী মনোরমা চংলক্‌পদ ব্লারী খংলেপ্‌ লেপখিব অহুগ ব্লারী মাংজোং তৌখিবহু নীংশিংই। দরেন্দ্রসি জগোই শাবীগদ চৎমিন্নহুন লৈরে হায়বস্থ মনোরমান খঙই। তৌবগীবুদি মাগী করবারসিননি। রোমাবত্তিন দরেন্দ্রদ করি করি ব্লানো য়াম্নস্থ ঙাঙই। অহুগ দরেন্দ্রস্থ রোমাবত্তিগী মমিং পম্মুন ঙাঙই।

মনোরমান খঙ্‌ব থর লৈ—রোমাবত্তিন জগোই শানি হায়্নরবদি দরেন্দ্র চিংখব লৈতে, নোং তাগে তাও তারোই তোক্‌উ। মকোক্‌ চিক্লব ফাওবদ হিদাক্‌ চারগ চৎপ জাৎনি। দরেন্দ্রন রোমাবত্তিগী জগোই মশাগী মরম্‌দ মাঙোন্দা হেক্‌ হেক্‌ ব্লারী শাই। শেৎথোক্‌ চাথোরক্‌প, তৌথোরক্‌পদ ইপক্ত পক্‌চৈস্থ হায়। য়াম্ন থাগৎলি। থাগৎপসিস্থ করম্ব মীওইন কনাদ থাগৎকদগে। মীন মীবু থাগৎপগী অশেংব মরমচৎতু মনোরমাদি খঙ্‌লুদে।

ময়াম্ চা থক্লি।

দরেন্দ্রন হায়রক্ ই—বেস্কুটতু খর পুথোবক্ উ। মন্নুংদগী মনোরমান কন্লপ্ হায়রক্ ই—অমত লৈত্রে। ঙহান্দ লৈরক্পনি। লৈদি লৈবম্খিনি, ঙরাং মুমিদাংদস্থ লৈহৌব উবন্মী। কৈদৌরবনো হায়ন দরেন্দ্রন খল্লি। ব্লাদি ঙাঙথোক্খিদে।

পুং ১১ মূক্ তারম্লনি।

দরেন্দ্র ফি শেৎকৎতুন সাইকল্ ইম্বোক্তুন থোক্লিন্নখি। রসিয়াদগী করম্ব ময়াই অম পুরক্লবনো মত্তুদি হায়ব ঙম্দ্রে। পাক্ হেক্ থাদোক্লব ঙম্দ্রবোই। মনোরমান খঙ্জব খরম্থু লৈরি। দরেন্দ্রসি হন্দক্ রসিয়াদ চৎলুবদগী মহৌশাগ মান্নদে। ইশৈকগ য়াম্ন ঙংই। মপ্লো, পাউদরগস্থু য়াম্ন থাই। ঙহানখৈ তৌথোক্তব কয়া তৌরক্ই।

ঙসিদি নোংমাইজিংনি। ফী শুননব মপুরোয়বদগী স্নুদা শাপোন্ লৈননব পৈশা লৌহৌই। ইশিংগ শোক্তুন ফীরোন্ পুথোক্লম্লবনি। শুরোইদ কনা ঙমজপোৎ নত্তে হায়ন ঙশাই অয়ুক্তগী ফমুংদ চংতুন তুম্খিবত্থু হৌগৎত্রি। চাক্ক অম থোংলম্দে।

দরেন্দ্রন মরোন্ মরিন্ খঙ্দব মুঙাইরব ইশৈ অম মথল্লায় য়াওন ঙংলত্থুন চংলক্ই। মনোরমান তুম্নম্বত্থু উবদ হংখি—চাক্ থোংদ্রব্রা?

থোংত্রি হায়ন খুম্খি।

## থেংনখিদে

ঐহাক্ য়ুমগী ওবানি। ইয়ুমদি উরিপোক্ অচোম্ লৈকাইদনি। অদুগ ঐন লাইরিক্ তম্বীরিবদু কদাইদনো হায়বদি হায়দোক্লরোই। নক্পদি নত্রে। সিমথৈদং খঙ্জিদ্রু।

মহৌশান সুপী নহাগী রাখল খর খরদি লৈজরবস্থু অদুক হাক্ল থবক ওইন পায়খৎচরক্তে। ঐগী পুন্সিদি লৈলা মজনুগীদু নত্তে। শামুখোংদগী কন্‌বিনব ঐগীদি খোইবীনচিংবী অমত লৈজরক্তে। অদুগ ইশুং লাংগীদমক চোক চন্‌খিব য়াবী অনারকলিস্থু লৈরমগনি হায়ব ফাওব থাজব ওমদে। অদুবু মুমিং খুদিংগী মুমিদাংবাইরমগী তপ্প শিংপ মুংশিংকী ইংলব শক্তম। অস, মুমিং খুদিংগী সন্ধ্যাগী মচু ওনলব রাপন্, উপান্‌গী শক্তম অদুগ আকাশকী। পুন্নমক্ অসিগ লোইনরিব ঐগী পুন্সি মতেক্। আঃ ঐগী পুন্সি মতেক্। মুমিং খুদিংগী মুমিদাংবাইরম্।

ঐন লাইরিক তম্বীরিব য়ুমদুগী য়ুমলোম্নব, মখা হেক থংবদুদ মৌ নহা চহি ২৩/২৪ গী লেং ওইন তৌবী অম মপাম্‌দ হন্‌লক্ত্ন লৈরমই। মমিংস্থু হায়দোক্লিংদ্রে। মশক্তি পংথি থিবদি নত্তে য়েংব য়ান মফজৈ। রাং চাওই! মশম্ শাংই। কুচু লম্ ওাল্লি। মান লৈরিব য়ুমদুগী সুমাংগা লাইরিক্ তম্বিরিব য়ুমসিগী সুমাংগা পুলপ্লি।

সঙ্গোই ওইনা তৌব দোলানগী মখাদুদ ঐন লাইরিক্ তম্বীরিৱেদ

হায়রিব মৌসিন মখোয়গী মাঙ্গোল্দ কোন্ শাবতু উব ফংই। মানস্থু ঐবু উরমগনি। অতুগ ঐন লাইরিক্ তম্বীরিব ইমুংসিগ মাগস্থু য়াম্ন চান্নন উই। চংথোক্ চংশিন্ হেক্ হেক্ তৌনৈ।

য়াম্ন কেন কেন মহাক্ ফি হেক্ হেক্ শাই। চেংহি মনম্ মুংশিন ফ্রুত্তুন লুজবগী মনম্ অতু মাগী মশম্ অশাংবতু শন্দোক্লুন থাদরগ ঐগী ইনাক্ত ফৎ শমতুন মান চৎখিবদ ঐঙোন্দ পানলম্মী। নোংমনা মশম্ থাদোক্লগস্থু ফি শাই। নোংমন শমজিদ, নাদ লৈ অঙৌব, অঙাংব চিন্লম্মী। ঐগী পুক্লিংদ মহূ চেন্ব য়াব ব্লাখলমক্ লৈজব্রবস্থু য়েংবগী মুংঙাইবগী নেসাদি মরৈরকই।

হান্নন ফত্তব ফি শেৎতুন লৈরম্লবস্থু ঐ লাকপ উবগ ইমুংদ চেনশিনখিন্নুন অফব ফনেক্, করি করিগুম্বদন ফিতুপ্ কাইত্রিবনচিংব হোংদোক্লগ, মশম মনা শেমজিন খোৎচিন্দুন থোরক্ই। ইরাং লাংব, ঈশৈ ঙংবনচিংব অসিস্থু হেনগৎলক্ই। ঐন অঙাং লাইরিক তম্বীরিঙৈদ শুমাংদ কাতু কারন্ চৎলৈ। অঙাংশিংন শান্নবদস্থু য়াওরৈ। পুম্নমক অসি মুংঙাইরব দ্রামা ঙাক্তনি। করি মথোবু লৈবনো খঙদে ঐন লাইরিক্ তম্বীরিব অঙাংতুগী ইমুংদ নোংমগী চংলকপদি তোক্তে।

ঐস্থু খন্দব ঙম্লক্তে—খোদোক খুদিংগী মরম অমম্মম্ লৈতব হৌনদে হায়নৈ। ইভরিথিং হেজ ইটস কোজ।

থাবল্ ফরব অহিং কয়াদস্থু শুমাং ময়ায়দ শুম্বন্ পুথোক্লুন ফৌশু লরুরৈ। লাইরিক্ তম্বীব লোইতুন অঙাংতুগী মমানচিংব ইমুংগী মুপী নহাগ ব্লারী শারিঙৈদস্থু মথৌ ইরৈ লৈতন য়াওবিরৈ। মতমতুদি অস্থুম্নদমক্ মহায়রম্মী—ওঝাসে তিন্নব মুংঙাইরমগনি। ব্লাঙাও্ ব্লাতা য়াম্ন মুংঙাই।

অতুগ মান মী অতৈদ ঐগী মরমদ ব্লারী শারম্বস্থু ঐস্থু খরমখৈদি মতারে। মতুদন—ওঝাসিন শেৎতোরক্প পুম্ব পকচবনি। ইচুস্থু তাবনি।

ও! করম্ব মখলগী থাগৎ ব্লাহৈ ওইরিগব।

অমন অমগী মফমদ থম্নরিব থাজব, ব্যাবহার, ইণ্টরেষ্ট মখল্ কয়া শুরমগদগে হায়বস্নু ঐহাক্তি খঙদে। শক মান্নব, পুকচেন মান্নব, অপাম্ব মান্নরুব মী মখৈ তিন্নব য়াই, থাজনৈ হায়ন হায়নবস্নু লৈ। করিগী ঐস্নু খঙ্দ খঙ্দব অন্‌কন্সসকী মরক্ মরক্তা চংহুনা লাপ্পথ্রব মরী ময়ামসি থিরুরিব?

নোংম।

লাইরিক তম্বীব লোইরগ অঙাংহুগী মমাগ ব্লারী শারম্মী। অঙাংহুগী মমাহুস্নু অহল্ পংওই ওইদ্রি। চহি ৩২ মুক্তগী লেংনি। মৌ নহাহুস্ন লাক্তুন য়াওরম্মী। মৌনহাহুগী মপাঙ্গল্ অহু ওখারু কনলম্ব ভারে ঐবুস্নু মাগী দ্রামাহুদ য়াওহনবগুম তৌখি। ঐগী মিহুন্ মচা মচা চোংলক্লে। মসিদত খঙ্লক্ই ঐগী পুন্সি। ওঃ!

অঙাংগী মমাহুন হায়রক্ই,—ইবুংঙো; নোংমত সিনেমা য়েংলুসিদো।

ঐন পাউখুম পীব নংদ্রিবঁদ মৌনহাহুন তেমথেং কন্ন ফেন্‌জিন্‌লক্ই—হায়গুম্দন অমুক্ত য়েংলুসিদো ওঝা, ঐস্নু য়াওজগে।

তুমিন্ন লৈরুরগ শোনলপ্প হায়দোকখিরম্মী—ইতৈমা, ঐদি মুপীনহাগ সিনেমাগ য়েংমিন্নবসি অমুক্ত তৌরক্তি, কয়াস্নু হৈনদে। অহুবু ইতৈমন হায়রবনিন য়েংলুব তারেদন।

ঐগী ব্লা তারগ মৌনহাহুন হায়রক্ই—ইস, ওস্থোরু ইকাইজরেদ। ওস্থোক্পগী হায়জরুরে। অহুগ ওঝা ঐখোয় পুব ফাওবদি পংব্লা ব্লারোইদ। লেম্ব লেম্‌দবগী ব্লাদি খঙদ্রেকো।

ইহে ঐ শোইব্রেদন। ঐন মাগী কোচি কোংপ ব্লাহু তারগ পুল্লিংদ ইতোমত খঞ্জে। অহুগ খোন্ থোরু হায়খি—অহুগী ব্লা নত্তেদ।

নোংম মথৌ ইরৈ লৈতন ঐগী ইনাক্ত লাকপিরগ হায়রৈ—ওঝাখোইগী য়ুম্ ঐ খঙলে। ঐন মহুদ হংলমই—ঐখোয় য়ুমদি করম্ন খঙলুরিবনো?

—ওসাই মরী মতা অমগীদ চংপদগী খঙ্লকপনিদ। অস্নুম্ন খুম্মী।

ঐগী লুহোংবগী মরমদ কনাবুস্থ খঙহন্নিংদে। ইমান্নব কয়ান বার্ত্তন্ তৌরক্তবগী ব্লারৌনৈ। লুহোংব মতুং ফন কুইরব ফাওবদ পাউহোন্নকপ লোইদে। অদুগ লাইরিক তম্বীরিব ইমুংছুদি ফন কুইরব ফাওব ঐহাক্ লুহোংব্রে হায়ব খঙ্‌লমদে। বার্ত্তন্‌স্থ তৌখিদে। থা অমুক্ চোম্বরব তুংদ নোংম অঙাংতুগী মমান ব্লারৌরপ্ তৌন হায়রকই—ইবুংঙো; অদুম্ন তৌব হৌনব্র?

মাগী মকোক মমৈ খঙদব ব্লাকৎ অদু ঐ ময়েক্ শেংন জ্ঞান তাই। খঙদব শাতুন হংলম্মী ঐন—কৈবুনো ইতৈমা?

—লুহোংলগ তাক্লক্লিবদি লাইম ফজদেদন।

ঐহাক্ পাউখুম পীফম্ খঙলমদে। মোমোন্ নোক্লগ পাউখুম্ অমতস্থ পীবিখিব্রে। মুপী অদুন হায়থরক্ই—হংচিৎসি মুংথিল ইবুংঙোন ঐখোয়দ লেংলক্লিঁঙৈদ লাকপ তারি।

—ঐখোয় য়ুমদ ওইবিরব্র?

—লুহোংবদস্থ তাকপিরক্তবন লাক্‌হৌব্রে। মৌ অনৌবী মেংব ওইন লাক্‌প তারেদন।

ব্লাফম্‌ছু অদুম্ তেনশিন্‌ব্লে।

মুংথিলদনি।

পুং অনিমুক তারম্ব য়ারে। ইংথমথানি। ঙসিসিনি নহান্ ইতৈমন লাকনি হায়রকপদু। ঐস্থ মাবু ঙাইরিবনি। ঙৈহাক্ লৈরগ কোম্থোংদ চংলক্‌প উরে। মৌ নহাদুস্থ য়াওরক্ই। ঙহানমখৈদি শাউরম্‌ব্রবস্থ ঙসিদি ব্লাহং অম তশেংন হংলক্ই ইপুক্লিংদ—মথৌ করি লৈতুন মা য়াওজব শারক্ইবনো? প্লাষ্টিক বাস্কেৎ অমা কমলা পীক থন্ন পুতুন লাক্‌পিরম্মী।

ফিদা থাতুন ফমহল্লে। ব্লারী ঙৈহাক্ শানরে। মৌ অনৌবীন চা লোন্দুন পীথক্লে।

ঙৈহাক্ ফম্নব মতুংদ চৎলগে হায়ন থোরক্লে। ঐন মখোয়

অনিবু থিন্দোক্লম্মী। চৎন চৎন মৌ নহাত্নন হায়রক্ইই—ওঝাগী মুপী মশক্ য়াম্ন ফজগ্রে। মুংঙাইন পুন্সি তোল্লোইন পাম্বীযুকো।

মাগী ব্লাহৈ অত্নগী মরক্তগী বোম্ পোক্খাইবগুম্ন মশক্ খঙদব মথম্মোয়গী হৌবব খোঞ্জেন্ অম ঐগী থম্মোয়দ য়ৈশিন্বগুম্ থোক্লম্মী। ঙহান্মখৈ ঙাঙ্ব খোঞ্জেন্ অমদি স্বরগ মান্নদবগুম্ তৌই।

ঐন— অত্নদি ঐ লৈজহৌরগে।

ইতৈমনা ফবে ইবুংঙো হায়ন খুল্লক্ই। অম মৌ নহাত্নদি খুল্লক্তে।

ঐহাক্ হঞ্জিন্লক্লে। ঐগী কাদ চৌক্রিদ ফমথবে। ব্লাখল্ থর খল্খিগুম্ তৌই। কনান কনাদ থম্মোয় শেংন বব পীনবগে হায়বসু ঐদি খঙ্দে। ঐন খঙ্ব হায়ববু মৌ নহাত্নন ঐঙোন্দ বব পিবিবম্মী।

পুন্সিদ থেংনখিব মচেৎ মচেৎ ওইব এক্সপরিয়েন্সশিং অসি খোম্গৎত্নন মপুম্ ওইন শাগৎত্নন য়েংবদ সিমদি মপুম্ ওইন থেংনরে—পুন্সিসিদ ঐখোয় খুদিংন্ থি থিত্নন লৈবনি, ইথেং থেংনদবগী ব্লানি। ঐসু থেংনখিদবে। Writer's view

মুংশা থিব অম খংফাও ফাওরক্ই।

হঙ্গৎন য়েংখৎখিবদ ধোবী মুপী মুশুক্ মুবী অমন ঙমজন কেবত্নন কোনা মরক্তগী মোমোন নোক্তুন য়েংলক্প মান্ব ফক্লাংদ থেংলিব কেলেঙুরগী লাই অত্ন উরম্মী। স্বব শাংন হোন্দোকপগ লোইনন ঐ তিংলি য়াংলিরম্মী।

## পুন্সিগী যুৎ চাদব

মীন মুশুক্ মুশুক্তি মঙাঙ্নয়ে। থোইন থাজদবন কয়া থোশারুদে। অদুবু মথম্মোয়দ তত্তনদি হংলি—অচুম্ব্রনে? মতোম্ত ফমুংদ পোত্থাবদ। লম্বীদ মতোম্ত সাইকল্ থৌরিঙৈদ। ঈরুজরিঙৈদ। চাক্ চারিঙৈদ। মফম্ মরাং খঙ্দনদি অসিগুম্ব ব্লাফমসিদি পাক্ হেক্ ঙাঙ্নব হৌনদে। অদুবু! অম খঙ্দে অম খঙ্দে অশেংব অমতং খঙদোক্পদি ফৈ।

মান ভাব তাবদগী মমাগুম্ লোইনরক্লব মনেতোন্গী মফম্দগী অচুম্বদো খঙ্লুরে। অশেংবদু খঙ্লুবদগীদি সুরেন্দ্রজিৎতি থৌদোক্ অদু নীংশিংনিংত্রবনি। মঙ্দ থোক্খিবনিক হায়ব ওইরম্লবদি মুংঙাই-রম্গনি। খংপ্রেক্ খংন মথ্বায় অমুক্ অমুক্ শোক্ই। কাওথোক্নিংলব কয়াসু কাওথোক্প ইঙম্ ঙম্নদে। ইপাম্ পাম্ল্দনসু তোইন নীংশিংলকই। নীংশিংবসিসু লোইব নাইরক্ত্রবদি করি ওইগব খঙ্দে। অম্লাবনি।

*

থাবল্ ফরব অহিংনি। সেপ্টেম্বর লোইরমদাইনি।

মুপী অদু অঙাওবীনি। অঙাওবী? অং, অঙাওবীনি। সনাতোম্বী অঙাওবী। ইজ্জৎকী ব্লাখল্ চেন্দ্রবীনি। বুদ্ধি শোইরোম্বী। চহি ৩৬দ ঙাম্বরিবী নহা ওইরিবী সনাতোম্বী। অঙাওবীনি হায়জবদনি নহা

ওইবগী হক্‌চাংগী ঈথক্‌ ঈপোম্‌দি মাঙ্‌খিদ্রি। তিংদা য়াংদা চুম্নবী শক্কী ফজব ন্বাংত্রিবীনি। শাবানগী ঈরাং হন্দ্রি। মিতানফম্নি। . . .

লফেল্‌ পাংতনি।

সুরেন্দ্রজিৎসু য়াওরি। পাখংমচা ৩/৪ মুশুক্‌ মুশুক্‌ জু জু তৌনরি। চুরুপ্‌ মচৈ অমম্মম্‌ চিংহুন ঙাইনরি। অমন লৌইবগ থোরক্‌ই। অমন অমুক্‌ শিন্‌লি। সনাতোম্বী অঙাওবীন তুমিন্ন মমিৎ তথক্‌ তথক্‌ য়েংজরি। মশা অহু নিক্লপ্‌ তৌই। মরোল্‌ লৌফম্‌ খঙ্‌দ্রব খরসু য়ারক্ত ঙংলি। অমুক্‌ অমুক্‌সু শাউরক্লি। মুংশাম্বর থবেৎ থবেৎ। গতি লৈত্রবী সনাতোম্বীনি। মুংশাম্বব। ও! . . .

অইংব মুংশিংসু লিরি লিরি শিংলি। থাবলন চিরু থোক্লি। উ ন্বাশিংন মুশুক্‌ মুন তুমিন্‌ তুমিন্ন লেংলি লেংলি তৌবি। অতিয়াদ ন্বাওরি ন্বাওরিব লৈচিল্‌ মফোন্‌ পাইরি। লফেল্‌ পাংন পারু শন্দোকখ্রি। লাঙ্গোন্‌ চৌংশাংসু তুমিন্ন লৈরি। ইচিক চিক্‌ই। কয়াদ পুন্সিসে অহিংব অমদি মুংঙাইব মাল্লিব।

ঙসি অসি সনাতোম্বীগী কৈথেন্‌ থোক্‌প অহান্‌ব মুমিৎ ওইরম্বসু ন্নাই। মহুমক্‌ নংলমদ্রবসু কৈথেন্‌ থোরক্‌প নৌরি হায়বসিদি অশেংবনি। ঙসিগী মমাংদ মাবু উখিদ্রি।

আঃ ঙসি অসি। ঙসি!

লাইরেন্‌কাবীগী সনাতোম্বী হায়ন ফজবদ মমিং চৎলম্‌ই। চহি ১৫ শুবদ মচানুপা অম পোক্লম্নগ মীরোল্‌ ঙাঙ্‌নব য়াদন ন্বাখল্‌ চোইখ্রবনি ঙাঙ্‌ন শরুব য়াশিল্লক্ত্রবদ মচাহু তোঙান্ন য়োক্‌খি। মমাগ মচাগ সুংউ উনহন্‌খিদ্রে। অসুক্‌ কুইবসি মপাল্‌ থোকহন্‌লম্‌দবনি। অমুবু ওস্নোক্‌পনি।

মীন ঙাঙ্‌নরিবহু অচুম্বনি। ঙাঙ্‌নরিবহু।

"অন্নাবনি মীওইবগী পুন্সি। খঙ্‌দবদগী তাব ঙমদ্রব, থোক্‌হন্নিংদ্রব থৌদোক্‌ কয়া থোক্লি। অশেংবমক্‌সু সংসার অসি কিনিংঙাইনি।

ফিজন্দগী হেন্ন শাথি। মীওইবগী পুন্সিদি যুৎ চাদবনি। মীওইবগী পুন্সি। ও, পুন্সি।

নীংশিংবন হেন্ন ব্লাহল্লি। ব্লারবম্ন, খাংব ঙমদ্রবশ্নু নীংশিংদবদি ঙম্নদে। বুদ্ধন মাবু কৌশিন্লক্প। সুরেন্দ্রজিৎন চুকপ্ চিংলম্বদগী মমাম্নবদ শিন্নরন্নগ চংখিবদ সনাতোম্বীন লৈরম্লিব ফিবম্। নীংশিংলুরগ সুরেন্দ্রজিৎ মামং উইশিন্দুন খাংলি।

অঙাওবাগী তনিক্ তনিক্প হক্চাং। মফি য়াওদ্রব কোক্লব মুপীগী হক্চাং ১দি থবাক্ অত্থুগ মুপীগী হক্চাং কয়াৎ। অমুক্ত থেংনরক্তিব তনৌ তনৌরব পাখংগী থম্মোয়দ কয়াদ ফজরব। কয়াদ হিংরব। মত্থুদ মখোয়ন তিন্নখি, শান্নখি, মুংঙাইখি, হরাওখি। অঙাওবীন ব্লান খাংজখি। মশা ইতেন্ তেন্শিন্লম্মী। চোক্থরব ১দি কিরব খোজেন্ন শেংফাত্তন—ঐবু ব্লারেবা; কৈদৌবগে নখোয়বো . . .। মতম্থুদদি অর্থ থোক্খিদে।

হৌজিক্ত। ওঃ! অশেংব ফজববু লান্ন শিজিন্নরুবন হেন্ন ব্লাব ওইরকুই।

সনাতোম্বী অঙাওবীবু মমানি হায়ব মনেতোন্দগী তশেংন খঙ্লুবদগী মুমিৎতুদ তৌখিব ১দি ঙাঙ্নখিব ময়ামত্থুন সুরেন্দ্রজিৎকী থম্মোয়দ খিনখরে। তৌখিব থবকীদমক্ নত্তে, খলখিব ব্লাখলগীদমক্নি। মুমিৎতুগী থাবল্সু থোইন য়েংলুদবনি। অত্থুবু ঙসিদি। ঙসিদি থাবল্গী লেমহৌব মখাক্ল মথম্মোয়বু কায়হল্লি।

থাবলগী লেমহৌব মখাক্ল। ওঃ, থাবলগী।

# মুপী

নোংমা।

অং য়ুমশকৈশ অমদ নীলমণিগী মুপী কল্যানিন 'ওসি' খবরচেদ য়াওরকপ সাহিত্যগী সমালোচনাদু পারুরগ মপুরোয়ববু অচৌব লেখক্ অমদি ওইরবোইরে হায়ন মপুক্লিংদ খঞ্জরম্ই। চাওথোক্চবগী স্বর মচা অমগসু হোন্দোক্খি।

অশেংমক্সু নীলমণি লাইরিক্ ইব নিপানি। মান ইব ব্লারেং শৈরেং পাব মুংঙাই, রিএললিষ্টিক্ ওই অদুগ অনৌব ভাব য়াওই হায়ন সমালোচক্ খরনসু হায়নৈ। সাহিত্যগী চেফোং কয়াদ, রেডিওগী সাহিত্য থৌরম্দ, কবি শম্মেলন্ কয়াদ মহাক্সু য়াওই। অদুবু মসিমদি খঙ্দে মাবু তশেংন খঙব মী মশিং কয়ামুক্তি লৈরম্গদগে হায়বদি। কনানবু কনাবুদি মুন্ন খঙ্নরগেনে হৌজিক্পু। খঙ্ব খঙ্দবগী ব্লাফমসি অমুক্ থিগৎলরোইসি।

সমালোচনাদু পাব হেক্ লোইবগ কল্যানিন য়াম্ন হরাওন হাথু হাথু হংজরৈ—নংগী করম্ব ব্লারীমচাবুনো সিদ থাগৎলিব্বসিনু? ঐদি খঙ্দেনা।

নীলমণিন কল্যাণিন পুরক্লিব খবরদু লৌরগ হায়ফেৎ য়েংলুরগ হায়রক্ই— সিদি নঙোন্দ পাগ্রবদুনি। ঐন পুনাদ ইরক্ই হায়দুন পাখিদুদি।

কল্যাণীনা নিংশিংনবা হোৎনরি। অঙ্গুগা হংলকৃই— করম্বনো নিংশিংত্রে।

নীলমণিন খবর থম্লগা হঙ্গৎনা য়েংলগা হায়রকই— হেরা, মুপা মুপী অনীখক্ লৌনা লৈনরম্লগা কাইনপ্রবা মতুং কাম্লনখংদা মহৈ মহৈ অতোপ অতোপ্পগা ময়ুম্ পান্নহুনা মচা মশু পোরুপ্রবা মতুংদা, নোংমা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা রেলরে ষ্টেসন্ অমদা থেংনবগী ম্নারী অমা পাখিহুদি। মহুনি।

কল্যাণীসু নীংশিংলক্কুনা— ও, ও, ও। ঐনসু ফজে হায়খিহুনিনে মপুরোয়বনা— অং হায়খি।

মপুরোয়বনা ঙাঙ্বা কয়াদগী মপুরোয়ববু ম্নাখল লৈবা, অশীংবা মীনি হায়না কল্যাণীনা য়াম্না মুংশিজরম্মী।

নোংমা ছুটি মুমিৎ অমনি।

মুমিদাং পুং ৭,৮ মুক্তি তারম্বা য়াই।

কল্যাণীনা চাক্ থোংলি। নীলমণিনা মাগী কাদা লাইরিক্ কম্না ইরি। ম্নাখল কায়খিবা য়াব নত্তে। মপুং ফাব পোইটিক্ ভিজন্ অমা শাগৎনবা কম্না হোৎনরম্মী। পুক্লিং লুপ্পা, ঙসাইমখৈ মফৈ মফৈ কোইথোক্কুনা লৈরুরিবা ম্নাখলশিং পুশিন্দুনা, ম্বর পুম্নমক্ চিংশিন্দুনা পুলপ্ পুম্ন থৌরি তাবগুম্ তারগা মথম্মোয়দা থম্নবা হোৎনরি। মরক্ মরক্তা মমিৎ উইশিন্দুনা ম্নাখল্ মুম্না খম্বনবা হোৎনৈ।

অঙাং খরদি তুমপ্রে। ইতোন্ তোন্বহুদি মপাগী মনাক্ত চংশিন্লকৃই। বেদো বেদো ঙাঙ্লি। নীলমণিনা মহুদগী নাম্থোক্লব হোৎনৈ। থেম্হুনা থাদোক্লবা হোৎনৈ। য়াবা লৈতে। কোম্হুংদদি মচানা ছায়্রিবগুম্ তাব লৈতনা ইগদবহু ইনব হোৎনৈ। অমুক্ অমুক্ ককৃথৎলি। চেগী মতাইদা ইরগা তেনজৈ পীহুনা থমৃই। চুরুপ্তি কাউবা লৈত্তে। হেম্ন হেম্না কম্না চিংই।

কল্যাণীনা চংলক্কুনা মচানুপাদা— ইবুংঙো, বাবাদাগীদমক নুকো।
বাবা লাইরিক্ ইরিকো।

খেমছুনা মচাছু পুথোক্খি। মাগী চাক্ থোংবদা য়াওহন্খি। মচানা য়েংত্রবদা নীলমণিস্ নে তাজয়ে।

ঙৌহাক্ ওইগ্রে।

কল্যাণীনা হায়রক্ই— চাক্তি লোইরে। চাবা য়াদ্রিব্রা ?

— য়ারক্কদোরে। চাক চাদ্রিঙৈদা শৈরেং অমতা পাগৌখিগে ঙাইখো।

নীলমণিনা অস্নুন্না হায়রগা তিংলি য়াংলিরম্মী। খুদৈ অচোৎপা অমনা অথুং ভৈথোক্ ভৈথোক্না চংলক্কুনা নীলমণিগী মনাক্তা কল্যাণীনা লেপ্লে। নীলমণিন বন্দংগ লোইননা শৈরেং অমা পাথরকই। শৈরেং অছু কনাগুম্বা মুপা অমনা মমাংঙৈদা মুংশিন্খিবা মাগী মুংশিবীবু মুংথিল তুম্বগী মঙ্দা উরম্মুদগী নীংশিংছুনা ইবনি।

ঐগী পুন্সিসে
য়াওদ্রেনে অর্থ
হিংবগী ঐনা।
নং য়াওদ্রব পুন্সিসে
পামজদ্রে করিস্নু ঐনা।

অস্নুন্না লোইশিনখি। কল্যাণীনা চাক্ চারুরসি হায়রগা চাক্-শংদা তুমিন্ চংখি। মমাংঙৈদস্নু মপুরোইবগী শৈরেং কয়া, ব্রারী কয়া পাগ্নলা ভাজ্রবনি। অসিগুম্বা কবিতা মমাংঙৈদা অমুক্ত য়াওখিদে ছায়না নীংই কল্যাণীনা। ওসিগী মাগী কবিতাদা পাসে'ানেল্ টচ্চ য়াওই। কল্যাণীনা সাহিত্যগী কৃতিক্ অমা নত্রবস্নু থম্মোয়দদি অছু-গুবা টচ্চ অসি কাওথিব্রা মহুদি থঙ্দে। মমাংঙৈদদি মপুরোইবগী ব্রারী ১দি শৈরেং তাম্নগা মানা থঙ্জবা অমতং ওইরবস্নু, নত্রগা ঐদি থঙ্দে করিনো সিদি হায়না হংবদা ওইরবস্নু হংলম্বনি। মানা

থঙ্ খ্রিবহ্ শন্দোক্না তাক্তি বা কাওবা তাগদবগী ঙাইরম্বনি। অদুবু ঙসিদি। ঙসিদি ব্রাস্থ অমতা ঙাঙ্লমদে, থঙ্দবস্থ থঙনবা ঙাইরমক্রে অহুম্ তুমিন্ন চংখি। ঙসিগী কল্যাণীগী ফি ইম্বগী মহাইগৎ অদুস্থ মওং অমা ইতৌ তৌখি।

চাক্ চানা চানা নীলমণিনা হংলকৈ— করম্ তৌই হৌজিক্কী শৈরেংদো? ইহা হরাউদনা কল্যাণীনা ফজ্জে হায়না খুম্নকই। ব্রাঙাঙ্ অদু ইনিল য়াওদে। ঙৈহাক্ লৈরগা অমুক্ কল্যাণীন হায়রকৈ— হৌজিক্কী শৈরেংদু ঐদি পংন্থুং মুংঙাইতে।

নীলমণিন থব্রায় য়াওনা হংলকৈ— তশেংনমক্ মুংঙাইতব্রা? থব্রায়দি য়াম্না য়াওনা ইরিবনি।

মতুদদি কল্যাণী থোইদোক্ল পাউখুম্ পীখিদরে। থৌ ব্রা ইশা শারমদে। নীলমণীদি মশাব্ু য়াম্না থাজ্জবা মীনি। ঈশৈ মচা অমা ঙংনিংনা ঙংলহুনা চিন্ হেক্ু তেংবগা খুৎ তৈথোক্পগা ঙাইঙম্দুনা শৈরেং অদু কক্থোক্ কপ্লিন্, হোংদোক্ হোংজিন্, পরেং থাংদোক্ থাংজিন্, ব্রাহে শিন্দোক্লনা হেন্না ফজনবা কন্না শেম্মলি। অমুক্ তুমিন্ন চুরুপ কন্না চিংলগা ব্রাথল্ মুন্না থম্নুবা কন্না হোৎনৈ। হুজ্জিন্ হুজ্জিনস্থ পাই।

মরম্ থঙ্দনা কল্যাণীনা মচা ফুগৎলকৈ। ব্রাই শিৎপদা শহুম্ নাইরম্মী। কোন্লিক্ লোইশিম্বদা গ্রোংগ্রাং হায়না মখোন্ থোকৈ। শাউরংনৈ। করম্বা মথম্মোয়গী কলেজা ওইরিগদগে অস্থুক য়াম্না ইশৌ লাংলক্লিবসি হায়বদি কনানস্থ থঙ্খিদে খুদক্তুদি।

মপুরোয়বনা মথন্নায় চংনা হোৎনরিবহু থওই ব্রা-ওইনা তৌদহুনা মাগী নোম্গদবা নোম্নিব কল্যাণীদা নীলমণিনা হায়রকৈ— মসি সাহিত্য মরুপকী 'ব্রাথল্' হায়বা মেগাজিন্দুদা ফোংনবা পিখিবা তারে।

কল্যাণী করিস্থ খুম্নমদে। তাবু তাদব্রা করিস্থ থৌশাদনা সন্না-মহিদা ধুপ কৎলম্মী। অহুদগী মফমুং থাহুন চংশিন্দুন তুমখি।

নীলমণিদি চে ফজবা পুথোক্ না য়াম্ন চ্যেক্শিন্না শৈরেংহু শিন্-দোক্পা লাক্লহৌরি। মাদি কল্যাণী তুম্ব চংখ্রে হায়বা ফাওবা খঙ্‌বিবা পোৎ নত্তে।

কল্যাণীগা নীলমণিগা লৈশাবী পাখং ওইরিঙৈদ খঙ্‌নখিদে। অহল লম্মন্না হায়না শীংনহুনা লুহোংখিবনি। নীলমণিসি অফবা মীনিগা হায়নবহুদা কল্যাণীস্থু লৈউ হায়বা য়াখিবনি। নীলমণি বি, এনি অহুগা কল্যাণীনা মেটি্রক্লি। হৌজিক্তি মচা মঙা শুবে। অহুগ নীলমণিনা নাবদা কল্যাণী মুংশা থিরে অমদি কপ্লে। কল্যা-ণীনা নাবদা নীলমণিস্থুনি; অহুগা নীলমণিনা হায়ব খুদিং কল্যাণীনা ইন্দবস্থু য়াওদে। অমনা অমগী মুংঙাইনবা হোৎনরে।

মীনা ব্বারী শারকৃপদগী কল্যাণীনা খঙ্‌ই— নীলমণিনা পাখং ওইরিঙৈদা ইবেয়াইমা কৌবী লৈশাবী অমগা য়াম্ন কম্ন মুংশিনরমই। অতোপ্প অমদা মুপীহু লুহোংখিবদগী থুংনহৌদবনি। অহুগা কল্যাণীস্থু লৈশারিঙৈদ সোনামনি কৌব মুপা অমগ মুংশিনখি। মসি নীলমণিনস্থু খঙ্‌লবনি লুহোংলব তুংদ।

কল্যাণীনা তুমথদ্রিঙৈদা লম থাপ্পা থাপ্পা কোইচং চৎতুনা চোইনা চোইনা তাঞ্রবা খরা খোম্গৎনবা হোৎনরম্মী। অহুগা নীলমণি শৈরেং অহু শিন্দোক্পা লোইরে। অমুকস্থু হম্না পাই। তিংলি য়াংলিহুনা পোখারম্মী। তুম্নগে হায়না য়েংলকপদা কল্যাণীগী মপামদগী উন্লকপা, নীলমণিনা ঙহান্মখৈ হিপ্পবা ফমুংহুদা মচা ময়ামহুগা কুক্ কুক্ ইন্না কল্যাণীনা তুম্নমই। নীলমণিনা চনলুব মমা মচাগী পাক্লবা ফমুংহুদা মমা মচামখৈ পুন্না ঙহানমহৈদি হিপ্লম্বনি।

ঙহানমখৈদি মপুরোয়বনা তুমদ্রিবমখৈস্থু মহাক্ খক্ তুমদবনি। মমুংস্থু মানা হেক্ হেক্ থাবীরম্বনি। ঙসি অমতস্থু তৌদ্রে।

ঙসিগী কল্যাণীগী মহৌশাগ মান্নদবা মওংসিদা চুরুপ্ মচৈ অমা চিংলহুনা নীলমণিনা নোকনিংবা অমদি মুংশাথিবা অমগা য়াম্নরম্মী। অহুগা মতোম্তা শোঙ্গরম্মী— লুপ্রেদা . . . ।

নীলমণিস্থু তুম্নবা মফমুংদা চংখি।

## শেগাইরবা কুরাংপান্

খোং মোজা নত্রগা 'অন্দরব্রায়ার মোংনা উপ্পা হৈনব্রিবা মী অদু শোইদনা অতৈ অতৈ হিরমদস্ু মোংপা হৈনরমগনি— লমচংতা, ব্রাখন্দা, পুক্‌চেলদা। মসি ঐগী ব্রাখলনি। মসিদা ঐহাক্ চেংনা থাজে। অদুবু মাদি। মাদি হৈনৈ। মাগী মুপীনা মাগী অন্দরব্রায়ার শুবা মতমদা তুক্কচনা শুগংলি। পুম্নম্ নম্লবা ফাওবা, খোংউপ. মনুংদা থিংজিন্‌বগা খোং মোজা উপ্‌লিবা মখোংয়া অদু চোং চোং লাউবা ফাওবা মাদি খোং মোজাদু উপ্পা ঙম্মী। নপ্ নপ্ লাউবা ফাওবা উপ্পী। পাক্ শুদোক্তে।

ঙসাইদা মখুংমক্লা শুদোক্‌লবা মোম্পাক্ ফিদক্ অঙোবা অদুগী মথক্তা বিনোদিনীনা মফি কোম্না লোংখ্রাক্ লোংনা ইতিং তিংনা হিপ্লি। মানা অস্মু্না করিগীদমক্ হিপ্লিবনো হায়বদু মহাক্ মশামক্তি খঙ্‌দবগুম্ তৌই। কনানবু খঙ্‌না খঙ্‌না থবক খুদিং তৌনবগে? খঙ্‌দ্রবস্ু বিনোদিনীনা মদুম্না হিপ্পগী মুংঙাইবা অমা অদুগা মদুম্না তৌনিংবা অমদি মশাদা লৈ। মপুরোইবা শ্যামস্ু মাগী নাকন্দা হিপ্লি। অনী অসিগী মরক্তা করিগুম্বা শম্নবা য়াবা লৈই অমতস্ু শাংদোকপগী পাঙ্গনদি লৈবা উদে। শ্যাম্‌না বিনোদিনীদা থব্রায় করিস্ু য়াওদনা লৈবগুম্ তৌই। বিনোদিনীনা অস্মু্না মফি য়াম্না কোম্না

মাগী নাকন্দা মাগা য়াম্না নক্না হিপ্লি হায়বা খনবা ফাওবা খন্লুদে অমদি খঙলুদে। শ্যামসু মশানা খঙজদে— মা মশানক্ করিগীদমক অতুম্না থওইদনা অমদি ইচিক চিক্না লৈরিবনো হায়না। অতুগা মা করি ৱাখল্ খল্লিবগে হায়বসু থোইনা খঙলুদে।

মপুবোইবা করি তৌরিবগে ; করি খল্লিবগে হায়বসি বিনোদিনীনসু খল্লুদে অমদি খঙলুদে। খঙনিংবসু লৈরুদে। লৈৱা লৈতৱা হায়ব ফাওবা খল্লুদে। শ্যামসু মাগী নুপীগী মরমদা অঙ্কানি।

শ্যামগী অচেৎ অকোম্ পুম্বা ঐনা খঙই। অরাইবদা মহাক মেত্রিক ফেল্নি। মপা শিগ্রে। মচানুপী অমা, মচানুপা অমা পোক্লে। মশামক থবক অমতা তৌদে। মমানা থাকই। অরীংবা ইমুংগী মী নত্তে। মমা হন্নুবী অহু খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা ইন্সাং য়োল্লি। মশাগী চহি ২৮/২৯ শুবে।

ঐনা শ্যাম্বু থাগৎলি মরমদি মহাক্ লাইরিক্ ই। অমতদি কোংগ্রি।

বিনোদিনীগা মাগা য়াম্না নুংশিনহুনা লৌনখিবা নত্তে। মরী লৈনরকপা হৌগৎপদা ঙাইরিঙৈদা লৌনা লৈনখিবনা হানখি। নোংমা অথেংবা অহীংদা বিনোদিনীহোইগী মনীংদা মখোয় অনী ৱারী শারিঙৈদা ইমুংদা থিনরক্কনা ৱা ৱা লাউনরকপদগী বিনোদিনী ইমুংদা চংবা য়াখিদে। নুমিৎকা ইথা থানদনা, পুকচেন্গা ইরেপ্ লেপ্পদনা তঞ্জানা য়াদহুনা শ্যামদা বিনোদিনী চেন্খিবনি। মহুদা চেন্লমম্রবদি মখোয় অনী লোন লৈনরমদবসু য়াই। তশেংনমক, মখোয়না চেনবা মতম্ অহুদা মখোয় অনী খঙনবা থা অনী ফাবাত্রিবনি।

ঐদি পুম্নমক্ খঙ ই।

শ্যাম্না মাগী নুপীবু নুংশিবা ইঙম ঙমদে। করিদগী অমদি করম্বা পুক্জাদগী বিনোদিনীগা মাগগী কিশি অসি কোমথোক্খিবনো হায়বা

মহাক্ খঙ্বা ঙমন্ত্রে। বিনোদিনীগী লমচৎতা শ্যাম্না চিংনরব্রা? চিংনবা! মত্থু মা খঙ্দে। চুম্নত ইতন্ তম্থরম্ই। বিনোদিনীবু মপামদা লৈহন্নিংই। সাবিত্রি সত্যাবান্, নল দ্যমন্তি, খন্বা থোইবী লৈরিব্রদা?

ঙসাই অয়ুক্ শ্যাম্না শিংদোরবা মী অংগী যোটো অমা উখি। হাৎপগী য়াথং ফংলবা কাদোপ্ অমগী। মতম্ অমদা কোঙ্গোগী প্রেমিয়ার ওইতুনা মাগী য়াং অমদা প্রজা খুদিংনা খুং জুব তৌন রন্বা মিষ্টর মোইস সোম্বেবু মিলিটারিগী বিচারদা হাৎপগী দণ্ডি পীব্রবা তুংদা মশাগী মেদ্রিড হোম থাদোক্লবা তোংখৎলমদাইগী কাব মনাক্তা অমুবা মচুগী শ্যুট্ তৌরগা মখুৎ অনী কোৎকী ফুরিৎশাউদা হুম-জিন্দুনা আনোক্না লোইননা লেপ্পগী মূর্ত্তিনি। মাগী মমাইদা শ্যাম্না উখি— কবিগুম্বা হায়ফম্ খঙ্দবা শক্তম্ অমা। তম্থবগী কৈদা অমা। অচৌক্পা অমদি নাইতোম্ তাবা। ওঃ, নাইতোম্ তাবগী শাথিরবা শক্তম্। শ্যাম্না খনখি— ইতিহাস হায়বসে থাজবা য়াদবোইরে।

নোংমনি।

নুমিৎ অতু বিনোদিনীদি য়াম্না হৈনিংবা মুমিৎনি। করি ব্রাখলদগী অতুক্ য়াম্না খিং খাং লাওনা পুন্সিদা থব্রায় অতুক্ য়াওশিন্লুরিবা মতুদি মা মশাদি খঙ্জদে। মা মশানা খঙ্দে হায়বা ফাওবা অমদি মরম্ অমা লৈরমগনি হায়বা ফাওবা খন্লুদে অমদি খঙ্লুদে। শ্যামদি ঙসি অসি পংশাউদ শাউনিংলম্ই। মানা ইবা লাইরিক্ অমা ফোংনবা সরকারদগী মতেং খরা পিবিয়ু হায়না দরখাস্ত অমা থাখিবনি। মত্থু য়াবিরক্তে। মা পোত্থাফম্ খঙলমদে। ময়ুমদা হঞ্জিন্লক্লগা মতোম্তা অসুম্ শাউগৎলক্তুনা ফমুংদা চংাশন্দুনা তুমশিন্খি।

স্বর শাংনা শাংনা ফুইনা ফুইনা হোল্লি। মানা লাইরিক্ কয়া পাজে। কনানসু শীংথাবিদে মাবু। মরমদি মাদি মেট্রিক্ ফেলনি। মহাক্ ইংলিশ পাবা ঙমই; অর্থ খঙ্ই; অতুবু মীনা থাজবিদে।

মহাক্ পৈশা মরি থোক্পা ঙমদে। মরমদি থবক্ অমত পায়দে। অছুবু নোংমগী বিড়ি মপুন্ অনীদি থকৃই। চা থকৃই। মাগী মুপীনে, মচানে, মমানে; পুন্না থা অমদা ফৌ শংবাই মঙাদি চায়। ফৌ শংবাইদা লুপা ৩৪/৩৫ পিরবদ। চা গিলাসতা পৈশা মরী পীরম্বনা নয়া পৈশা ১০/১৫ পিরক্লবদ। অস, খঙ্লে। ওক্লে। পোৎকী মমলগী হায়রুরবদি ঙাঙ্লুদবনা হেন্না ফরে।

মচা অনীস্থ অস্থুম্ অস্থুম্ চাউশিন্লক্লে। লাইরিক্ লাইশু নিংথিনা তম্মিন্নিংই। যুৎ চাবা থবক অমতা ফংদে। চীংদা ওঝা ওইনবা ঙাঙ্নরুই। চৎলমদাইদা মেত্রিক্ নত্রবদি য়াদে হায়তুনা খৎতোক্পিরম্ই। মেত্রিক্ নত্তবগী থবক্তি তলব য়াওদে। লুপা ৯০/১০০। ও, ও, ও, লুপা ১০০; করি তৌনগনি মসিনা। নোংমা নোংমগী মমাদগী, মাগী মুপীদগী খরচ তাল্লি। বিনোদিনীনা ফনেক্ মচা খরা খরা শাহুনা রোল্লি।

স্থুম্ খল্লুবদা শ্যাম্ অসি শাউনিংবা অমদি নীংবা কায়বনা মশাহু পীক থল্লি। লাইরিক লাইশু ইরিবনি হায়নস্থ তৌশিন্লুরবনিনা ফোংস্থ ফোংনিংই। মৈতৈ সমাজ অসিদা শ্যামগী গতি ইরৈ লৈতবনি। পোত্থাকম খঙ্লমদে। স্বর ফুন্লমই। করি তৌগদগে হায়বা ফাওবা মা খঙজরক্তে।

অরোইবদা মতুগা মচাগা য়াওরমত্রবদি মুংঙাইগদবনি খন্লকই। মতু থিরুবসি য়াম্না লানত্রে হায়না য়াম্না শাথিনা থাজরমই। মতু থিরমত্রবদি মচাস্থ পোক্লমলোই। ফুক্ হৌগৎলগা বিনোদিনীদা হায়— বিনো, অঙাং পুগে হায়রবস্থ পুশ্রো, নং চৎলোনা।

করিদগী ব্রা অসি ঙসি হৌদোরক্লিবনো হায়বা বিনোদিনী খঙ্দে। ইতৎ তৎতনা শ্যাম্না বিনোদিনীবু মপামদা লৈকনবা হায়রম্মী। মানা হায়রিবসি খৎন চৈনহুনা কায়নবগী ব্রা ওইনস্থ তৌদে। চুম্না স্থম লৈরুদমক মহায়।

বিনোদিনীনা ওনশিন্দুনা চান্নবা হংলকই— ঐ চৎথ্রগা নং মুংঙাই-গদবা লৈব্রা ?

ঐ লোইনা ইখঙ্ খঙ্ই।

শ্যাম্না বিনোদিনীগী ব্রাফমহু ময়েক্ শেংনা খঙবা পোৎ নত্তে। মা- বিনোদিনীগী ব্রাহং অহুদা খুমফম্ খঙ্লমদে। তুমিন্না অমুক্ লৈব্রে।

ওন্না তৈননা শ্যাম্না হায়রক্ই— নংগী নফি চাদর অমা ফাওবা থোঙ্বিবা ঙমদে। নমান্নবশিংনা সনাগী লিক শিরিবা নংনা ঐগী ইনাক্তা লৈরিবসিদি মুংঙাইরমগদবা মান্দ্রে।

নোংমা বিনোদিনীনা মপুরোইবদা হায়খি— অবোক্না লোইনা পুবা অসি য়াম্না ব্রাররিগনি ; নংসু মুপানি, থবক অমা তৌ খোং তৌহুনা অবোক্কী মত্তেং পাংবদি ফৈ।

মহুদা শ্যাম্না খুমখি— ঐনা হেন্না পাংনিংলিবনি। হৌজিক্তা যুং চাবা থবক অমা হেক ফংবা ঙম্বপোৎ নত্তে। নংনা খঙ্ব্র তৌরিবনি। তৌনরিবসি যুং ইচা চাদবা জাৎনি।

বিনোদিনীনা খল্লি— ঙসি শ্যাম্না মাঙোন্দা মপামদা লৈরুরো হায়রিবসি মানা মপুরোইবদা থবক অমা তৌনবা হায়খিবহুদগীরা। নোংমা বিনোদিনীনা অস্সুন্না হায়খি হায়বা ফাওবা শ্যামদি নীংশিংদ্রবনি।

শ্যাম্না মমান্নবশিংগা ব্রারী শাবদা য়াম্না শাউনা শাউনা ঙাঙ্ই। মচিন্ থিহুনা চৈ থাংই। অকাম্বা ব্রাহৈ ফাওবা য়াওনা ঙাঙই। মীনা ব্রা অমা হেক হৌদোরকপদা অমহুনা য়ারোইদবা অমা হেক্তা মানা পুথোক্কুনা য়েৎনৈ।

নোংমসু লুনা চান্নরবা মাগী মরূপ্ গোপালনা ফুরিৎ য়োনফম্ হুক্বানদরা নত্রগা খোংউপ্ য়োনবা হুকান্দরা করিনো অমদা য়াওশিন্লো ; মখোয়গী মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে হায়না শ্যামদা

হায়রুব্দগী মান্না য়াম্না শাউনা খুমখি। মতু তৌরগা করি কান্নবা ফংগনি হায়না মানা হায়। শ্যাম্না মখা চৎথনা হায়— ইশাগী ষ্টেগুব অমা থমদবা য়াদে। শেল্ পামদবা কনা লৈবগে? অতু ওইরবসু ইশাগী ইজ্জৎ অমদি য়েংদবা য়াদবনি। খোংঙপ্ য়োন্বা য়াওরুরগা ইতু ইচা, ইমানচিংবা থাক্পা ওক্লবা পৈশা ফংবদি য়াই মতুনা ঐঙোন্দা করি পীরগনি?

মতুদা গোপালনা খুম্খি— মতুনা নঙোন্দা পীবা হায়ববু নংনা হৌজিক্ ৱানা হিংলিবসিদি ফগনি, ইমাগী মতেংসু খরদ ওইরবসু পাংগনি।

শ্যাম্না মখুৎ মশা য়াওনা য়াম্না মথল্লাই শোক্না হায়— চুম্মী, পৈশা ফংগনি। মতুনদি ঐনা হৌজিক্ ফংজরিবা ইশাগী ইজ্জৎ অসিদি ফংলরোই। ঐ থবক্ তৌবা হৌজিক্সু ঙম্মী। তৌরোই হায়না তৌদ্রিবনি মরমদি ইশাগী ষ্টেগুর মাঙ্গদবা লৈরবদি লৈরিবা অবস্তা অসিনা হেন্না ফৈ।

মতাং অসিদা গোপাল ৱা মখা তানা ঙাঙ্খিদরে। খন্দি খনখি— শ্যামগুম্না ফি চমোৎ চমোৎ মকোক্ মরু ইচাউ চাউনা মমাদগী ওৎতুনা চাগদবগী শরুক্ খোংউপ য়োম্বা য়াওবনা হেন্না ফৈ।

মতমতুদা শ্যাম্না খঙ্জখি— থবক্ অমা হেক্ তৌবা ঙম্মী হায়না মচিন্দতা মানা হায়জবনি। তশেংবদি অরাইবা নত্তে। যুৎ পাক্ চাবা নত্তে হায়বসি মাসু খঙ্ই।

শ্যাম্না তোয়না হায়বতুমক্ ঙসিসু গোপালদা হায়— ঐগী হায়ববু ইচা অনীসিগী খরদং খল্লি। অতুগা ইচা অনীসিবু লৈখিতুনা মচাগুম্ চপ চানা য়োক্চখিগে হায়রবদি শোইদনা য়োম্থোক্লম্লগা শিখিবা পাম্মী।

মখাসু শ্যাম্না শমথৈ— ঐগী মুপী অসি নিলাম্ লাওথোক্লসিরা খঙদে। বিনোদিনী অসি লৈজরগে হায়বা লৈরবদি য়োম্থোকপদা ঐ কন্নিমতা বেরা লৈতে।

করি মরমদগী মসি হায়রিবমো হায়বত্থ মা মশাদি খঙ্জদবগুম্ তৌই। তশেংনমক্ মানা হায়ব্রিবা ব্রা অত্থু ঙমগত্রা হায়বদি মা খঙ্দে। খনস্থু খল্লুদে। ব্রাফম্ অসি বিনোদিনীদস্থু হেক্তা হায়দোকৃখি। মত্থুদা বিনোদিনীনা মাবু করি ওইনা খম্লিগদগে অত্থুগা মপুক্লিংনা হরাওরিগত্রা নত্রগা মুংঙাইজরম্লোইত্রা হায়বদি শ্যাম্না খক্ খন্লুদে। খঙস্থু খঙ্লমদে। মতাং অত্থুদা করিদগী শ্যাম্না হায়রক্লিবা অত্থুগা মপুরোয়বগী ব্রাফম্ অত্থুদা মা মশানা করি খঙ্গবগে হায়বত্থ বিনো-দিনীস্থু খঙ্লমদে। সুংনতগী মোমোন্ মীনোক্তা লোইননা মিৎসনা খম্বালত্থুদগী মশক্ খঙদবা অর্থনা খন্না পুন্সি অমদা য়েংবা মিৎয়েংদি উখি।

বিনোদিনীনা মপুরোয়ববু শাউই— মী ওইদে হায়ত্থুনা। অত্থুবু করি হায়রুনি। চেং তাঙ্লবা মতমদা চন্না হেল্লি, তন্ চাই। চাক্সম্ অঙাংবা থক্লগা লেনবস্থু য়াওই। মপুরোয়ববু থাদোক্কুনা চৎপা পামদে। মসিবুস্থু মুংশিবদগীরা? নত্রগা?

শামসি তৌফম্ ইখঙ্ খঙ্দে— মশাসি ইঙাউ ঙাউনা উই। নোংমস্থু শাথি থোক্লা শাউত্থুনা পংঙাঙ্দা ঙাঙ্ই। নোংমনা হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ চা লোন্হন্দুনা অরৈবা চা চিনি মথৈ থক্তোকৃই। নোংমনা মচী অমদ ফমত্থুনা হন্না হৈতনা ব্রারী শাই। নোংমনা কোয়খি-বদগী চাগনি থক্কনি খঙ্দনা কোয়।

উ ব্রা, থা থব্রানমিচাক্, তিন্ কাং, নুং, উকক্ ব্রাকক্, উচেক্! আঃ! পৃথিবিগী লম্মেলসিদা হন্না হন্না মশিং থিঙমদনা চৎলি। থেংন-ত্থুনতা লৈরবা, খঙ্নরবা মুংতিগী উনরবা ময়াম্ মরক অসিদা থিরিবসিবু করিনো?

নোংমনা মুপী ওক্তবীগী ব্রান্নী তারগা থোইদৌ শাউগৎলি। অত্থুগা ওক্তবী মুপীগস্থু সঙ্গ ওই। নোংমনা সহর ময়ায়দা থাংনা

থিন্দৎতুনা ঈ অর অর তাবমখৈ পাখং অমা হাৎলম্বগী ব্বারী তাই।

করি ব্বাখল্ খনলিবগে হায়বা মশানা ফাওবা খঙ্জদনা তুমিন্না লৈরম্বদগী শ্যান্না মাগী নাকন্দা মফি কোন্না হিপ্লিবা বিনোদিনীবু উরকৃই ; ঙসাইমখৈ উদবগুন্না লৈরুবদগী। লৈরমলিবা মাগী মুপীগী ফিবম্ অত্তুদা মা খংতন্ তম্বরম্মী। অত্তুগা হায়রকৃই— বিনো, নংনা অত্তুন্না হিপ্লিবা করিগীনো ?

বিনোদিনীসু মশামক্ থিবা ফংলুদ্রবগুম্ করিমতা খঙ্জদনা লৈরম্বদগী জ্ঞান্ খংতা তারক্তুনা মফি লোইশন্ খোম্জিন্লম্মী।

বিনোদিনীনা মাবু মুংশিরমগদ্রা হায়না শ্যান্না কান্নদবদা মুন্না খন্নুনবা হোৎনরম্মী। মুংশিরগা করি কান্নগদৌরিবা ? মুংশিবা হায়বসিবু ইশাগী অশোন্বা হেন্গৎহন্বা নত্রা ? মুংশিবা হায়বসিবু ইশাগী ওইজবা থিবা নত্রা ? অত্তুদি লৈরাংদা করিগী লৈনম্ হাপ্লম্মী ? বিনোদিনীনা মপুরোয়ববু ইমুংদি মুংশিদনা মপুরোয়বনা হায়বদা ইন্দুনা লৈবা ওইরম্নবদি ? হোই, মত্তুসু য়াদবা নত্তে। মত্তুসু মুংশিবা মান্দবা নত্তে। মত্তুনদি করি মাঙ্বা লৈবগে পুন্সিদা ? লৈমিন্নবদা অকায়বা লৈতে। ইংনা তপ্পা মুংঙাইনা লৈমিন্নবা য়াই। অত্তুদি করিদি কায় ? করিসু কায়দে। অসিনচিংবা খল্লি।

নোংমা শ্যান্না থেংনখি—বিনোদিনীনা লৈশারিঙৈদা মাবু নীংবা মুপা অমনা পীরকৃপা চিঠি অমখক্। মত্তু পারুবদগী খঙ্বা ঙম্বদি বিনোদিনীগা মুপা অত্তুগা লৈনরিবা মরী অত্তু হায়ফেৎ হক্শিন্নরে। বিনোদিনীনা মমাংগী উনবদা নত্রগা চিঠিদা হায়খিবা মুংশি ব্বাহৈ খরগী পাউখুম্ মুপা অত্তুনা পীরি। অত্তুগা মমাংগী থোদোক্তা মুপাদুনা কা হেন্বা থবক্ তৌখিবা অত্তু শাউগমু হায়রি।

লৈচিল্লকী থাজ

চিঠি অসি পাকবদগী শ্যামগী পুন্সিদা মশক্ খঙ্দবা পুন্সি অমদি চেন্শিনখিত্রা খল্লি। মসি ঐতনা খঙ্ইঃ ঐনা হায়খিবত্নুনি ঐদি লোইনা খঙ্ই হায়না। মা মশাদি খঙ্জদবনি। বিনোদিনীবু ইথা থাজদনা ঊই। তৌরিবসিবু করি তৌনগদৌরিবনো? মাহাক্ অসি শ্যাম্না হেক্ হেক্ খল্লি। খঙ্বদি শুংঙম্ ঙমখিদে।

অহিং ওইবে।

মহে মহে লোইনা তূন্নখ্রে। বিনোদিনীদি তূম্বা ইয়া য়ারমদে-করি য়াখল্ খন্দুনা তূম্বা য়াদ্রিবনো হায়বদি মশামা খঙ্জদে। য়াম্না থেংলক্লে। খোঞ্জেন্ অম ফাওবা তাখিদরে। মতম্ অসিদা বিনো-দিনীগী থব্রায়দা কবিগুম্বা মখোন্ অমনা কন্না রৈবরি। খোঞ্জেন্ অত্নুদা বিনোদিনীনা তশেংনা কিবদি পোক্ই। করিগুম্বা অমা চপ্-খাই মেৎখাইত্নুনা পোক্খাইবগী মখোন্নি। কবি মখোন্নো হায়বদি বিনোদিনীনা খঙ্দে। অহিং অত্নু য়াম্না কিরম্মী।

নোংঙাল্লে।

ফনা থেংলে। অযুক্কী পুং ৮ তারে। হৌজিক্ ফাওবা শ্যাম্ হৌগৎত্রি। শ্যাম্গী মমানা মুপামচা, মুপামচা হায়না কৌত্নুনা হৌ-দোক্লি। খুন্নক্তে। অস্নুক্ থেংলবা ফাওবা তূম্বা হৌগৎতে হায়না মমানা শাউনা ঙাঙ্ই। কবিগী শ্যাম্না অস্নুক্ থেংলবা ফাওবা তূম্লিবনো হায়বদি মমানা খঙ্দে।

বিনোদিনীনা কাংখন্ হাইদোক্তুনা মপুরোয়ববু হৌদোক্লম্মী—তারিব্রা? তাবিব্রা?

খুন্নক্তে।

মপুরোয়বনা থৌশাদবত্নুদা হৌদোক্পা তোক্তুনা বিনোদিনীদো ইমুংগী থবক্ অমুক্ নোমখি। মহৌশাম্নু শ্যাম্ য়াহৌ য়াম্না থেংই। বিনোদিনীনা থবক্ নোম্লুবা হজিন্লক্পদা অমুক্ চংশিন্দুনা হৌদোক্ই। মশা পায়ত্নুনা নোম্লম্ই।

মহু ফাওবদা থুম্লক্কে।

হৌদোক্পবু স্নুংতা তাদে, পুম্বু পুম্লব্রা হায়না বিনোদিনীনা মুরুম্ মুরুম্ শোল্লি। হন্না হন্না হৌদোক্পদা তামন্‌লক্‌ত্রবা অহুদা য়াম্না জ্বান্ তানা বিনোদিনীনা মচা অহন্দা হায়— ইবেম্মা, নপাসি হৌদোক্পা স্নুংতা তাদে, অবোক্‌তা হায়য়ু।

মহে মহে চংহুনা হৌদোক্লম্মী। য়ুমলোন্নবা ময়ামস্তু চংলক্লে। শ্যাম্ শিরমলে। অহিংদা শ্যাম্ শিরমলে। ও, শিরম্‌লে।

বিনোদিনীহু করি অমতা কণ্ডে। য়াম্না জ্বান্ তাই। তুমিন্না লৈ। মানা তৌগদবা থবক্ অহু অহুম্ ইংনা তপ্পা তৌই। শ্যামগী মমানা মচাগী মমিং কৌহুনা শিথ শিথনা কপ্লি।

## তুমখুন ছন্দ্রবা অহিং

নোংমা বুধনা লাইরিক্ কল্লা পারিঙৈদা মথা থংবগী লৈপাক্লৈনা খঙ্-হৌদনা লাইরিক্ পাফম্ কাদা চংলক্লু্না হায়রে— ঙাইখো, নংগী পরিক্ষাগা লায়রি। ঐবু কম্ তৌ হায়রিবনো ? ঐ য়ারক্লোইদৌরি।

বুধ করিস্সু খুল্লমদে। লাইরিক্তি পাবা লেপ্লম্ই। বু্না অমতা ঙাঙদনা লৈবত্তদা খাঙবা ঙম্লক্লুমাল্লে লৈপাক্লৈনা অমুক্তা হায়থরক্ই— খুমদ লাক্তত্তনা তৌরিসিবু চেন্লগে হায়রিজাৎলা ? ঐদি লৈশাবীনি। নোংম নোংমগী ফীবমসি ফজিৎলক্ত্রে। মপান্ থোক্পা য়াত্রে অঙাংমুবীনা, মীনা ঐবুদা য়েংনৈ। ইকাইবনা শিবফাওবা ঙম্ গদৌরি। অত্তুগা হৌজিক্পু নংনা চেন্খিবা থোক্লবদি ঐদি নখোয় মাঙ্গোল্দা খৌরি য়ান্দুনা হেক্তা শিবা ঙম্গদবনি।

বুধ হৌজিক্ ফাওবা বু্না মচেং অমতা ঙাঙদ্রি। লৈপাক্লৈগী থম্মোয়দি তনিক্ তনিক্লম্ই। অত্তুগী মথক্তা মশাস্সু অনাবগুম্ উরে। বুধনা হায়রম্ই—লৈপাক্লৈ, ঐ করিগীদমক্তা চেন্লুগদগে ? ঐ মুপা-মচানি। নংগীদমক্ লেপ্লি। অত্তুবু ঐগী পরিক্ষাসিদদি লোইথোক্-খিগে। চহি মাঙবস্সু পাম্মুই, পৈশাস্সু য়াম্না পীথোক্প্রবনি। মেগী তাং ৪ দা লোইগদবনি। নং চৎপ্রো ঐখোই অহন্ উরগা ফজদে।

লৈপাক্লৈনা খুম্লকই—উনিং উজসিন্থু। হৌজিকপু ইকাইরুখি-গত্রা? বুধনা মাগী ব্রাহৈ তারগা মকোক্তা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা হোৎ-লম্‌ই। অতুদগী অমুক্ লৈপাক্লৈনা—থা মরি ফারক্লে। খঙ্‌দে এাদ য়ারোইদবনি হায়বিরিবসিনি হায়রগা শাওরপ্ থোক্‌খি। অসি হায়গে অসি হায়গে হায়না মতম্ কুইনা খন্‌লক্‌পত্থু ব্রাহৈ খরদং অসি হায়বল্লগা চৎখি।

বুধ বি, এ, থাগদৌরিবা পাখৎনি। লাইরিক্ পাবা য়াদ্রমাল্লে ফি শেৎচিন্‌লগা থোক্‌খ্রে।

শজিবুগী অহিং অমনি। থাদি থোক্‌ই অত্থু থাবন্ ফবা অহিংদি কৌবা য়াদে। সরৎকী পুর্নিমাগুম্ ককচেং চৎপা উবা ঙস্বমুক ফবা নুত্রবস্থু মুশি মুশিবা থাবনগী মঙাল্‌দা অকাশকী লৈচিন্ মফোন্ খর প্যাইরিবত্থু উরুরবদি পুক্লিংসি ইচিক্ চিক্‌ই। ইনৌ নৌই। বুধগা মুহেন্‌গা ব্রারী শারি। মাঙ্‌দা লফেল্ পাৎনা শন্দোক্লি। থাবন্‌গী মঙাল্ মরক্তা লাঙ্গোন্ চীংস্থু মুশি মুশি উরি।

বুধগী ব্রারী তারগা মুহেন্না হায়— বুধ, করিগী ইকায়রুগদগে? জগৎনা তৌনদবা থবক্লনে? ঈশ্বরগী কৃএসন্দা অকাইবদি নত্তেনা। সমাজদা খরদং কায় হায়বদনি। মত্থুস্থু নংনা মাবু শোয়দনা লৌবি-রবদি মোরেল্‌দা কায়ব নত্তে।

বুধনা—খঙ্‌দে ঐ তৌফম্ খঙ্‌দ্রে। কিস্থু কিশন্‌লক্লে। মুহেন মসি খঙ্‌দেদা। মাগীসি চিংনবা, কিবনা পিক্ থন্‌লত্থুনা য়াম্না চিল্লা থোরকপা খোম্থাংনি। নংনা খঙ্‌দ্রিবত্থু করিনো? চিংনরিবনা করিনো শেংনা হায়দোকউ হায়না মুহেম্না তক্লল্লি। বুধনা—ঐ সিগুস্বসি পুন্সিসিদা অমুক্ হন্না তৌজররোইদবনি। মুহেন্, মসি লৈপাক্‌লৈবু য়াম্না লুং-শিরুত্থুনা তৌবা নত্তে। মুপীগা নরুবা হায়বসি ফৎখিদ্রজাৎনি। খঙ্‌দে মাগী মল্লালস্থু য়াওব্রা নিংই।

মখোয় অনীগী ব্রারী খব্রা লিশ্বরক্ই। কোলেজগী ছাত্রি শগোন্-বন্দা লৈবী অমগা বুধগা য়াম্না কন্না মুংশিনরি। মসিময়াম খ্বায় খঙ্লিবা ব্রানি! অদুগা লৈপাক্লৈগীদা খোকলুরিবা খৌদোক্ অসিদি মখোয় অনী মুংদাং খেংনা ফম্মিন্নদুনা ব্রারী শাবা, কোইনদবদগী খোক্খ্রিবনি। মুহেন্না—বুধ নংনা হায়রিদুগী অচুম্বস্মু লৈ। হৌজিকপু লৌগে হায়বিব্রা নত্রগা লৌবোই হায়রিব্রা?

—কবিগী লৌদদগে। তশেংনা হায়বা তারবদি মাবু ঐগী মুপী ওইনা লৌবদি ঐদি পামদবনি। য়াম্রবনিনা পামম্রবস্মু পাম্দনা লৌবা তারেদনা।

তশেংনমক্ লৈপাক্লৈগী মশক্ য়াম্না ফজবী নত্তে। মুপী ওইবীগী লৈখোন্ চেন্দে। মুশুক্ মুই। মথিক্ নেমই। মুহেন্না হায়রি—নংনা খজিক্তং চেন্বগী ঈঙ্গিং ফংবদা মাদি শিবা ঙম্গনি। মুপীদদি মসি ইকাইখ্রপোৎনি। অদুগী মথক্তা লৈশাবীনি মাদি।

—ঙমগনিবো।

নোংম বুধখোয়গী মখা থংবদা লৈবী ইনে কুমুনা মাঙোব্বা শারম্বা ম্নারীদু বুধদা মুহেন্না লিরম্ই। লৈপাক্লৈগী মরম্দনি। লৈপাক্লৈগী মমাদু তৌফম্ খঙ্দনা ব্রারে। মুংশা থিরে। মচামুপীসি শিদোক্-খিগদ্রা হায়নস্মু কিরম্ই। লৈপাক্লৈবু অহিং অমতং ওইরবস্মু চেন্ন-রেদা খোক্পিউ, অদুগা খায়নরবস্মু মশুদো মানা অদুম্ য়োক্চগে হায়না মমিৎতগী মপি তাবমখৈ লৈপাক্লৈগী মমানা হায়রক্পদু মুহেন্না বুধদা তম্নম্ই।

বুধনা মখোন্ পিক্না শোল্লবা মীগুম্— লৌবিগনিদা হায়খি। তশেংনমক্সু বুধ মপুক্লিংদা অকিবা পোক্লমাল্লে। তুফক্ তুফাই ইচন্ চল্লি। চৎপদা, ফম্বদা, ঙাঙবদা মতু ইশোন্ শোল্লা উরে। মমিৎ অদু ইতু তুখরে। অনাবগুম্ ফমুংদদা লৈবা, ব্রা ঙাঙদে য়াম্না শোল্লা

ওঙবা অসি হন্দক তোয়না থেংনৈ। বুধসে লৈনা অমনা লাইহৌ কন্না হৌরে।

লৈপাক্লৈদো আহং তুম্ত্রে। চাক চাত্রে। থি খঙ্দে খঙ্দে তৌরগা পুথি মপানদা মাঙ্গোল্দা মতোমতা ফম্তুনা অথেংবা লুংদাং-দাসিং লৈরম্ই হায়বসিংসু মীগী মচিন্দগী বুধন। তারে। বুধনা খঙ্ত্রে, খঙ্ত্রে; শিদোক্খিদনৈ কিশন্লক্লেদা হায়রম্লগা মখোয় অনী কাপ্লিনরে।

বুধগী হোংলক্লিবা মওং অমসু চিংথহৌরে। নোংম মুহেন্না ইচম্ চম্না, মাগীসিগা খঙ্ত্রিবৈদা, মোরেল্ দিগ্রেদেসন্ হায়না চিন্দগী নাম্লোক্-থিরম্ই। মহুদা মানা বংগ্রেক্ থংনা— হুল্লাট হু ইয়ু মিন্ হায়না হংলক্খি। অহুগা নোংমসু মুহেনগী মচেনা বুধ ইয়িনা কৌরগা নোক্লুই। মুহেনগী মচৈনদি মহু ইচম্ চম্না মরমগা অমতা লৈতনা নোক্খিবনি হায়। মহুদসু বুধনা ইচেনা নোক্লিববু কারি পাউ তাবগে হায়না য়াম্না চিংননা তক্তুনা হংখি।

বুধনা হুঞ্জিন্লক্পদা ইমুংদা রা তারগ্লিবা অহন্ লন্নন্শিংহু তুমিন্ তুমিন্ লৈনরম্ই। ল্লারী থাংতপ্ত কক্থংখিব মাল্লি। তালিদি ইমুং অসি মথাই পান্দবগা মাল্লরে। লাণ্টেন্ অম পুত্লেন রা অমত তাউ্মদনা বুধনা মাগী কাদা চংখি।

পরিক্ষাগী লাইরিক্ পাধা হৌরম্ই। অহুব ল্লাদ্রে। নিংশিংলক্ই— মান। লৈপাক্লৈবু ইনুংদি লুংশিদনা মরী লৈননবা হোংনবদ হায়রুবা, তরুরুবশিং। লৈপাক্লৈনা থুমখিবা। কাম্নদে তাবুধ, হয়েং চেন্খিনি। হৌজিক্পুদি নংগী অধাব মায়হু পাইন্বদি ইরাই লাই অহুদা ঐন হয়েং মায় থাগৎলক্কাপ্দা তাবুধন পাইন্বিব তত্তলোই। মহুদা বুধনা থুমখি— নংঙবী লুপীমচা অমগী মায় তাক্পদ ওমত্রবদি ঐ লুপা ওইরুবগী কারি কাম্নরি।

থৌদোক্ কয়া মথং মথং . . . ।

মচিন্দা মরক্ মরক্তা শোল্লি—শোয়দনা লৌরে। মপুক্লিংদা লৈপমৃই। অত্থু খুদক্তা মুপী থিত্রিবা মমাম্নবশিং—মূহেন্, টিজেন্, কালা, শ্যাম্নচিংবা কয়াবুস্মু নিংশিংলকৃই। মখোয়গী তুংগী আশা। মাগী তুংগী আশা। ঙাঙনখিবা। মতোম্ত ইকায়জরম্ই।

কান্নবা পাৎ নত্রে হায়হুনা তুম্নগে হায়না কমুংদা চংলম্ই। অহিংগী পুং ১২ তারে। তুম্বদি য়াত্রে। মপুক্লিংদা লৈপাক্লে চাক্ চাত্রে হায়বত্থু অমুক্ নিংশিংলক্লে। ঙসাই তাখিবা লৈপাক্লৈগী মওংশিংতুমুক্ নিংশিংলক্লে। হয়েং হেক্ নোংঙানবগা শোয়দনা লৌগনিশি লাকপা তৌগনু হায়রুগে নিংলে।

অহিং থেংজিন্লক্পগী ইচিক্ চিক্খ্রে। পিক্লবা নাসোন্ অমতংগী সনিম্না মখোল্ হৌরক্লে। বুধ কিবনা তুম্বা য়াত্রে। ইতেন্ তেন্শিন্না হিপ্লি। মনা থাঙ্গৎতুনা তায়।

থোং নম্নরব্রা হায়না চিংনরম্ই। পুক্লিং চংনা তারি। করিগুম্বা অমত্তা মাঙোন্দা চংখিদরে। স্বর হোল্লিব্রা হায়বফাওবা কাউথে। লৈপাক্লে লাক্লমাল্লে। মখোয়গী মাঙ্গোল্দা থৌরি য়ান্দুনা শিগদৌরিব্রা হায়না থোয়না হেন্না কিশিন্লকৃই। হয়েং নোংঙান্বদা শিত্থুনা লৈরম্নবদি হায়না খন্লুবদা শ্বাই লাওরম্ই। মতোমতা মখোন্ থোক্তুনা খুরমলি— হে ঈশ্বর, ঐ মতুংদা অমুক্ তৌজররোই। ননাইবু তুম্হন্বিরোবা।

ঙৈহাক্ তুমিন্ লৈরম্ই। থোং হাংদোক্খিবগুম্ তৌই। বুধনা খল্লি— থোং হাংদোকখিব্রসি কনানো? লৈপাক্লৈরা? বুধস্মু মোন্ময়াদগী থাউমৈ অকাপ্পী অমা পায়রত্থুনা লিচৈ অমগা মপান্দা থোরক্ই অত্থুব্ লৈপাক্লৈখোয়গী য়ুমদি থোং লোল্লম্লে। থোং নম্থুনা য়েংলমই। মমুংদা পোরোন্ থারমই। ইন্বদা চৎতে। অত্থুদগী

পুখি, মপাল্‌দা চংতুনা পুখি, মনুংদা থাওমৈ কাপ্তুনা য়েংলম্ই। মাঙ্গোল্‌গী য়ুমথক্তা য়েংলে। মতুদসু পেন্দ্রমাল্লে ঈংখোন্ মতোন্‌গী উ পাম্বী মতোন্দা থাউমৈ কাপথংতুনা থিরমই। কনাসু লৈরমদে। অছুবু মপুক্লিংদদি হেক্ শিরম্বা, থ্রাক্ থ্রাক্ য়ান্দুনা লৈরম্বা অসিন-চিংবগী শেরান্ তুরান্‌বা ঙ্কাখল্লা পিক্ থনখ্রে।

কায়নথংদা মাগী ইমুংদা অমুক্ চংলক্লে। ফমুংদা হিপ্লরে। থিন্‌লক্ই— হয়েং হেক নোংঙান্‌বগা মাঙোন্দা থাজনবা হায়গে। ইংখোন্দা উপাম্বীগা অমতা থম্লরোই লোয়না য়ান্থংকে। তাং ৪ গা অমতা ঙায়ররোইদা হয়েংমক্ হেক্তা মচেল্লগে।

মতুদগী মখোন্ থোক্লা শোল্লকই— নোংসি ঙান্‌দ্রেদা। হে ঈশ্বর ঐবু তুম্‌হন্‌বিরোবা কৈদৌগে।

স্বর শাংনা হোন্দোক্‌খি।

## মেরাগী সনাহৈ

নোং থিংলি থিংলি তাবসিস্নু ৱাখল্সি থিংলি থিংলি মখল্লি। থিংলি থিংলি হৌখিবা পুন্সিবু নিংশিংলকই। পুক্লিংসি মফম্ মফম্ খুদিংদা ইচাই ইচাইনা চোংলি। ঙসি নিনি হুম্নিসি হক্চাংসি ইম্নুং মুংঙাইতহনা ঐহাক্ ইচং চংথোক্লুব্রবনি। ঙসিদি হক্চাং খরা মুং-ঙাইবগুম্ তৌই— ঙৈহাক্তং অস্নুম্ চংথোক্নিংলহনা ফি রোন্ শেংচিল্লে। সাইকল্ ইস্তোকতুনা থোরাংলে। ঐগী মুপীনা হায়হৌই— হক্চাং ঙমদেস্নু হায়, নোং তাবসিদা কদাইদবু চংকদৌরিব— ঙাকখ্রেদা।

ছাত্র ছাত্রি স্কুল কাবা মতম্ চপ্ চাবা থোকলুবে। কদাইদা চংকদৌরিবা খঙ্দনা উরিপোক্ মাইকৈদা অস্নুম্ হাইথরক্লে। খুতি অমরোম্ থাপ্পা ফনেক্ অঙাংবা শেংপী, ফি অশংবা ইনবী মুপী অমা সাইকল্ তোংহন হাইগংখিবা মতুংমখৈ উহৌই। মমাই উত্রবস্নু হেক্ক-মক্ মখঙই। মুম্ন খঙ্নব্রবা শাবাননি করম্ন পাক্ হেক্ কাউবা য়াগনি। পুক্লিং পাংতা ঙা মচামতং মোংলক্ই। উখিবা তুংয়ান্দুনা ঐগী পুন্সিগী মুংশিব্রবা ৱারী খরদি লিররে। উরিপোক্ লমজাওগী কোয়লাস থাবা কংক্কী সরক অসিদস্নু ঐগী পুন্সি লোংব্রবনি। নোংন পত্রং পত্রং তাবসিদা অমুক্ ফোংলক্লমাল্লে।

মেচিন্ন তৌবগুম্ ঐহাক্ সাইকল্ মমাই তন্‌লৈ লৈখৎলে। কন্‌লপ্ থৌত্বনা তান্নরম্মী। চহি মরিগী মমাংদা ওইখিব ঐগী পুন্সি মতম খরা খাইনরুরবনি। ঙসি অমুক্ ঐবু মোইথেম্ তৌররি। মতুং ওইরপ্পা ঐনা শোন্‌লপ্ তৌনা হায়রুই— কন্না থোৌঞ্জেদা। খজিক্তুং তপ্‌থবা য়াররোইদ্রা ?

মা হন্না য়েংলকই। ইকাইনা সাইকল্ খজিক্তুং তপ্‌থবনা ঐনা কৌখিবত্থু খুন্বা ওইখি। মত্তুম্ময় ময়াম্না থোৌনবা চাংদগী পংতপ্ তপ্‌থবগী ব্বাদি নত্তে। হাইফেৎ তুমিন্ তুমিন্ চৎলুই। মমাংঙৈদা মস্ত্মন্না লমজাওদা নোংমা কাংদনা মাগা ঐগা চৎমিন্নখি। অত্থুবু ব্বা ঙাঙনখিদবা কুইন্নবনি। চহি মরিগী মতুংদা ঙসিদি নৌররে। ঙসিদি। ঐনা কোলেজ কারিব্রা হায়না হংখি। মাস্থু অং হায়না খুম্বদগী হেন্দে।

ঙৈহাক্মুক্ তুমিন্ চৎনরবা তুংদা মানা হায়রক্ই— কদাই চৎলুরিবনো ?

ঐনা— থবক অমা চৎলিবনি। বল্লা, খরা ম্নুংঙাইরিব্রা ?

মান— ম্নুংঙাইরি হায়বা তারেদনা।

তুংলোমদগী হব্বাগাড়ী অমনা ঐখোয় অনি য়েংকা ওইগা খব্রাং চৎলিবত্থ থুগাইরমই। মতাই নাকন্ নাকন্দা হাইদোক্লখি। গাড়ীনা ঙৈহাক্তুং ঐখোয় অনীগী মরক্তা খন্‌খি। গাড়ী চৎঞ্জবস্থু মহাক্ থোইনা হাইগৎলমদে। অমুক চংশিন্নখি।

ঙসিদি ওন্থোক্লা পুক্লিংসি ম্নুংশিরিকঞ্জে মমাংঙৈগীত্থ নিংশিংলক্ত্রা নংদি ? ঐনা হংখি।

মহাক মোমোন নোকই। নোকর্লিবা মীনোক অত্থুদা ঐবু থাজদবগী নোংথাং অমতং কুপখি। অত্থুগা ঐনা অমুক হায়খি— ঐদি নংবু কাউবা ম্নুংঙম ঙমদে, নংদি খক নিংশিংদ্রা ?

ঙসাইমখৈ মা ইখুম খুমদনা শাকপনি। হন্দক্তি নোকমি নোকমি

তৌহ্না—নংনা নিংশিংলিদৌহ্নদি— ই, থাজবেনে। মাম ঐবু স্নংথা থাজদ্রে হায়বা ঐ মাগী খোম্লোক্তগী খঙলে।

তশেংনমক ঐ মাবু নুংশি। ঙসিস্নু নুংশি! মানা পোংমনবদগী কায়নখিবনি। তৌবগীদি অঙাং-ব্রাখল্ হায়হুনি।

মানা হায়রকই—যুমগীহুন? উরগা শাউরোইদ্রনে নংনা লাকল্লি-সিবু?

ঐনা— নংস্নু তাব্রা?

মানা— কবিগী তাদনি হায়বগে মহুবু?

মেরাগী থাউমৈ মুৎপগী নোং মতৎ মতৎ অমুক তারক্লে। অহুদগী হাইফেৎ কনশিনলক্লে। চৎপা য়াদ্রে! ঐনা হায়—ঙৈহাক্তং থুপখিসিদনা হুকানসিদা।

ঐনা হান্না চংলে। মাস্নু ইন্নরক্লে। হুকান্ অহু মী লৈতে। ঐখোয় অনীদা ভেরেন্দাদা থুপলি। ঙৈহাক লৈরগা ঐনা হংই—লাইরিক্কদি পারিদনা? পরিক্ষাগা ঙমদ য়াপোৎ নত্তেকো।

মানা—খঙদে, লাইরিক পাববু ইঙম ঙমদে। নোং হেন্না কুংনা তাশিনলকই। অহিং কয়ানা ঐগা মাগগী কাউবা য়াদ্রবা ব্রারী কম্ম অমম্বা সংসারদা থৈগ্রে। সিনেমা কয়াগী নুংশিরবা ঈশৈ, দৃশ্য কয়ানা মাগা ঐগগী নুংশিববু ইপোম নাইহনখ্রবনি। ঙসিগী নোংসি মেরাগী মৈ মুৎনবা তাবনি হায়নৈ, অহুবু ঐগীদি কুইনা থান্লক্লবা থম্মোয়গী মেবা থাউমৈ মৈরি হেনগৎনবা নোং ওন্থ্রে। ঐখোয় অনী ঙৈহাক পম্ববা তারে।

ঐনা— নংবু ঐগা থক্ নিংশিংদ্রব্রা?

মা মোমোন্ নোকই। থোইদোক্পা ব্রাহৈগী পাউখুম্দি লাক্তে। অহুবু হন্দক্কী মাগী খুৎনোক্ অসিদদি মাগী চহি কয়ামা হুহুনা ঐঙোন্দগী থাপ্পা থম্থ্রবা নুংশিবা মমিহুদি তারম্হই। ঐনা অমুক্স্নু নমহং হংজিন্লবদা তপ্পা খুমকই—মহুবু নিংশিংদবা হৌমব্রা?

ইকাইহনা থবক্ চৎলিবনি হায়না হায়জিন্নবনি। নঙোন্দা ব্রানতা হায়গে হায়না লাকপনিদা। ঐনা হায়খি। হন্দক্তি মাঙোন্দা য়েংলুবা ঙম্‌দ্রে। সাইকল্ সাবন্দা খুনিংনা শৌহনা ঙাথরমই। মা ঐনা হায়রিবহগী পাউখুম পীরক্তে। ঐস্তু ইকাইরহনা অতোপ্পা ব্রাফৈ অমা পুথোকলে। নংবু নাক্লরব্রা? নমাইহু ময়েং তারে। ঐনা হংই।

মানা—নারুদে।

ঐনা অমুক্স্তু—নংগী পোক্সি লোইরেদনা। হেন্‌গৎলকপ্রা?

জিঙ্গ নালাদগী তারক্লিবা নোংয়াহিহু মখুৎনা য়া য়াহুনা শান্ননা মানা হায়রকই—সিদি ফবু ফরবনি।

ঐনা হিদাক্ অমগী মমিং তাকই। লিক্লিদা লুপা তরেৎ পিবনি। ঐ লৈবিরক্কে হায়ববু ঐ কয়া খুদোং চাদ্রে। ঐনা হায়খি।

নংবু হৌজিক করি তৌরিবগে? লাইরিক্ তম্বস্তু তোক্‌লে হায়না তায়। কমতৌরিনো তৌরিহবু? মানা য়াম্না মুংঙাইতনা মুংশিরবা খোঞ্জেন্দা হংলক্‌ই। ঐগীদমক্ মুংশিবিবা মুংশাম্বর মচা-মতংদি হোল্লিমাল্লে খন্‌বদা খরদি হরাউই।

বলাসি ঐগা মরী তৎনখ্রবা তুংদা বামোন্ মুপা অমগা মরী লৈনৈ হায়না তায়। অচুম্বা ওইরমাল্লে। ঐনা মহগী মরমদা হংখি—নংবু বামোন্দু করিমতা খঙহৌদ্রব্রা?

মানা মোমোন্ নোক্লম্‌ই। অহুগা হায়রক্‌ই—তৌদেদা কনানা হায়রিনো?

নোং হাংলক্লে। ঐখোয় অনী সাইকল্ ইস্থোক্তুনা থোরক্লে। ঐনা হায়খি—নংগী ফোতো অমতা ঐঙোন্দা পিয়ু হায়ববু পিনিংদব্রা?

মান— ঐগীদি ফোতো অমতস্তু লৈতে।

—অহুক্ য়াম্না লৈখিহদি—পিনিংদ্রব্রনে? ঐনা হংখি।

লমজাওদা মী কয়া চৎচরবস্তু মমাংঙৈদগী হৌনা ঐখোয় অনী হেক চৎমিন্নখিবদা কনাবুস্তু উদে। ঙসিস্তুনি ঐদি। কোলেজ নকশিন্‌লক্লে।

ঙাওশিন্নম্নু পরিক্ষা নিংথিনা থাও। ঐনা হায়খি। অদুগা মথাস্নু তাখি—ঐ মস্নুম্না মরক্ মরক্তা লাক্কদৌরিনি।

মানা—নংহুম্ ঙাওশিন্নম্নু—মী ম্লানবা।

লৈহৌরগে হায়রগা গাড়ী মমাই লৈরে ঐহাক্। য়ুম্ তান্না থৌরক্লে। চুকপ্ মচে অমা অনিদি লৈরকৃই। লম্জাওদা গাড়ী থৌনা থৌনা মকোক্ মমৈ শন্নদবা ম্লাথল্ কয়া খন্লম্‌ই। ঙসিদি বলাবু থংম্নুং ম্নু শিরকৃই। কুমগী সনারৈ শাৎপদা পুন্সিসে নৌরম্‌ই।

য়ুম্ য়ৌখিবা খঙ্হৌদে। তপ্না তপ্না চংলে। য়ুম্গী ঐগী ম্নুপিনা মোমোন্ মোমোন্ নোক্লা ঐবু ওক্লম্ই।

নারেম্নু হাই—সাইকল্গী ময়াইসি কন্‌থ্রমাল্লে কদোমদা অমুক্ চৎলুরিনো হোরেল্দি লাই শারদবনি, মী ওৎপা শারদনা। মানা অস্নুম্না ঙাওনা ঙাওনা খুয়াদা ফম্থুনা খোঙ্ নোইরম্ই। ঐগী ম্নুপীনা পুক্লিং চংনা ঐবু সেবা তৌরি।

## সিস্নু অনাবনি

তোমচৌ লাইরিক্ হৈতে। অহুবু ন্না ঙাঙ্বদা ময়েক্ শেংনা ঙাঙ্ই। য়াম্না হৈকস্নু ঙাঙ্ই। মহাক্ লাইরে। তৌবগীবুদি মণিপুর সমাজ লাইরবগী থাঙ্গৈশেংবা ভিকতিম্ ওইরবনি। ফো শংবাইদা লুপা ৩৪/৩৫ অহুগা হন্নাই কিলোদা লুপা ২ য়োরে। যুং চাবা শেল্ থোক্ফম্ লৈতে। নোংমা নোংমগী খঙ্বিদনা ফিবম্ অসি শোক্শিন্লক্লি। ফিরোন্নচিংবা পুন্সিগী অতৈ অতৈ পোৎনা তাংবদি মীতৈদি থোশাবীদে অহুবু চাবা হায়বসিনা মীওইবগী থন্নায় ওইবনা চাক্ তাংবসিদি হিংবদা লুরক্লে। তোমচৌদি করবারস্নু অকক্লবা অমতা হৌজিক্ পায়ন্দ্রে। মহোশা আসামদা ফী ললোন্বা চৎলমই। মহুস্নু মহাজন্গী ললোন্শেল্ পুথরুবদগী অমুক্ হন্না ললোনশেন্ পুথোক্পিয়ু য়াদহুনা চৎপা ঙমদ্রে। মাগী মুপীনা মীগী খুৎনেক্তা ফি থরা শারি। অন্নাবনি! মচা অহুম্নি! লৈশাবী কাবক্ ফারবা, পাখং ওইরবা, অনীস্নু য়াওরি। ইস, খল্লুবদা মম্ই! ফো শংবাই অমনা মুমিং তরুক্লিদা চানৈ।

চৎলিবা থাসিগী মন্নুংদা ইম্ফাল্ মিউনিসিপালিতিগী মীথন্ তোগদোরি। মসিগীদমক্ তোমচৌনা কম্যুনিষ্টকীদমক্ ভোট কন্না থোমলি। মহোশাদি কংগ্রেশকী থোম্লম্বনি। হন্দক্তি কংগ্রেশপু শাউবনা মৈ হোৎখ্রে। মরমদি কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নেতাগী মরীক্চুম্নবা ন্নাঙাঙগী

মথক্তা হন্দক্ চহি মরি মঙা অসিদা চেঙ খংজাঙ তাংবন্দিলো মী পুম্বা সাসক্ দলবু শাউগ্রে সরকারনা শিন্নিবা ফিয়ার প্রাইস লোন্না অহোংবা মমলদা চেং য়োন্বত্নুা প্রজানা শেন্বা ভমল্রে।

বিরোধি দল্না লাইনা ফংবা, তাপ্ তাপ্ ঝাবা ওম্বা শুমন্ পীত্নুা ভাঙ্ই। প্রজাগী চাত্নুা লৈবা থম্মোয় ফাজিন্লি। ফৌ লৌভি লৌবগা খোমগংখি্রবা ফৌ অত্নু ঐখোমদা পীজদে, চেং অপুম্বা, নমথিবা পুবক্তুনা ঐখোয়দা পীজে। মসিনি বিবোধি দলগী মাকং প্রজাদা কংলিবা। বেস বেস চুম্মী! খুবাক্ খুই। থাগৎলি।

কম্যুনিষ্টনা হায়— ইন্দস্ট্রি পুম্বা নেসনলাইস তৌগনি শেনফাউ পায়বা মুথংকনি। ইনাক খুনবা, লাইরবা চপ্ মান্নহন্গনি। খোম্বা থয়োই। ময়াম হবাউই। তোমচৌম্নু নুংঙাইজে। মকম্ মকম্ খুদিংদা মিটিং তৌনৈ—সাসক্ দলগীম্নু, বিরোধি দলগীম্নু। মখোয়গী চৈনবত্নু ঐখোয় তাবা ভমদে। মুপী খংনবগা চপ্ মান্নে। কংগ্রেসনা কয়া হায়—কম্যুনিষ্ট হায়বসিদি ঈশ্বর থাজদবা নাস্তিক্নি। ভারতকা চানদে চুনদে।

ওসি থা অমা অনী অসি পুম্মনিন্ মিমলম্ই।

নোংমনি।

চহি ২০/২১ শুববা পাখং অমা লাক্তুনা তোমচৌগী য়ুমদা মারী শারৈ। পাখংত্নুা হায়— তাদ, নিংথেমচা মযুমগী কুপ্তো ইন্দিপেণ্ডেন্ট ওইনা লেপ্লে। ঐখোয় লৈকাইদগী ঐখোয়দা থাদগদবা মী খরদি শোইদনা মানা চিংখোকখ্রনি। ঐখোয়দগী মী চিংখোক্লবা শেন্ পীত্নুা লেপ্হন্বনি হায়রি। ঐখোয়গী লৈকাইদা কম্যুনিষ্ট কল্লি হায়বসি মখোয় খঙ্লকনি।

তোমচৌনা শাউনা হায়বক্ই—মলক্ ইথি খিয়ত্নুা ফুত্নুা তোক্লরনি মঙ্গিমা। মসি লৈকাইসিদা লৈহন্লোইদবনিনে। ভাম্মোক্খিধনা হেক্ ফয়বনি।।

তোমচৌনা ঙৈহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা মথা তায়কৃই— তোম্বী, নখোয় নহারোল্ খরা তৌরগা অমুক্তা ফু কৈদৌবগে? মা লৈবসিদি লৈকাইগী ইজ্জৎ মাঙ্ নবনি। হাকুম নত্রা মানা মেত্রিক্ থাহন্গনি হায়হুনা ছাত্র মচা ময়ামদগী শেল্ খোমগৎলগা থাবা য়াদহুনা ময়াম্ চংহুনা ফুবিগে তৌবদো?

তোম্বীনা চুরুগ্ মচৈ অমা চমখৎলম্মী। তোমচৌদা অমস্থ পীরম্মী। তোম্বীনা হায়রকৃই—হোইনে, হোইনে। মাদি হন্দকস্থ লুপা লিশিং অমা অনীস্থ ফংলবনিনে ভোট লেপ্পসিগী। মা লেপ্পবদি নমহুনা মখোয়গী শাগৈ নাতৈদা ওইরবস্থ চিংথোক্লেদনা। মসি খঙ্হুনা মাবু থেমহুনা থাজিন্লকপনি। অদু ওইরবস্থ ময়াম্নবু লেঙ্দ্রবনি ঐখোয়-না কাবদি য়াইদা।

তোমচৌনা য়াম্না থব্বায় য়াওনা হায়—মীগী ব্রাদি খঙ্দে ঐখোয়দি থব্বায় অসিনা কম্বদা মিহুন্ হুন্নিবমখৈদি অতোপ্পদা চৎলরোইদবনি।

ইংথনা জ্ঞান্ খরা তানা অমদি মুংশা থিবদগী থোরকপা ব্রাহং অমদি হংলক্ ই—কাবগী মওংদি লৈরিবা নত্রনে?

তোম্বীনা— কাবা য়াই হায়না থল্লি।

তোম্বীস্থ চৎথ্রে। তোমচৌগী মচাম্নুপাহুস্থ কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অচংবা লানমিনি।

সেপ্টেম্বর তাং ১৪ নি। ঙসি মীখল্ মুমিৎনি। মী পুম্নমক অসি মওং অমা ইতৌ তৌনৈ। ইরাং লাংনৈ।

তোমচৌ অমদি মাগী মুপী সনাহন্বী মখোয় অনী চাক চাদবা মুমিৎ হুমনি ফারে। মচাম্নুপী লৈশাবীনা মুমিৎ নীনি শুরে। মচাম্নুপাদি ভোট খোম্বা চৎপদা ময়ুমদগা হুপ্পিন্লক্তবা ফনা কুইরে। ফিয়ার প্রাইস সোপতা য়ামস্থ ফংলুদ্রে। চেংস্থ লাকলুদ্রে। ঙসি নীনি

হুমজিসিদি মরাংকাইজা লাক্কবনি ।। অত্তুবু লেম্না, পিবিনা নত্তে । চেং; য়াম্ লৌজনবা পৈশা তোমচৌখোম্বগী লৈতে । চা অঙাংবা, খরা,খরা, থক্নগা, লেন্লক্লে।

তোমচৌনা করিম্ব তৌদবা শাম্বতুনা মফি নাম্বা লেংলগা থোরকই। অত্তুবু মশক্ অত্তুনদি ঐ চাক্ চাদবা কুইরে হায়বা তাক্লে। মফিং কুথলে। অঙাবা মারে। মশা খিংথাং লাউক্লে। রা ওাঙ্কদা কয়া ওাঙ্‌ব্রে। চৎলি হায়বদা মঙাইরে। তৌরগীদি চহি ৪/৫ অসি মণিপুরগী প্রজা অসি য়েংবা কঙ্গংবা তঙ্গংনা অমম্ পোক্লে। লোন্দম্ নাতম্না উরে। থাইনগী মিৎ, মুতু, খুৎচৎ অহু অমতা নত্তবনি। মমাং কাম্ব্রিক্ কম্ব্রিক্ কাওবনি। মমিৎ কুশিং কুশিং কুথলবনি। থরায়সি ওঙ্গোক্না মুগাইতবা অমা পোক্লে অমাকশিংদা উবনা। মুমা য়েংশিন্লবদি শোইদনা থেরবনি।

তোমচৌগী মশক্তু উরুবদা থাংবা ওম্লনা মাকু মুংশিবা অমা পোক্লমই। কম্যুনিষ্টকী কেম্পদা ওহাক য়েপ্রম্গা তপ্পা তপ্পা, পুম্না ওদনা ময়ুমদা অমুক ফুরিংবী নাকনগী ফুরিংখাউ অনীদা মথুং অনীমক্ হুমজিন্লত্নুনা চংখ্রে। মাগী মুপীস্থ ইশোন্ শোম্বম্মী।

পুন্সিসে যুং অমত চাখ্রে।

সনাহন্বীনা হায়রকই— ফিশামনস্ত্র লৌশিন্, লৌশিন্দুনা চাবদা লৌশিন্নিংঙাই লৈত্রে। করম্ তৌসিগে ?

মপুরোয়বনা য়াম্না তপ্পা হায়রকই—খঙ্‌দ্রেলে, করিনো তৌগদবসিবো।

অশেংবমক্ তোমচৌনা করি করম্ তৌরগা মাগী পুন্সি অসি চাবদদি খরা কোমগদগে হায়বসি খঙ্‌দ্রে। থবক শুগদবস্থ করিনো মানা শুরুগদোবসিবো ? তৌফম অমা ইখঙ্ খঙ্‌দবনি যুং চাদবা হায়বত্থ মসিনি।

সনাহন্বীনা পাক্ হেক্ হৌদোক্পা ওমদবা রা অমা মপুক্লিংদা

লৈরম্মী। মানা মপুরোয়ববু মুন্না খঙ্ই। অহুবু মহিক্ অহুনা চা-শিন্লক্লবদা উপায় য়েংলকপগী ব্রানি। সনাহন্বীনা হায়রকই—কুঞ্জো-খোয়গী সনাবেম্মদো লেংলক্লম্মী।

তোমচৌনা মাগী মুপীগী ব্রা লোইবা ওাইওমদনা হংলক্ই—করি হায়ররিবা?

সনাহন্বী নোকমি নোকমি তৌহুনা মখোন্দি খন্না শোম্ভুনা হায়রকই—মঙা মঙানি হায়।

তোমচৌনা য়াম্না থুনা খন্না কন্লপ্পা হায়রকই—তানিংদে তুমিন্ লৈয়ু। মচাম্নুপা হুরানবহু ফুবু ফুনিংলিবদা।

মপুরোইবনা চৈবহুদা হায়গদবা কিদি কিরবনি অহুবু শোন্লপ্পা হায়রকই—নখোয়গীসিবু থাদবা চংবদা মী উদে হায়বদাইনে। শেলনা মখোয়দগী লৌরগা নখোয়গীহুদা থাদবা য়ারোইদ্রনে।

তোমচৌ ব্রা ভাঙদ্রে। মপুক্লিং মন্নুংদদি মাগী মুপীগী ব্রাসি লৌশিং অমনি হায়না খল্লি। মঙং মঙং ঙৈহাক খন্লবা তুংদা মম্মন্না ভৌবসিদি ধর্ম্মদি থোক্কে খল্লি। তোমচৌনা হায়রকই— মহুদি ধর্ম্ম থোক্কে। লৌদা লৌক্লরম্নুদা।

হন্দক্কী তোমচৌগী ব্রাঙাংহুদা য়াওরিবা ব্রাগী অব্রাং অনেম্ ১দি অরুম অয়াং অহুগা খোংচৎ অহু খন্নবা য়াগদবা কৈদাগী মঙং মাল্লি। সনাহন্বীনা হায়রকই— ৫।৫ ওইরবদি ঐখোয় অনীগীদি ১০ নি। মুমিৎ হুমনিগী চেংদি ব্রানবা কোন্নগনি। সনাইবেম্মহু অমুক লাক্কনিম্নু হায়রম্মী।

হন্দক্কি তোমচৌ য়েৎলমদ্রে। ঙৈহাক্ লৈরগা সরক্লোমদা তুমিন্না থোক্খ্রে।

# মখোঙ্ শোম্বিদ্রবা লৈ

কালেন্থাগী শারবা মুংশানি। মুমিৎ চপ্ মুংবা কাললি। খোরানি একাসিনি হোটেল্গী চাক্খুম্দা খুদৈরাংবা অচোৎপা অমা থাডুনা মুংশা খাংনা হিপ্লি। চা থকপা মী মরক মরক্তা চংলক্‌ই। থকপা লোই-রগা অডুম্ মচৎখি। চাক্ চানবা মতম্ হেন্লক্লে অডুবু একাসিনিদি চাক্ চাদ্রি। থোংস্থু থোংদ্রি।

একাসিনি চহি ২৫ মুক্তা ঙাইরিবী মোনহানি। যুৎ চাবা ইমুংদা লৈডুনা মতিক চানা শেৎ চারবদি পংফ ফজগদবা শক্নি। মপুরোয়বা কৃষ্ণচন্দ্রগা মখোয় অনী হোটেল্ ফমডুনা হিংজরিবনি। কৃষ্ণচন্দ্রদি গঞ্জা ৱালানি। য়ু ৱালানি। জ্বারদস্থু মকোক্নি। কৃষ্ণচন্দ্র হোটেল্ ফম্বা ইয়াও য়াওদে—মথৌন শংদবনা অহিং ফাওবা হন্লক্তবনা অনম্বনি। মুপীন্না পৈশা তান্লগা মানা অহিং তূম্দনা জ্বারদা থাই, য়ু থক্তোক্‌ই।

কৃষ্ণচন্দ্রনা হন্লক্লগা একাসিনিদা হায়রকই—চাক্ লাম্লে, চাক্ লোইরব্রা? একাসিনিনা অশাউবা কয়া ফাজিন্দুনা হায়রকই—থোংদ্রি। কৃষ্ণচন্দ্রডু ৱং শাউগৎখিডুনা লাওরকই—অস্থুক থেংল ফাওবা চাক্ থোংদ্রি। কৈদৌলৈরগে?

একাসিনি খাংবা ওম্লক্তু মাল্লে থিংবা ওমহৌদ্রে—করি থোকএডুনা [illegible]রিবনো। ওরাং মুমিৎ চুপ্পমা জ্বার শাম্নরুরে চেং মরু অমফাওবা

থনমদনা মুপীনা করি চারিনি, ইচানা করি থক্লিনি খঙ্দনা অহিং হুন্জন্লক্কনা লৈথোক্লুরে। কৈদৌলৈগেগা হায়জশারিয়ে— তুম্মুনা লৈ।

—নচিন্ থিম্নু ব্রারক্তবীসিগা হায়না কৃষ্ণচন্দ্রনা চোংশিন্দুনা একাসিনিদা খোংপাক্লা কাওরম্মই।

মুমিদাংব্রাইরম ওইবগা গঙ্গা থক্ফম বাবুখোইদা কৈজোম্ অমা কোয়না শেৎতুনা চৎখি। একাসিনিনা শাউবনা ফি ফি কামহৌই।

সনাগী লৈ অমা ফাওবা চিন্দে। খ্বাংগী ফজেক্ খরা ফবা ফাওবা শেৎতে। মতুগী মথক্তা মপুরোয়বগী ব্রাহে নিংথিবা অমতম্নু তাবা ফংদে। একাসিনিনা লৈকাইগী মচেম্ মনেমদা ব্রারী শাই— ইকে, ঐনা থৈরিবলি শি ভাইকবা থৈম্বিবনি; ইচা ফত্তবা চাউবা ভাইবা, ইচা ফজবা শিনা ভাবনা হায়রম্লি।

মচানি হিকু থুনা মথৈ লৈরে হায়বাক্ শাই। পিশক্ পিশক্ ভাক মঙা ভুক্লে। ফবা হৈবগা অমা পোক্ তৌহনা অমাংশিংনু য়েংবা মুংভাইবা য়াওদে।

শায়স্বা মুশাত্তু থরা থরা ইংথত্রে। অইংবা মুংশিং লিরি লিরি শিংলক্লে। মুমিদাংব্রাইরম ওইরক্লে! একাসিনিগী হোটেল্দা ইভং ভংভনা কোওপরেটিভকী ইন্সপেক্টর রজনিকান্ত বি, এ, বোয়া চাই। চা থক্ই। মহাক্ মশা য়াম্না নাম্লি। তাই পুন্গল্লি। ভেরন্দিম্গী ফুরিং লিংকল্লি। খোংউপ্ অমুবা লংত্রিক্ লংনা উপকল্লি। ভোংভাম্লৈ, ফুচু ভৌই। মশমক্তু মচা প্রোপ্ প্রোপ্ তাই। থাউ মনম্ মুশিবা ভৈগল্লি।

রজনিকান্ত লাক্লবদি য়াম্না চেক্শিল্লা একাসিনিনা হোৎনজে। লৈজত্রবসু মাগী লৈজরিবত্তুদা লূনা নাম্লা, মচু তানা শেৎলমই, চন্দোন্ চন্না থিন্দুনা তনান্ তনান্ লৈ। গিলাস শেংমা লূনা নাম্লা পুখোয়রকই।

চা শেম্বদা মিনট্ চংনা হাউনবা হোৎনজে। বোরাস্থু মশিং হেন্‌লি। করিগুম্বা মতমদস্থু অখন্নবা বোরা হৌত্নুনা রজনিকান্তগীদমক থমই।

তাদ, বোরাসিমদি ঐগী ওইনা মহাউ য়েংবিয়ু হায়না বোরা প্লেট অমা পুথোরক্‌ই। রজনিকান্তনা হায়রকই— থৌরানিনা পিজবনিদ্দনা, সিগীদি পৈশা পিত্রস্থু য়াইকো। ফাগী তৌরম্‌ই।

—এঃ, মত্নুদি ঐগী শরুক পিজবনি—পৈশাগী ম্না নত্তে। ব্যাব-হার য়াম্নবী লোন্দাদা হায়রকই। মস্থুন্না মরক্ নরক্তা শেল্ লৌ য়াদনা বোরা চা পিজ পিথকই।

নোংমা রজনিকান্তনা হংলকই— থৌরানি, পাখংনা মৌ লৌবসিবু কৈদৌবগেনে? একাসিনিনা খঙ্‌বা অমা লৈ—রজনিকান্ত মুপী থিত্রিবা পাখংনি। কৈবু তৌই হায়নো, থায়নদবু হায়বনি, হৌজিক্তি শংলৌদা লৌনরেদা একাসিনিনা হায়রম্‌ই। অত্নুদগী অমুক রজনিকান্তনা মখা চৎথনা হংলক্‌ই— অত্নুগা মৈতৈনা বামোন্ লৌবসিনা কৈদৌই হায়রি জাৎনো য়াত্রিসিনা?

—হৌজিক্তি য়াম্না লৌনরেনা। বামোন্ হাম্নবা লৈত্রা, মৈতৈ হায়বা লৈত্রা থন্নায় তানরগা লোইরেদ। বামোন্ মশেন্নি মৈতৈ মশেন্নি হায়ত্নুনবু ঐখোয়গীস্থুন্না পানগদগী শরুক অপাম্ অপাম্বা লৈন-বনবু হেন্না ফৈদা—একাসিনিনা থিংবা ঙম্‌দনা জর জর ঙাঙথরি। অত্নুবু একাসিনিদি রজনিকান্তদা দাইরেক্ট য়েংবা ঙম্নম্‌ত্রে। লুক্‌থরগা পংঙাঙদ ঙাঙলম্বা ওইরমলে।

—ঐগা হেক্ হেক্ লাক্‌মিন্নবা মশা নোয়বদো বামোন্ মুপী মৌ অমা ঙহান্ চেন্‌লক্‌লে। অত্নুগীনি ঐনা হংলিসি হায়না রজনিকান্তনা শেংদোকরকই।

একাসিনিনা করিগুম্বদা হায়রকই—ঐনা সিদা য়ুম পান্‌লকইসি অহল্-লম্মন্‌গী য়াথং ইন্‌বনি। য়ুমদবু হন্দুনা লৈনিংলবনি। কান্নদেদা ঐ য়ুমদা হন্দুনা য়ুম মচা অমা তোঙান্ শাত্নুনা লৈরুবনা করুদৌমান্নেদা।

মাগী ৱা তারগা রজনিকান্তনা হায়রকই—কৈদৌনরগেনে ?

—তৌনবা তৌনদবা লৈতে। ইতন্দ তল্লি। অস্মুক্ কুইরসি ফনেক্ অমা ফাওবা মশানা খঙ্না থোন্দে। অতুগী মথক্তা জ্বার শান্নবদা ঐগী লৈ, খুজি লোইরবনি। অস্মুক্ ওক্তবা মুপাসিবু . . .।

—ঐখোয়দি হয়েং লুহোংলগা য়াম্না থোন্‌বিনি। সেনেমা য়েংবগম্সু পুবিনি। রজনিকান্তনা ফাগি তৌরমই।

একাসিনিনা কম্‌প্লেক্স অমগী মখাদা হায়রকই— তাদদা লৈজবা মুপীদি মরাইবক্ য়াম্না ফদৌরিপোৎনিদা। লাইবক্ থিরিবদি ঐখোয়দনি।

ঐনা খঙ্বা অমগা লৈ। থৌরানি একাসিনিনা মীগী মমাংদদি রজনিকান্তদা তাদা কৌই। মী লৈত্রবদি নম্‌হাই শিজিন্নে। মিংগৌ হায়সিম্মু য়াম্না লুই হায়নৈ। খঙ্দে করম্বা একাসিনিগী মিংগৌনো ?

মখোয়গী হোটেল্‌দা চংলক্‌পা রজনিকান্তবু মশক্ খঙ্বা মীশিংদা অস্মুম্না ৱারী শাবস্মু তারে—তাদা রজনিসে লাইবক্‌শা তিন্নবা হায়দুু ওইরমাল্লে মানা ভাঙ্বা শক্‌পসি ঐদি মুংভায়জপ্রে, তিন্নবা মুংভাই-রিদৌপোৎনি। মী অমনা অমগী মরমদা অফবদস্মু ওইরবস্মু ফত্তবদবু ওইরবস্মু ভাঙ্‌নরিবসি খরদং ওইরবস্মু মীতুগী মরমদা ইন্টরেষ্ট লৈতুনা তৌবনি হায়নৈ। খঙ্দে করম্বা মখল্‌গী ওইরিগবা। থাগৎপগী মরমস্মু লৈফম্ থোক্‌ই হায়না খল্লি। করম্বা মরম্ ওইরিগবা ? ঐস্মু খন্দবা ওয়ক্তে মশক্ খঙ্দবা ঈরাং অসিবু কলিদাস কবিগী মুপীগী ইরাংদি মুংশিবগী খুদমনি হায়বতু ওইগদৌরিব্রা ?

অয়ুক্কী মুংথিন্‌গী লৈমিন্নরিবা মপুরোয়ববু অতোপ্পদা তত্তনা হুল্লি-বসি করিনো ? ফরিব্রা ? মসিস্মু কৃষ্ণচন্দ্রগী মওংতুতবু হায়জবনি।

মতম্ খরা রজনিকান্তগা ঐগস্মু তিন্নখিদরে। ঐস্মু লৱাই থৱাইদা চৎথোক্ চৎশিন্ তৌবদগী য়ুমদা কয়া লৈতে।

নোংমনি।

থাজরমদে পাউ অতু তাবদা। ঐভোন্দা কনানোমনা তমলৈ—নংগা তিন্নবা রজনিকান্তদো কৃষ্ণচন্দ্রগী মুপী একাসিনি পুপ্রে। মপু-রোয়বদা মমল্ লুপা ২৫ হনপ্রে। মচাশিং অমতা পুখিদে।

ফিবম্না

অয়ুক্লি। ইংথম্‌থা চংলক্লে। মেরা থাগী থাজিন্‌নি। ঙৈহাক্তং লৈরগদি মুমিৎকী অয়াকপা মণ্ডাল্‌ উৎলক্লগনি। হৌজিক্‌ ফাওবদি মপাঙ্গন্‌ খরা মশোল্লি। মেংনা ইংনা থোক্লি। তোম্বনা কোম্ৎোং কাজিন্‌লমই। অরেপ্পা লৈতনা দারি ফাওবা চংশিন্‌লকই।

মাঙ্গোন্দা তুমিন্না মনঙ্গন্‌ ওম্ৎোক্তুনা মুংশা য়াইরিবা মুপাহ্নদা হায়রক্‌ই— তাদ, মুংশা য়াইবিরিব্রা কৈনো?

লৈরম্লিবা মুপাহ্ন ফুরিৎতুবা জাতিশ্বরনি। কনানো হায়না খোঞ্জেন্‌ অহ্ন তাবদা হন্নদমক্‌ ময়েংথোক্‌ই। থোইনা মথব্রাই মুংঙাইনা লৈরমদে। মুপাহ্ননা খুম্বা ঙাইঙমদনা হায়রক্‌ই— তাদ, পাজিনা ব্রামা হায়রক্‌ইনে।

জাতিশ্বরনা তপ্পা হায়রকই— করি হায়রকই, ইবুংঙো।

তোম্বনা মরু লুক্‌থরগা মখোং অহ্ন জুরিগী লৈঙোইদা হাই হাইহ্ননা শান্ননা হায়রকই— মেছিন্দুগী পৈশা ঙহান্‌ লুপা ৫০ লৌরেদনা অহ্নগী মথক্তা তাদনা লুপা ৩০ মগা হাপ্লিগদবা ওইরমাল্লে, অহ্নগা ঙহান্‌ব্রাই থা অমগী অশানমন্‌ অহ্ন তাদনা কয়া পীবিনিংবগে; য়ারবদি খরদং থুনা পাম্মী হায়রকই।

তোম্বা চহি ২৪/২৫ শুরবা মীনি। জাতিশ্বরনা খুল্লকই—ইবুংঙো, মেছিন্‌সে ঐ লৌররোই, শিজিন্নবসু য়াদে, ইবুঙোখোয়না লৌবিনিংবা

মতমদা হেক্তা লৌবিখ্রো অতুগা য়োম্বোকপিকুবদা অথিংবা লৈজদে।

তোম্বনা মপুক্লিংদা তৌরিবসিবু মাবু শাউরিবাজাংলা হায়না চিংনৈ। মাস্তু ব্রা মখা তাদে। অতুদি তাদা ঐ চৎচবগে হায়বন্নগা চৎখি। জাতিশ্বরস্তু ফনি ইবুংঙো হায়না খুমহৌই।

তোম্বনা চৎপ্রবা কালদা জাতিশ্বর মুংঙাইরক্কে। মহাকস্তু অনাবা লৈবাক্ অসিদা লৈবা অনাবা মী অমনি। মহাক্ য়াম্না লাইবৈ। ফুরিৎ খরা খরা তুরগা চাজরিবনি। মসি নত্তনা মাগী শেল্ থোক্লিংঙাই উপায় লৈতে। তোম্বখোয়গী ফুবিৎ তুনবা মেছিন্দু থায়নগী য়াম্না মন্-লবা শিঙ্গবনি। তোম্বগী মমানা মী খ্বাইস্তু কাংখন্ য়াম্না তূনৈ হায়তুনা লুপা চামগা তরাদা লৈকবনি অমন্বা ওইনা। মখোয় ময়াম্না হৈতা হৈতা থৌজিন্বদা কোলতুস্তু য়াত্রে। মতু য়ানবা জাতিশ্বরনা শেমজিন্-জরগা শিজিন্নজবনি। হৌজিকৃতি লুপা ৮০ দা লৈরগে, লুপা ৫০ হান্না পীখিম্লগা তরামিমুক লৈরগা অন্নাৎপা লুপাতু হাপচগে হায়নতুনা লৌজরবনি। মাঙোন্দদি ময়াইবক্ য়াম্না ফরুরে হায়না খঞ্জবনি।

জাতিশ্বরনা করিগী অতুম্না তোম্বদা হাররুরিবনো হায়না নিন্দা তৌজরম্মী। অতুগী মথক্তা ব্রাঙাঙ্ তুদা তোম্বগী মপাতু শাউতুনা মেছিন্দু লৌপ্রবদি মাগী হৌজিক হৌজিক শিজিন্ননবা লৈতে। থবক্তু শুদ্রবদি চানিংঙাই অমুক্ লৈরোইদৌরি। হৌজিক হৌজিকৃমক চেং ব্রান্দুনা চারিবা ইমুংনি। মচাস্তু মঙানি— লৈশাবী পুংকক্ ফাববা অমা, কাবক্ চাউরবা পাখং অমগা পীক্লিবা অতুম্গা। তোম্বগী মপানা শাউতুনা মাগী লুপা ৫০ অতু হন্দোক্লরবস্তু লুপাতুনা অসিগুম্বা মেছিন্দি লৈবা ফংলোই।

জাতিশ্বর মুংশা থিরম্ই। মাগী অকিবা অতুনা তঙাইফদনা মহাকপু শোম্বহন্লম্মী। ঐদি মাগী অতুগুম্বা মৈশা য়াউদ্রবা পুন্সি অতুদা থাঙ্গৈশেংনা মাবু মুংশিরুবদা নত্তনা মাগী মুংশা থিবদা য়াওরুরে। মওন্

মণ্ডন্ মানা খনলকই—শাউহনা কোক্ হেক্ লৌগে হায়না লাকলগত্রা, মসিবু ঐ অমুক্তা চৎতুনা শাউবিগন্থ মতম্ খরদং ঙাইবিখো হায়রুসিরা।

জাতিশ্বরনা মচান্নুপাহু তোম্বখোইদা অমুক্ত শাউবিগন্থ পাজিনা স্থম্ স্থম্ তৌবনি হায়না খরা হায়রুচো হায়বদা মচান্নুপানা য়াত্রে। মহুদা শাউনা চৈরকই—মেছিনসি শাউহুনা লৌথ্রবদি নখিবোং খরা খরা চারিবদো হেনলনি হায়বনিনেহৈ। ঐনা ঙৈহাক্তং চৎথোক্পদা থবক্ কয়া য়াম্না কায়বগে হায়বহুদি কৈমতা খণ্ডবনিনে।

মাগী অশেংবহু হেক্তা লিথোক্লুরগে হায়হুনা খুদৈ অমা শেং-চিন্দুনা ফুরিৎ তুয়িন্ মঞ্জুনবা অমা লিংলগা খুরুম্ অমা পেক্ পেক্ লাউনা কোম্থোংলোমদা থোকত্রে।

তোম্ববু পোকপা অহন্দু পৈয়া শিহুনা লৈরম্ই। জাতিশ্বর লাকপহু উহুনা হায়রকই— ইবুংঙো জাতি, নংবু শাউরব্রনে?

য়াম্না ইংনা তপ্না জাতিশ্বরনা হায়রকই—শাউজদেদা। ঙসাই ইবুংঙোদো ঐনা থরায় য়াম্না মুংঙাইত্রিঙৈদা থোক্লরে। ঐস্থ য়াম্না মুংঙাইতহুনা কৈনো কৈনো খরা হায়দোকখে।

ব্রাসি হায়না হায়না নাকনগী ফুরিৎখাউদগী বিরি লৌথোক্লনা অহন্দুদা পী। অহন্ অহুস্থ লৌই। মৈখেৎ পুথোক্লগা চমহুনা থক-মিন্নৈ। অহন্দুগী মচান্নুপীহুনা মোরা পুথোক্লনা খাই। জাতিশ্বর ফম্ই।

জাতিশ্বরনা মখা শমথরকই—ঙসিদো, খুরা, অয়ুক ফুরিৎ কোট অমা তুবিয়ু হায়না লাকই। অহুদা খুরা, মেছিন্সিনদি মহুগুম্বা অনানবা পোত্তি চংবা য়াপোৎ নৎতেদো। তুবা ঙম্নরোই হায়না হনখরে। ঐনা তুজহুনা লুপা ৫০/৬০ অমা ফংজগদবা অহু নাম্থোকখিবা অহুদা য়াম্না মুংঙাইত্রিঙৈদা হেক্ থোক্লুরে। ঐনা হৌজিক হায়জগে লাকচরিব-

সিনা মমাগী ফিগী পৈশা লুপা ৪০ মুক্ হংচিং ফংগনি হায়, মথু ফংলগা খুরাগী পৈশাথু শোইজররোই। খরদংদি ঙাইবিখো।

অহন অথু জাতিশ্বরগী ব্রা তাবদা নোকই। অথুদগী হান্নগী শককমদা হঞ্জিন্দুনা হায়রকই— ফৈদা ফৈদা। ননাউনবু হায়—তাদথু শাউবু শাউত্রা কৈনো স্নুম্ স্নুম্ হায়রকই হায়না। ঐস্নু কৈনোনে হায়না খনূলম্লিবনি।

ঙৈহাক ব্রারী শানরগা জাতিশ্বরনা—অথুদি ঐ অম্নুক চৎচরগে হায়রগা চৎখি।

## য়াওশং মৈথাবা।

লম্‌দাগী পুর্নিমানি। য়াওশং মৈথাবা মুম্নিং ওইবনা লম্‌জাওগী নাকল্‌ খুদিংদা য়াওশং মচা মচা শানরি। অঙাং কয়ানা, মুপামচা কয়ানা অঙৌবা ফী-খোংউপ্‌ পায়রুনা, কনানা মোজাফুরিং লিগু্না, কনানা মপাগী একাগাড়ীদা তোংহুনা মমল য়াম্লবা লৈরুবদা ভায়রিবা রেডি-মেটকী ফুরিং খোংগ্রাউ, শউন্‌গী অঙাংবা খোংউপ, টুপী, কনানা হান্নগী অমন্‌বা ফুরিং অচোন্‌বীগী মথক্তা অকৌবা হৌজিক্তা লৈরুবা গ্লিপ্‌কী অঙাংবা ফুরিং লিংশিন্দুনা, খোংগ্রাউদি হান্নগী অমন্‌বা অমুব-হুদগী হেন্দ্রা হায়রুনা মমাগী মমাংদা শুক্তোক্তু্না নিংঙাই তৌনা কৈথেন্দগী কুম্‌লক্লি।

মুপীমচা কয়ানা অঙৌবা, অমুবা, অঙাংবা মচু মচুগী চাগী, লিক্লিগী খুজি শিহুনা, পাম্বোম্‌ ফাবী ফুরিং শিংহুনা, রিবোন্‌ পাক্লহুনা চাও-থোক্‌পগা লোয়ননা চংলি।

ইংথম্‌থা লোইশিন্‌লকপা ওইবনা হায়ফেৎ য়াক্লা শারক্লে। ময়াম্‌সি য়েংলহুনা মোংলবা—মনপ্‌ চোখিবনা মনাতোনহু কোজাক্‌ কারবা, নাতোন্‌শুমাংহু ভাংশং ভাংনা পোক্‌থোক্লবা, উফ্‌ল্‌ ব্লাইফুল্‌না পুমক্লাও ব্লাউরবা হকচাংদা ঈশিং চোংখি চোংখিবা মফমদা মরাং মরাংলবা, মফেক্লোম ইথোক থোক্লা মুপামচা অমা য়াম্না খৌরাংনা কনাগুম্বা

অমবু ঙাইহরি। মানা ফম্লিবসি অয়ুক্কী পুং ৯ দগী হৌজিক পুং ১১ তাহল্লকফাওবা ফম্লি। মিংফম্দি তাম্ন—কৈথেন্গী মাইকৈদা অতৎ-অথম নাইদনা য়েংলি, থম্মোয়দি অরেপ্পা নাইদনা তথক্লি। অঙাং ময়াম্না হন্লকপা উরগা মতোম্ত য়াম্না শাউরমই। হঞ্জিন্দুনা শুক্কোক্না অমুক ফম্থৈ।

অতোপ্পা মুপামচা অমমুক লাক্নুনা হায়গী অঙাংহৃদা হায়রকই—শরৎ, কৈদৌলি? নংগীদি য়াওশংগী ফী লৈজরবলো? ঐগীদি শগুন্গী খোঙ্ূপ অঙাংবা, মুজানা অঙৌবা। ফুরিৎসু ফজবা খোংগ্রাউ অশাংবা। নংদি হোরেন্ য়াওশং মৈথাবদা পৈশা নিবা চৎলোইদলা? ঐদি ঐখোয়চেগা চৎকনি, খঙ্ঙবলো? মহু তাবদা শরৎসু হরাও হরাও থুনা য়াংনা হায়রকই— অহুবুদি ঐগীসু ঈখোই বাবানা লৈবা চৎখিনা খঙ্বও। ঐগীদি বেজকালিসু লৈলকনি—লৈশাবীদা কাপ্পবা অহুদগী নোংমৈসু। পৈশা নিববুদি বাবাগা চৎকনিনা। ঐদি বাবা ঙাইলিনে। ঈখোই বাবাদি খোংগাউ ফজবা, খোংঙ্ূপ ফজবগা লৈবা চৎখিনে খঙ্বও।

অঙাং অমহুনা অমুক জ্ঞান্ তাবদৌনা মানা হেন্থে মতাগুম্ হায়রকই—নংগীদি খাউ লৈজবও? ঐগীদি হোলেন্ পৈশা নিলগা হাপ্পবা খাও লৈ খঙ্বলো। নহোই বাবাদি লাক্সু লাক্লোইদৌ-বদা। মহুদা শরৎনা ঙক্লহুনা খঙ্নিংলক্ই—কদিগী লাক্লোইদৌদ্রিবা। মাদি ঐগী খোংগাউগা ফুলিংকা লৈবা চৎখিনি, খোংঙ্ূপসু। অতোপ্পা মুপামচাহু চৎশ্রবা ফাওবদা শরৎ মতোম্ত ঙাইহৌরি?

ঙৈহাক ঙাইরগা মতোম্ত—থুবাসে লাক্তলেদা, ফৎখিদলে হায়-রগা ময়ুমদা চেন্শিন্খি।

মাধব লায়রবা মুপানি। লাইরিক্ লাইগু হৈবা নত্রগা মশক্ নাইবা কররবার অমা পায়জবা মী নত্তে। অহুগা মশক্ নাইবা থবক

অমতস্থ হৈতে। থা অমা অনৌগী মমাংদা 'ঊষা পত্রিকা' হায়বা খবরগী হোকর ওইহুনা থাদা লুপা ২৫/২৫ ফংজবনা মাগী জীবিকা ওইজরমই। মতুস্থ হৌজিক্তি তোকশ্রে। অতুঙৈ মনা হোকর ওইরিঙ্গেদা পাঙ-চেগী সম্পাদক্না তলব পীবদা লুপা ৭/৮ খক্ ব্রাংখিবতু লৌরগা মচাগী য়াওশংগী পোৎ লৈগে হায়রুনা গন্তি লৈত্রতুনা অয়ুক্কী পুং ৮ তাবদা কৈথেন্দা লাকই।

প্রেশতা পৈশা লৌনবা সম্পাদকী মনাক্ চৎলুবস্থ মশা লৈরম্ব্রে। লৌদবা য়াদবা শেন্ফম্ ওইবনা ঙাইহুনা লৈরক্পনা মুংথিল্গী পুং ৩ তাশিন্লক্লে। য়ুম্দনা পিক্লবা অমত পোক্চবা মচানা মফি লৈতহুনা মমাল্লবা তিন্নরোইদৌরিবা অতুগা হৌজিক্না পৈশা পিখিগদবা সম্পাদকস্থ লৈতবা। য়াওশংমক্ থোক্লম্ব্রবদি চন্না হেন্লবস্থ ঙাইররোইদবনি। মতুস্থ থোক্খিদরে। য়াওশংগীদমক্ কত্রবস্থ অহন্বা, অনৌবা কিরোন্ অমতংদি হোংবিনিংই।

ঙৈহাক্ লৈরগা মুপা অমা চংলক্নুনা কম্পোজিটরশিংদা হায়রে— ময়াম্ ঙসিদি ইডিটব মালোম্দা চংখ্রে, ময়াম্গী পৈশা মুংশাদি হয়েং মুংদাং তৌরসি হায়না ঐবু খরা হায়বিরমউ হায়রমই। মাগী ব্রাসি তাব্দা মাধবকী আশা কায়রে। ঙাইবগী কান্নররোই খঙহুনা তুমিন্না হৌগৎলগা লাক্লে। চৎন চৎন খল্লি— করম তৌনিসিদি। মৈ থাবা মতম্দি ওইশিন্লক্লে। অঙাংনা ঐবু ঙাইরম্গনি। শেৎপা য়াবা অমতস্থ লৈহৌদে, শাথিনা ফোংলবা অতু নত্তনা। মতুস্থ শুদোক্-হৌদে। করম্ন মতুবু . . .।

মুংথিল্ পুং ৪ মখাই তাবা মতমনি। মৈ থাবা মতম্ ওইশিন্-লক্লে। অঙাং কয়ানা মশা মউ তনান্ তনান্না ফজবা অনৌবা কী-রোন্ শেৎতুনা লমজাওদা কোইচেন্ চেন্লরে। মৌ নহা কয়া, মপুং ফারবী লৈশাবী কয়া লৈরক্ মচিন্দা শঙ্গু শঙ্গু ফমহুনা মী রেংলি।

মুপামচাশিংনা অবের পায়ন্থনা পুংকক্ চাউরবী মুপী মচাশিংদা তৈগদ-বগী তান্নরি। শরৎস্ু শেংনা ইরুজথোক্লগা য়াওশং মৈথাবা থোক্লগ-দবনি হায়না চন্দোন্ কোৎতৈ তৈন্থনা লৈরক্ মচিন্দা ভাইরি—মাগী ফি লৈবা চৎখিবা মাগী বাবা।

লৈরক্ মচিন্দা ফম্লিবা মৌনহা থরনা শরৎকী চন্দন্ উরগা নোক্লনা লক্লরি। শরৎ মথোয়না লক্লরিবন্থ মথন্নায় চংদে।

মাধব শুকথনা য়াম্না তম্না লাক্লমই। শরৎনা মপাগী মওংন্থ খঙলমদে। চেন্শিন্দুনা মপাদা হায়রকই— বাবা ঐগী থোংগাউ লৈলক্লবলা, ফুলিংস্ু থোংঙ্পস্ু অন্থগা মুজাস্ু। কদাই, কদাই। মাধবনা লৈরক্তরে হায়না ফাগী তানবা হোৎনরমই। শরৎনা অমুক্—কলিগী লৈলকতে হায়ন্থনা মপাগী ফিজি পায়ন্থনা য়াম্নরন্থনা শুরু শুরু নৈন্থনা কপ্লক্লে। লৈরক মচিন্দা লৈরম্লিবা মৌ লৈশাবী পুম্নমক মপা মচাবু য়েংলমই। মাধবনা লৈত্রদি কম্ তৌনি হায়রগা শরৎতা খুবাক্লা অনীরক অন্থম্নক থাজিনন্থনা ফুরমই। অন্থবু শরৎতি থোয়না হেন্না কপখৎলকই। মাধবনা মচানুপান্থ পুশিন্দুনা চংখি।

মৈ থাবা য়াওরমদনা শরৎতো কপ্পমখৈ কপ্পম্নগা ব্লারমাল্লে ফমুংদা কাখৎতুনা তুমথ্রে। করিগীদমক্তা করিস্ু খঙ জত্রিবা মচানুপাবু ফুরু-রিবনো হায়না খনবদা পোথাফম্ খঙলক্লে। মশা মথন্তবু য়াম্না শাউরমই। শরৎনা তুম্লিবা কান্থদা মাধব চংলক্লমই। পিক্লিবা মচানা কুইনা কপ্পম্নগী হিক্ হিক্ চিংখৎপা হৌজিক ফাওবা তোক্লমত্রি। মানা ভসাই ফুখিবা মফমন্থদা নান্বিরমই। অন্থদগী মচাগী মখজাই অনিদা ওম্না ওম্না চুপখি।

## নুংশিবা

চাউবী, নংবু সি থকউনে। শিবা তারেনে।

অগ্নিনা সন্নাউ থা ফবাত্রিবা অমদা শঙ্গোম ইন্‌বিরি।। সন্নাউ আস মপীনা নুমিৎ তরানিমুক্তা মখোম পিথরক্লগা শিদোক্‌খ্রে।। অগ্নিনা মপীগী মহুৎ শিন্দুনা শঙ্গোম য়োম্বীদগী শঙ্গোম পল্লা অনী অহুম্‌ নুমিৎ খুদিংগী লৌবিদুনা ইম্বীরি। মপী কায়নবদগী হিংগনিঃ থাজক্লত্রে। অগ্নিনা কন্না হোৎনবদগী হৌজিক্তি ক্লরক্লে।

অগ্নি মচা পোক্কে। লাই কয়া খুরয়ে অহুবু কান্নরমদে। অগ্নিনা নুমিদাংৱাইরম, নুমিৎ চপ্‌ য়ুংবা অমসুং অতৈ-অতৈ মতমদা নমুল্‌ তুরেন্‌গী তোর্ব্বান্দা ইরোইশেম্বা চীং য়েংনা য়েংনা সন্নাউ অসিগী মতু তক্‌পি, সন্‌ন্লিক্‌ ফাদোক্‌পি, মথা নাম্বী।

অগ্নিনা সন্নাউ অসিবু মচাগুম্‌ নুংশি। সন্নাউ অসিবু চাউবী হায়না মমিং থোন্দুনা কৌই। অগ্নিগী মখোন্‌ তাবদা, অগ্নিনা চাউবী ইমাগী নাক্তা লাক্‌ও—হায়না কৌবদা মমৈ ফিরান্‌ শানা চেন্‌লকই অহুগা মনা ভেথরহুনা অগ্নিদা ঙাথু থেংহু তৌই। লেক্তুনা শান্নজৈ।। সন্নাউ অসিগীদমক মিকাহুনা মীগা খৎনবা ফাওবা ঙমই। য়োংমন্নু চাউবীনা মীগী ঈংখোন্‌ চংলুবদা মপুনা ফুহুনা তান্‌লকই হায়বগী থওইনা চংতুনা খৎনরুই। কনা কুইবা ফাওবা কৌনদে হায়নৈ।

অগ্নিগী চাউবী শোকউ লাকউবগা য়াবা নত্তে। ময়াম্না ঙাঙন-রিবনি।

সম্লাউ অত্থু নোংম নিনি নারমই। দানা পিজবনচিংবদা করিমতা চাউ হায়বা য়াদবত্থু উবদা অগ্নি কপ্লমই। চাক ফাওবা চাবা হল্লি। অত্থুগা সম্লাউ অসিনা লুরিবস্থু চরু, শজিক ১দি দানা ফাওবা অগ্নিনা পীজরবদি চাউ হায়বা য়াদে। নোংএস্থু অগ্নিনা মচিন্ থোক্লা হায়খি—ইচাস্থু পোক্তে; ঙহান্মুক্কী মপোক্তা ইচা ওইনা পোক্লগা য়োক্পা লোইখিদবা ওইরম্বা তাই।

অগ্নিখোয়গী ইমুংসি অত্থুক্ হাক্লা লুংঙায় য়াইফবা হায়বত্থু নত্তে। ইখোন্দা থাবা ইল্লাং নাপী য়োন্দুনা অমস্থুং লৌ উত্থুনা চাবা ইমুংনি। নোংমা অগ্নিগী মপুরোয়বা ইবোচৌবনা লৌখোং তৌনবা পৈশা লৈত্রে হায়ত্থুনা চাউবীত্থু য়োম্থোক্লসি হায়না হৌদোক্লুববু মঙক্তগী লিক্ কায়খি। লুপী ওইবীশিংগী অপাম্বশিংগী মরক্তা সনা অসিস্থু অমনি হায়নৈ! অত্থু অগ্নিদি চাউবী য়োন্গনবগী শরুক সনা কায়খি। খঙ্লে অগ্নিগী কয়াম্ কন্ৰবা প্রেম্নো।

চাউবী কজবনা অঙকপা ফংলে। য়েংবগী পেল্লে। নোম্ন পেল্লি। মতু নাম্না লংই। চাউবীমা হাতম্ মপুং ফারকপা উরগা অগ্নিগী মপুরিং হয়াঙজে।

ইবোচৌবগী লুপা ১০০ গী দরকার লৈরম্ই। চৎনবা য়াত্রবনি। মখুংঙদি লুপা অমা ফাওবা পায়ত্রে। য়োম্নবা পোৎস্থু লৈত্রে। চাওবীগ মঙায়রে— মসিস্থু অগ্নিগী থব্রায়নি। ইবোচৌবনা অগ্নিগী থম্মোয় শোকপা থবক তৌনিংদে। উপায় কয়া য়েংলুরে। মহাজন কয়াদা শেল্ পুগে হায়ররে—খুদোং চানদবা ঙাক ঙায়রমলে।

ইবোচৌবনা উপায় লৈতনা অগ্নিগা য়া তায়রি—নংস্থু খঙ্লেদনা ঐগী উপায় লৈত্রে। অত্থুগা তৌদবস্থু য়াত্রবনি। নংগী উপায় অমুক য়েংলো। মসি হায়রম্লসা ইবোচৌবা চিন্তা তৌরম্ই। মথা তাবদি উল্লম্দে।

অগ্নিস্থ খঙ্‌ই ইবোচৌবগী ব্রাহৈ—নংগী উপায় অমুক য়েংলো হায়রিবসি। অদুগা ব্রা মখা তাবা ঙমখিদবত্বস্থ উই। মপুরোয়বগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। হৈনিংদনা হায়খি—ফুরে মত্থ মঙায়রে, চাউবীসি য়োল্লসি। হায়রব্লগা ফমুংদা চংখি।

চাউবী য়েংবা মী লাক্লম্ই। লুপা ১২০ দা য়োন্বা তারে। ইবোচৌবগী মচিন্দগী হয়েং অয়ুক পুঙ্গনি হায়বা তারবদা অগ্নি কপ্পনা মপুম্ থিংলে।

মুমিদাং অত্থ চাউবীবু সেবা তৌবা হেন্জিন্লমই। চাউবীনা খঙ্‌দবনা অগ্নিদা ঙাত্থ থেংথু তৌত্থনা কেজরি। অগ্নিগী মমিৎত্গী মপী অরা অরা শিন্থনা ইমাগী চাউবী হায়রগা নান্বীরমই। মুমিদাং অত্থ অগ্নি চাক চাবা য়াখিদ্রে। ইবোচৌবস্থ মুংঙায়বা নত্রে।

চাউবী লৌগদবগী মী লাক্লরে। অগ্নিনা করম্না অত্থক ঙম্না দানাবু থোংলুরিবনো খঙ্‌দে—চাউবীবু নাল্ল নাল্লত্থনা দানা পীজরি। পীজবা লোইরগা মঙক্না থৌরি থাত্থনা পুনবা থৌরাং তৌরক্লে। অগ্নিনা—ইমাগী চাউবী চৎলোকো হায়রগা চুপ্পমই। কপ্‌স্থ কপ্‌লমই। চাউবীত্থ মশক খঙ্‌দবা মীনা পুবত্থদা চৎলু হায়বা য়াদ্রে। নমত্থনা পুখিরমই অগ্নি কোম্হোং ফাওবা থোক্লনা য়েংলি। নম্বুল তুরেল্পা তপ্প তপ্পা চেম্থরি। ইরোয়শেম্বা চীংস্থ তুমিল্লা য়েংলি।

নোংমা নিনি হৌর্গ্রে। মুমিদাংব্রাইরম অমদা চাউবী অগ্নিখোয়গী কোম্হোংদা মহৌশাগুম চংলকই। অগ্নিনা চাউবীবু উরগা— ইমাগী চাউবী, কৈদৌবা লাক্লি হায়না হরাউনা কৌত্থনা চেম্হোক্লগা কোল্লুরি। অত্থবু নোংঙান্বগী অয়ুক্তা পাউ চেল্লকৃই সন মাঙখে চেন্লকপ্রা হায়না।